# রিভোলুসনদা শিন্দম্বা

সোটিনকুমার
১৯৭৯ দা সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু
এৱার্ড ফংগ্রবা লেখক।

প্রোগ্রেস প্রিণ্টরস
খুরাই লম্লোং কৈথেল

ফোংজবী :

শ্রীমতি বেম্বমনি দেবী

মখুম :

পিঃ এনঃ রোয়

অহানবা ফোংবা

আগস্ট ১৯৮১

কোপী মশিং — ১,৫০০

মমল— লুপা তরামঙা

# Education In Revolution

*CONTEMPORARY EDUCATIONAL PROBLEMS AND ERADICATION OF ILLITERACY*

**SOTINKUMAR**
Writer & Winner of 1979
Soviet Land Nehru Award

PROGRESS PRINTERS
KHURAI LAMLONG

# লাইরিকসিদা-

# Education in Revolution



– –

# রিভোলুসনদা শিন্দম্মা

পাবিরিবশিংদা

মনিপুরী লোন্দা চহী ব্রাইশিল্লবশিংবু মহৈ মশিং তম্বীনবা হোৎনবগী থৌরাং অমদি অনৌবা শিন্দমলোনগী ব্রাফমদা লাইরিক লাইশু কয়া পুথোকপ্রে। অতুবু লাইরিক হৈতবা কোকহনখিবা অমদি কোকহননবা হোৎনবদা পাইখৎখিবা থৌরাংগী মতাংদা শুগাইনা নৈনবা লাইরিক লাইশুদি খর তাংনা থোকই। অতুগা হৌজিক্কী মীয়াম্না শোইরে হায়নরিবা মহৈ পথাপকী মতাং-দস্মু অশোয়বা মথৈ পুথোক্কুনা ইবা অমদি লন্নাই অথং অহৈ কয়াগী মত ফোংদোক্কুনা নৈনবা লাইরিক লাইশু নত্তনা মহৈ পথাপ শেমদোক্কুনা মতুদগী মীয়াম পাকশন্না কান্নবা ফংখিবা লৈবাক কয়াগী ব্রাফমদা নৈনবা লাইরিক লাইশুসিস্মু খর তাংনা থোকই। ভারত সরকারগী থৌশিল মখাদা এদল্ট ইডুকেশনগী প্রোগ্রামনচিংবা কয়া য়াৎতুনা লাইরিক হৈতবা কোকহননবা হোৎনবগী থবক কয়া পাইখৎলবস্মু লাইরিক হৈতবগী মশিং হেন্নতুম হেঙ্গৎলকপা নত্তনা হন্থরকপগী ব্রাফমদি লৈত্রি। অতুগা লৈবাক অসিদা পীরিবা শিক্ষা পথাপসিনা নহারোল লাক্ষ কয়াবু থবক ফংদবা অমদি মীরেম ওইহল্লকপদগী লৈবাক্কী—শেলথুমগী ফীভম হেন্না হেন্না ফংচিল্লক্কবা, পোৎচৈগী মমল তাংখৎলকপা, শেৎপা চাব নিংব থুংদবা, শেঙ্গা থুমজা, অমোৎপা

অমদি মীওং-মীনৈগী সমাজ অমা ঐখোয়গী মা'দা উহনা লৈরে। অদুগা পুন্নমক অসিগী মথক্তা হৌজিক নহারোল কয়াগী পেন্দবগী ইহৌ কয়া হৌরকলিবা অসিসু চংথবিবা শিক্ষা মওং অসিনসু চাওরবা মরম অমা ওইহল্লি।

মরম অসিদগী লাইরিক অসিদা মীয়াম্মা তত্তনা হায়নবিবা অহোংবা শিক্ষা অমা শেম-দোকপা পামলিবা অমদি লাইরিক হৈতবা কোকহন্নিংবগী ৱাথল অদু নৈন্নবগী মচাক ওইনা চাকথুং িথুং মান্ননা হিংমিন্নবা মান্নবা খুন্নাইগী লিচং চংপা সোসিয়েলিস্ট লৈবাক কয়ানা রিভোলুশন মাইপাকলবা তুংদা শিন্দম্বগী লংদা চংথরিবা খোংথাং অদু থবদং ময়ামদা লানথোক-চরি। লাইরিক অসি মনিপুরগী অথং অহ কয়ানা অমদি পাবিরিবা ইরৈবাকচাশিংদা কান্নবা মচাক কয়া ফংগনি হায়বগী ৱাফমদা পুথোকচাখবা ঙাক নত্তে। অদুবু করিগুম্বা নৈনবগী ৱাফম অমদা লাইরিক অসিনা য়ুমফম ওইরগা অৱাংপা, অশোইবা কয়া পুথোরকপদা থবদং খুদোংচাবা পীবা ঙমগদ্রা হায়না থনজতুনা ইজখিবনি।

সোটিনকুমার

# মহৈ তমফম শং

মহৈ তমফম শংদনি ছাত্র-ছাত্রীশিংদা মহৈ মশিং তম্বী তাকপীবগী থবক চংথরিবসি। মাহৈসি গ্রীকী স্কুলি (SKOOLE) হায়বদি অহাংবা মতম নত্রগা মাখল্লোন (ফিলোসোফি) নত্রগা মাঙাংদুনা তাহনফম হায়বসিদগী লৌরকপনি। মতমগী মতুং ইন্না হৌজিক লৌনরিবা আর্থদি অহাংবা মতমবু মরম চানা শিজিন্নদুনা জ্ঞান তানশিনফম মফম অসিনি। অম্সুম তৌদুনা মহৈ তমফম শং হায়বা মমিং অসি লৌনরকলে। অমদি থকসি খাসি নাইনা চংনবা মফম অমা ওইরকলে। মরমসিদগী মহৈ তমফম শং হায়রগা ঐখোয়না হৌজিক খংনরিবসি চংনলোন কয়ানা পুন্দুনা থম্বা অমদি মখল কয়াগী বিষয়শিং তমফম মফমদুবুনি।

কাটর ভি, গুদনা ছাপা তৌরগা ফোংবা দিক্সনারিগী আর্থ মতুং ইন্না মহৈ তমফম শং হায়বসি ছাত্র কাংলুপ কয়াগী তোঙান তোঙানবা থাক্তা মখল কয়াগী বিষয়শিংবু তাকপী তম্বীরিবা মফমদুনি। অসিগুম্বা তাকপী তম্বীবসিদা ওঝাশিংতা নত্তুনা মহৈ তমফমশংদুগী প্রিন্সিপাল, মরি লৈনবা লোইশংশিংগী মীওইশিং অমদি মহৈ তমফম শংদুগী অফিসতা থবক ইনখাং তৌরিবা মীওইশিংসু মরু-ওইবা থৌদাংশিং লৌই।

ওক্সফোর্ড দিক্সনারিগী মতুং ইন্নদি নুপামচা, নুপীমচা নত্রগা কাংলুপ অনীমক্কী মীওইশিংদা বিষয় কয়াদা তাকপী তম্বীরিবা মফমদুবু মহৈ তমফম শং কৌই।

মহৈ তমফম শংগী হৌরকফম থিবদা ঐখোয়না খংবসি, মসি য়েলহৌঙৈগী মতমদা তোঙানবা তোঙানবা ধর্মনিতি শন্দোকফম,

নৈনফম ওইরম্মী। পুরে হিতশিং হায়বদি ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা মীওইবা জাতিগী ইহান হানবা ওঝাশিংনি। মখোয়সি মখোয় মখোয়গী ধর্ম্ম কর্ম্মত্থুদা মমুৎ তানা খংহৈরবা মীওইশিংনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমসিদদি মহৈ তমফম শংগী আর্থদি মমাংঙৈগী মতমদা লৌনরম্বগা খেন্নরে। খুদম ওইনা পর্সি ন্নুন (Percy Nunn) হায়বা হৌজিক্কী মতমগী মহৈ তম্বীবগী লমদা থোইদোক্লা হৈশিংলবা মীওই-ত্থুগী মত মতুং ইন্না মহৈ তমফম শং হায়বসি মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা গুন চেনবা সমাজ অমা ওইগদবনি। করম্বা মখলগী সমাজনো হায়বদা মফমত্থুদা মন্নুংগী অমদি মপানগী ওইবা খেন্নবা লৈরোই-দবনি। ওঝাশিং অনস্থুং ছাত্রশিংনা ফাদননফম ওইবা লিচৎ শাজৎ চংকদবনি। হায়বদি মহৈ তম্বীবদা পৃথিবীগী ওইবা মীয়াম্না পাম্ন-রিবা, নিংনরিবা কয়া অসিদগী তোঙান্না তাদনবা হোৎনগদবনি। লোইননা পৃথিবীগী ওইরিবা জ্ঞানগী লমজেল অসিদা শরুক য়ানবা হোৎনগদবনি। অমরোমদস্থু অমুক মহৈ তমফম শং হায়বসি শাজিন্নবা সমাজ অমা ওইগদবনি। হায়বগী আর্থদি মফমত্থুদা মপানগী ওইবা পৃথিবীগী শকতম অমা পুশিন্নবস্থু খ্বাইদগী হেন্না ফবা অমদি মরুওইবা শক্তম অদুতনক পুশিনগদবনি। জোন ডিউই হায়বা মহৈ তম্বীবগী লমদা মমিং লৈরবা মীশক অদুনা অস্থুম্না হায়রম্মী "মহৈ তমফম শং হায়বসি অশেংবা, ইচম চম্বা অমদি লম কয়াদা খেন্নবা লৈতবা সমাজ অমনি।" অস্থুম্না মহৈ তমফম শং হায়বসি সমাজগী ফীদমশিং অমদি অনিংবশিংবু সমাজত্থুদা লৈরিবা মীয়ামদা খংহনবনি। মহৈ তমফম শং হায়বসি নহা ওইরিবা মীওইশিংগী অহানবা খুৎমাফমনি অদুগা মফমসিদা মহৈ মশিং তম-ত্থুনা হীরম খুদিংমক্কা মপুং ফাবা মীওই অমমম ওইননবা হোৎন-গদবনি।

মহৈ তমফম শং হায়বসি মখল কয়ামরুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই।

(১) **সব প্রাইমারী স্কুল**— মসিদা চহী ৬/৭ কী মথাদা লৈবা অঙাংশিংবু মহৈ তম্বী।

(২) **প্রাইমারী স্কুল**—থাকসিদনা চহী ৬/৭ তগী চহী ১৩/১৪ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংবু মহৈ মশিং তম্বী।

(৩) **সেকেন্দরী স্কুল**— মসিদা চহী ১৩/১৪ দগী চহী ১৯ ফাওবগী মনুংদা লৈবা ছাত্র ছাত্রীশিংদা মহৈ মশিং তম্বী।

(৪) **ইউনির্ভসিটি**— মফমসিদা অৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্বী। অতুম ওইনমক মথক্তা পীখ্রিবা তাংককশিং অসি নত্তবা অতোপ্পা মওংগী তাংককশিংসু লৈতবা নত্তে। ফিন্দলেগী (Findlay) মত্তা মহৈ তমফম শংশিংগী তাংককশিংসি তমগদৌরিবা ছাত্র ছাত্রীশিংতুগী চহী অমদি মখোয়না লৌশিনবা ঙম্বগী পাঙ্গল, বিষয়শিং অমদি মখোয়গী অরু অথেল, ছাত্র ছাত্রীশিংতুগী পোকফম শাৎফম (সহর খুঙ্গংনচিংবা), নুপী নুপাগী খেন্নবা নত্রগা তমগদৌরিবা ছাত্র ছাত্রী-শিংতুগী হকচাংগী ওইবা পাঙ্গলনচিংবগী মতুংইন্না খাইদোকপা য়াই। মরম অসিসা ঐখোয়না তাংককশিংগী মখল অমতবু মসিনা মফরবনি হায়না হেক্তা লৌরোইদবনি। অতুম ওইনমক ছাত্র ছাত্রীশিংতুগী মশাগী চহীগী মতুংইন্না খাইদোকপসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি হায়না লৌবা য়াই মরমদি চহীগী মতুংইন্না মীওইবগী মনুংগী অমদি মপানগী হকচাং কয়াৎশিং মপুং ফাবা হেঙ্গৎলকই। মরমসিনা চহী মতাংগী মতুংইন্না অখন্নবা মখলগী মহৈ তম্বীগদবনি। ব্রাফমসিগী মতুং ইন্নদি মহৈ তম্বীবগী তাংককশিং অসি মখাগী অসুম্না খাইদোকপা য়াই—

(১) **নর্সরি স্কুল**— মসিদা করিগুম্বা*অখননবা মখলগী মহৈ তম্বীদে। সুপ্লতগী চহী ২ দগী ৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংদা মশা মশানা অপাম্বা তৌনিংবতু তৌহল্লি। মহৈ তম্বীবগী মতাংদনা শান্নবগী মওংদা মশানা মশাবু মতেং পাংজবা, অতোপ্পদা চৎকদবা লমচৎ শাজৎ, অশাওবা মুংঙাইতবনচিংবা ফাজিনবা ঙম্বা তম্বী।

নর্সরিগী থাকসিদা অঙাংশিংগী মরক্তা তৌহন্নিংদবা, চৎহন্নিংদবা লমচৎ শাজৎ উংলকপদু চুমথোক্লবগী তাঞ্জা ফংই।

(২) **প্রাইমারি স্কুল**— থাকসিদা অঙাংশিংদা পাবা, ইবা, অমদি অরাইবা অঙ্ক তম্বী। মসি নমহাদুনা হৈহননবা হোৎনগদবা নত্তে। শান্ন খোৎনবগী মওংনা অঙাংশিংবু পাবা, ইবা অমদি অঙ্ক হৈহননবা হোৎনগদবনি।

(৩) **অপর প্রাইমারি স্কুল**— থাকসিদনা অঙাংশিংবু জ্ঞান খব হেন্না ফংহননবা হোৎনৈ। বুধি, লৌশিং অমদি অনিংবা অপাম্ব-নচিংবা খুৎনা থবক শুবা, লাইতিন য়েকপা, ঈশৈ দ্রামানচিংবদা শরুক য়াহন্দুনা চাওখৎলক্লবা হোৎনৈ।

(৪) **সেকেন্দরী স্কুল**—থাকসিদনা ছাত্রশিংবু অৱাংবা থাক্তা তমথনবগীদমক্তা দরকার ওইবা মহৈ মশিং তম্বী। বিষয় মখল কয়াদা হায়বদি ইতিহাস, ভূগোল, য়েক খোৎপা, বিজ্ঞান, সাহিত্য-নচিংবা তম্বী।

(৫) **মোর্দন স্কুল**— স্কুল মখল অসি ইংলন্দা লৈ। স্কুলসিদা ছাত্রশিংবু মশা মশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তীগী মতুং ইন্না মহৈ তম্বী।

(৬) **টেকনিকেল স্কুল**— অসিগুম্বা মখলগী স্কুল অসিদা ছাত্রশিংবু টেকনিকেলগী লমদা মহৈ তম্বী। তৌবদদি ছাত্রশিংদু স্কুল অসিদা চংদ্রিঙৈদা অখননবা থাক ফাওবগী মহৈ দরকার ওই।

(৭) **ইউনির্ভসিটী**— মসি খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা মহৈ তম-ফম শংনি। মসিদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্বী। তোঙান তোঙানবা শিনফমশিংদা থবক তৌরিবশিং খুদম ওইনা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, উকিল, প্রোফেসারনচিংবা কয়া অসি ইউনির্ভসিটিগী থাক ফাওবা মহৈ তমলবা মীওইশিংনি।

অলফ্রেদ লোর্ড হৱাট হেদনা মশানা কুপ্না খিজিন হুমজিন্নবা তুংদা ফোংবা লাইরিক "মহৈ তম্বগী পান্দম" হায়বদুদা অসুম্না ইরি,

স্কুলগী থাক্তা তমলিভৈদা ছাত্রশিংনা মশা মশাগী দেক্সতা মপুক্কিং চিংশিননবা হোৎনগদবনি অদুগা ইউনিভর্সিটিগী থাক্তনা ছাত্রশিংনা লেপখত্তুনা কোইনা য়েংবা তাই। হায়বদি স্কুলগী থাক্তদি ছাত্রশিংনা হাম্লনা শেমদোক্লবা হীরম খরদা তম্মী। মতুংদা মখোয়না অতৈ হীবম কয়াদা মশাগী মবুধি শিজিন্নত্নুনা তমলুবা মহৈ অদু পানশিন্বা ঙমনবা হোৎনবা তাই। অদুগা ইউনিভর্সিটিগী থাক্তনা ছাত্রশিংনা হীরম কয়াদা খংলকপা জ্ঞান অদু অখননবা, তশেংনা উৎথোকপা য়াবা হীরম অমদা পানশিনবা ঙমনবা হোৎনগদবনি। মরমসিনা ইউনিভর্সিটী হায়বসি তুংগী জাতীগী য়ুম্বী ওইগদোরিবা নহা ওইরিবা মীওই কয়াবু তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা মহৈ মশিং তম্বীফম্নি। অদুগা মথক্তা খাইদোকপ্রিবা মহৈ তমফম শংগী তোঙান তোঙানবা তাংককশিং অসি অমগা অমগা তৎন থানবা য়াত্রবা মরি লৈনৈ হায়বসি কাওরোইদবনি। মরমসিনা তুংগী নহারোলশিংবু মহৈ মশিং মওং চুম্না তম্বীনবগীদমক্তা নর্সরিগী থাক্তগী ইউনিভর্সিটীগী থাক ফাওবসি পুম্না প্লান তৌগদবনি। মতুতদা মহৈ তম্বদগী ফংহন্নিংলিবা মহৈ অদু ফংবা ঙমগনি। ●

লমাজিং মৈরা
ফেব্রুরারী/মার্চ্চ – ১৯৮০

# মহৈ মশিং তম্বগী লমদা কার্ল মাক্স

পৃথিবী শিনথুংনা মমিং চৎলবা কার্ল মাক্স'না মীওইবা কাংলুপ অমগা অমগগী মরক্তা শেলথুমগী ফীভমদা অচৌবা খেন্নবা লৈরিবসি কোকহননবগী অমতা ওাইরবা পাম্বৈদি মহৈ মশিং তম্বীবগী লমদা অওনবা অমা পুবকপনি অমদি মস্থুম তৌরবতদা শেলথুমগী ফীভম খেন্নবনা মীওইবা জাতিগী চাওখৎ খোংথাংদা অপনবা অমা থোক-লিবসি মক ফংনা ফুকতৎপা ওমগনি হায়খি। মহাক্না ফোংদোক্লম্বা ৱাখল্লোনসিনা তংশেংনমক উৎলে মতুদি মহৈ মশিং তম্বীবগী লমদা লময়ানলিবা মীওইশিংগী থৌদাংসি পৃথিবীসিদা চৎথনরিবা মহৈ তম্বীবগী থৌরাংশিংগী অফ ফত্তা, অচুম অরান নৈনবতা নত্তনা লম-সিদা অফবা অওনবা পুরকপস্নুনি।

কার্ল মাক্স'না সমাজগী তোঙান তোঙানবা ফোর্সশিংবু মওং চুম্না ওর্গেনাইজ তৌত্নুনা মীয়ামগী অপুনবা শক্তীবু মফম চানা চানা শিজিন্নবগী দরকার ওইবতু কন্না পল্লম্মী। মসি ওইথোক্লবগীদমক্তা মীওই খুদিংমক্না মানা মানা চান্নগদবা মথলগী মহৈ তমগদবনি অমদি সমাজগী পোৎথোক হেঙ্গৎনবা হোৎনগদবনি।

ফীদমনফম ওইবা সমাজ কদাইবু কৌবগে হায়বা তারবদি সমাজত্নুদা লৈরিবা মীয়াম্না য়োনিংলিবা পনথুংফমগা লনাই মীওই অমনা পামলিবা পনথুংফমগা অনীগী মরক্তা চয়েৎনবা লৈহল্লোই-দবনি। কার্ল মাক্স'কী মত্তা "মীওইবনা মশাগী পোকপদগী লোইন-ৱক্লবা শক্তীশিংবু হেন্না মপুং ফানা চাওখৎহন্নবগীদমক্তা মহৈ

তমগদবনি। লোইননা মীওইবনা মশাবু মশানা মশক খংজনবা অমদি মীপাল তাংদনা হিংবা ওমনবা সমাজতুদা লৈরিবা মীয়ামগী লৈনগদবা মরি, মীওইবগা প্রকৃতিগা অতুগা মীগা মীগগী মরক্তা লৈনবা মরি ফগৎহনগদবনি।

মহৈ মশিং তম্বগী লমদা লময়াল্লিবা মীওইশিংনা মীয়ামগী লাইব্রেরিক লাইশু তম্বদা অপনবা থোকহল্লিবা কয়াবু কোকহননবা হোৎনগদবনি। অমদি মীয়াম পাক্তকননা মহৈ মশিং তমহননবা হোৎনগদবনি। করিনা হায়রবদু সমাজ অমগী অশেংবা শক্তম মীয়াম্না মহৈ মশিং হৈরবতদা খংবা ওম্মী। অতুনদি ঐখোয়না সমাজগী অশেংবা শক্তম খংহনবা ওমনবা করি করি তৌবা তাই? ঐখোয়না য়ারিবমখৈ লাইরিক লাইশু তম্বীবদা ছাত্রশিংবু লৈরিবা সমাজতুদগী লাপথোক্লা পুথোকলোইদবনি অমদি প্রমান পীতুনা উৎপা য়ারোই-দৌবা, তমলিবশিংতুনা লৌশিনবদা ব্রানা থোকপা ব্রাহৈ ব্রাতঃ য়ারিবমখৈ য়াওহন্দনবা হোৎনগদবনি। শম্না হায়রবদা মহৈগী মতেংনা মীওইবগী জ্ঞান মপুং ফাহল্লকই হায়বতু তমলিবশিংদা খংহনগদবনি। লোইননা ছাত্রশিংদা হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজগী ফীভম তম্বীবগী মথক্তা তুংদা সমাজগী ফীভম কদাই ফাওবা ফগৎ-হনবা য়াবগে হায়বতু তম্বীগদবনি। মসিগীসু মথক্তা হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজসিদা অৱাংপা কয়া লৈরিবসি খংহন্নবা হোৎনগদবনি অতুগা অৱাংপশিং অসি করম্না মেনখংকদগে হায়বতুসু নৈনগদবনি। ইতিহাসকী থোদোক কয়াসি মীওইবনা থোকহল্লিবনি অমদি অসিগুম্ব মীয়ামদা মাংহনবতা ওইরবা ইতিহাসকী ইচেল অসি হোংদোকহনগে হায়রবদি মীয়ামগী থোদাং চাওই হায়বসি কাও-হরোইদবনি। সমাজসিদা চাওখৎপা পুরক্কে হায়রবদি থবক্তা য়াম্না ইচং থৌবা, মনুং মপান ফাওনা উশিনবা ওম্বা অমদি হোৎনবা কম্বা চংই। অসিগুম্বা মথৌনা লৈবা মীওইশিং মশিং য়াম্না পুথোক্লবগী

থাইদগী হেন্না ফবা পান্থৈদি মীয়ামদা অফবা মথলগী শিক্ষা পীবনি। অতুগ শিক্ষা পীবা মতমদা মী মীতুগী মশাগী পোকপদা লোইনরক্লবা শক্তীশিংবু মপুং ফানা শিজিন্নবা ঙমহননবা হোৎনগদবনি। মরমদি ঐথোয়না অনৌবা মথলগী সমাজ অমা শেমগৎপা পামলি। করন্বা মথলগী সমাজনো হায়বদা মতুদা মীপুম খুদিংমক্না মশাগী ঙমজবা শক্তীদা মপুং ফানা শরুক য়াবা ফংবা। হৌজিক হৌজিকমকসু পৃথিবীগী ওইনা য়েংবদা অরাৎপা কয়া লৈরবসু মীপুম খুদিংমক্কী তৌবা ঙম্বা শক্তীবুদি শিংথানবা হৌরকলে।

ঙসিগী পৃথিবীদা অচৌ পিশক্কী মরক্তা য়াম্না চাওবা খেন্নবা অমা লৈরি হায়বদি অচৌবা কাংবুনা অতোনবশিংবু য়াম্না হন্থবা মিৎয়েংনা য়েংবিবা। মসি মীয়াম পাক্তক্লনা ইবা পাবা হৈতবদগী থোকপনি। মীপুম তিংনা মহৈ মশিং হৈরবতদা মী অমগা অমগগী মরক্তা কল্লকপা, য়েংথিনবা লৈরিবা, লাইর ইনাক খুনবগী খেন্নবা লৈরিবা, উশিং থওইনদ্রিবা কয়া অসি কোকহনবা ঙমলবতদা মীমান্নবা খুন্নাই অমা শেমগৎপা য়াগদৌরিবনি। লোইননা মীওইনা পোকগী মহৈ য়ানগদৌরিবনি।

কার্ল মার্ক্স'গী মত মতুংইন্না শিনফমগা কোননবা শিক্ষা পীগদবনি মতুতদা মপুংফাবা শিক্ষা ফংবা ঙমগনি।

মহাক্না শিক্ষাগী বিষয় খুদিংমক হায়বদি সাইন্স, ইকোনোমিক্স, সোসিওলোজি, ইতিহাস, ফিলোসোফি, পোলিটিক্স, এন্থ্রোপোলোজিনচিংবশিং অসি বিষয় অমগা অমগগী মরক্তা লৈনবা মরিশিং অতু শন্দোক্না তাকপী তম্বীতুনা লাইরিক তমলবা মতুংদা শিজিন্নফম, চন্নফম খংন্নবা হোৎন্বগী তঙাই ফদবতু পল্লম্মী। খুদম ওইনা সাইন্সকী শিক্ষা পীবদা মীওইবগী পুন্সি করম্না ওইরকপা অমদি জীব পানবশিংনা করম্না হিংই হায়বতু তম্বীগদবনি। ইকোনোমিক্সকী মতাংদনা সমাজগা মীওইবগগী মরক্তা লৈনবা মরি হায়বদি সমাজগী তোঙান

তোঙান তোঙানবা লমদা প্লান্নিং তৌবগী তঙাইফদবত্থ নৈনগদবনি। মসিগী মথক্তা অনৌবা সমাজ অমা শেমগত্তুনা মীপুম খুদিংমক্না তম্নবা স্কুল শং লিংখত্তুনা মখল মখাগী শিক্ষা পীত্থনা মীগা মীগগী মরক্তা অমতা ওইবগী মরি থম্নবা হোংনগদবনি।

ধর্ম্মগী মিংদা জাৎ ফবা ফত্তবা খাইবা, বীচার তৌবদা অচুম অরান য়েংদবা অমদি মীবু শেরাননা লমজিংবা তৌরোইদবনি। কার্ল মাক্স্‌কী মত্তা শেঞ্জাও পাইবগী সমাজদদি রাজনীতীগী মওং অসি মতম মতমত্থগী ওইবা লাইনিং লাইশোল, শিক্ষা, সমাজত্থগী চৎনলোন অমদি শেল থুমগী ফীভমগী মখা পোল্লি। মসিনা সমাজ-ত্থদা লৈরিবা মীয়ামগী মগুন হন্থহনবতা নত্তনা মীনুংশি খংবগী চাংস্থ হন্থহল্লি। অসিগুম্বা কয়া অসিদগী অওনবা অমা পুরক্নবা শিক্ষাগী লমদা খংহৈরবশিংনা হোংনত্থনা রাজনীতী অমদি শেল থুমগী লমদা অহোংবা থুনা পুহল্লক্কদবনি। মত্থতদা সমাজদা মীয়ামগী ব্রাখল মপুং ফানা ফোংদোকপা ঙমগনি।

মাক্স্‌কী মত্তা মীয়ামবু মীকপ থোকহন্নবগীদমক্তা কলা বিদ্যাগা মরি লৈনবা বিষয়শিংনা শিক্ষাগী মপুং ওইবা শরুক ওইগদবনি। মরমদি বিষয়শিং অসিনা মীওইবগী পুক্নিংদা, হকচাংদা নুংঙাইবা ইথিল পী। হায়বদি মসিনা মীওইবগী তোঙান তোঙানবা সেনস ওর্গানশিং, ব্রাখল, লৌশিনবা ঙম্বগী পাঙ্গলনচিংবা কনখৎপা হেঙ্গৎ-হল্লি। মরমসিনা বিষয়শিং অসিনা মীওইবগী লিচৎ, শাজৎ অমদি কলচর চাওখৎহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই অমস্থং নুংগী অমদি পানগী শক্তি মপুংফানা চাওখৎহল্লি। কার্ল মাক্স্‌না কনশিন্না হায়-রম্মী মত্থদি কলা বিদ্যাগা মরি লৈনবা হীরমশিংদা মীওইবনা হৈশিংবা উৎপা ঙমলিবসি মহৈ তম্বগী মপান্ননি। নত্রবদি শিক্ষাগী লমদা কলা বিদ্যাগী মফম চাওনা লৈরোইদবনি। মীওইবনা মহৈ তম্ন তম্নগা মশাগী ওইনা লোইনরক্নবা শক্তী কয়া মপুং ফাবা

হেঙ্গৎলকই অতুগা অনৌবা শক্তী কয়া অমস্থু তম্বগী মতুং ইন্না লৈরকই। খুদম ওইনা ঈশৈ নোংমাই নত্রগা য়েক খোৎপগী লমদা তমত্নুনা অমদি অতৎপা লৈতনা হোৎনববতদা হীরমশিং অসিদা মপুং ফানা হৈশিংবা উৎথোকপা ঙমগনি অতুগা হোৎনবগী মতুং ইন্না হৈশিংবা হেঙ্গৎলক্কনি। ব্রাফম অমনা চপ মান্নবা তমলবস্থু মশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তী খেন্নবগী মতুং ইন্না মীওই খুদিংমক্লা তোঙান তোঙানবা লমদা হৈশিংবা উৎলক্কনি। কলা বিদ্যাগা মরি লৈনব শিক্ষা হায়বসিনা মীওইবগী নুংগী ওইবা শক্তীশিং মপুং ফানা চাওং খৎহল্লি। অসিগুম্বা মথলগী শিক্ষা ফংলবা মীওই অমনা করিগুম্বা পোৎশক অমা উরুবদা অমদি খোঙ্জেল অমা তারুবদা মাগী পুক্লিংদা ফাওরকপা ইথল ইচম চম্বা মীওই অমনা চপ মান্নবা পোৎশক অমত্ত উরু তারুবদা ফওরকপগা মান্নরোই। হায়বদি কলা বিদ্যাগী শিক্ষা ফংলবা মীওইত্নুীনা হেন্না অর্থ চেনবা ওইগনি। খুদম ওইনা উপন্যাস অমা ইবা মতমদা তোঙান তোঙানবা কেরেক্তর কয়া অত্থু শাগৎনবগীদমক্তা পুক্লিংদা হান্নবা মরি তাহনব তই। উপন্যাসক ব অমা ওইনা পৃথিবীদা মাংং লৈব্রবা মেকসিম গোকিনা হায়খি “উপন্যাস ইনবগীদমক্তদি ওইথোকপা য়াবা কেরেক্তর পুদি এক শাগৎপা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা অমনি।” খব শান্দোক্লা হায়বা তারবদা য়াম্না মনুং যৌশিন্না উবা, তাবা অমদি কেরেক্তর শাগৎপসি উপন্যাসকার অমগীদমক্তদি থানবা য়াদ্রবা মচাকশিংনি। অতুগা মথক্তা পনপ্লিবা মচাকশিং অসি ইরোইননা হায়বদি তৎন থানবা লৈতনা শাগত্তুনা লৈরবতদ অফাওবা উপন্যাসকার হায়বত্থু ওইগ-দৌরিবনি। অস্থুম্না কলা বিদ্যাগা মরি লৈনবা বিষয় খুদিংমক্তা উশিনবা অমদি খ জিনবা ঙম্বগী প ঙ্গল হেঙ্গৎহন্নবা হোৎনবসি য়াম্না তঙাইফদববনি। অনৌবা রশিয়া অমা শাগৎলম্বা ভিঃ আইঃ লেনিন্নস্থু ওঝাশিংগী ওইবা মীফম অমদা 'অস্থুম্না হায়খি “ঐথোয়না ভাবনা

শাত্নুা পোৎশক অমা লাকশিনবা হায়বসি হান্নুা ঐখোয়না উপ্পুবা অমদি তাপ্পুবা অত্নুগী মথা পোল্লি।" নিংশিংবা, ৱাখল খনবা, মীৎয়েং শান্না য়েংবনচিংবসি কলা বিদ্যাতদা নত্তনা সাইন্সকী লমদসু দরকার ওই। মরমদি সাইন্টিষ্টশিংনা পুথোরকলিবা অনৌ অনৌবা পোৎথোক কয়া অসি মনুং ফাওনা খনবা ঙম্বদগী থোরকপনি। মরম অসিনা শিক্ষাগী কয়াৎ শেম্বদা কলা বিদ্যাগী মরুওইবসি নিংশিংব৷ তাই। অত্নুগা অভাংশিংদা শিক্ষা পীবা মতমদা কলা বিদ্যাগা পুন্সিগা লৈনবা মরি অসি তাকপী তম্বীগদবনি। মসুম তৌরবদি চাওরবা মতমদা মশাগী পুন্সিবু ময়েক শেংনা খংজবা ঙম্বা অমদি মশানা নিংলিববু ফোংদোকপদা হেন্না লাইনা থোক্কনি। মরমসিনা শিক্ষাগী অহানবা থাক্তা ওঝাশিংনা কলা বিদ্যাগা মরি লৈন ৗ বিষয়শিং তম্বীগদবনি।

কার্ল মানহেমনা অসুম্না হায়রম্মী "মীওইবনা পুন্সিগী মমল খংননবা অমদি হি লিংড মতমদা মীথোই মীহেনবা মীশক অমা ওইনা হিংনবা ঙংনগদবনি। মসিগী মথক্তা মতম মতমত্নুগী সমাজগী ওইরিব ফ৷ভমগী অচুম্বা শক্তম ল৷কশিনবা ঙম্নবা হোৎ-নগদবনি।"

প্রেটোনসু শিক্ষাগী মরুওইবা উদেশ্যদি অমমবা ৱাখল কোক-হন্দুনা পুন্সিসিদ৷ চুম্বগী মঙাল উহনবা অত্নুনি হায়রম্মী। কার্ল মার্ক্সনা মীওইবনা পুন্সিসিবু খ্বাইদগী হেন্না অফবা মওংদা লৌশিন্নবা হোৎনবগী তঙাই ফদবত্ন পল্লম্মী। মসি ওইথোক্নবগীদমক্তা মহৈ তম-ত্নুনা জ্ঞান মতিক চানা তানশিনগদবনি। মরমদি জ্ঞান লৈরবতদা পুক্নিংনা হেন্না খংজিনবা ঙম্বগী পাঙ্গল হেঙ্গৎলকই অত্নুগা ফীদমসু ৱাংলকই। মরম অসিনা শিক্ষা পীবদা মীবু হেন্না মপুংফাবা মীওই ওইহননবা হোৎনগদবনি।

লমজিং মৈরা
ফেব্রুৱারী/মার্চ্চ — ১৯৮০

# মহৈ মশিং তম্বগী পন্থুং

ভারতনা নিংখা তম্নবা মতুংদগী মহৈ তমফমশংশিংগী মশিং অমদি মিং চন্দুনা:লাইরিক তমলিবা ছাত্রশিংগী মশিংসি য়াম্না হেঙ্গৎলকলেদি হায়ববু প্রাইমারীগী থাক্তা তমলিবা, চহী ৬ তগী ১০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংগী মরক্তা স্কুলদা মমিং চন্দুনা মহৈ তমলিবসি চাদা ৮৫ নি। অতুগা চহী ১১ দগী ১৪ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংগীনা চাদা ৪০ তমক স্কুলদা তম্মী। অস্নুম্না অহানবদা চাদা ৮৫ স্কুল তমলমলগা মথংগী তাংকক হায়বদি হায়স্কুলগী থাক্তা তংথাইদগী হেন্না হন্থখ্রিবসিনা তশেংনা উৎলে মতুদি অঙাং কয়া অমদি মতম খর স্কুল কারমলগা তোকপ্রবনি। মসি ভারতকী অয়াম্বা ষ্টেটশিংদা নিপাল শুবা ক্লাস ফাওবা ফি হুন্দনা মহৈ তম্বা য়ারবা মতমসিদা ফাওবনি। ভারতকী অপুনবা মীশিংগী চাদা ৭০ অতুগা নুপীশিংগী মরক্তনা চাদা ৮০ দি ইবা পাবা হৈত্রি।

হৌজিক হৌজিক্কী ওইনস্মু লাইরিক ইনাক খুনবা, খুঙ্গং সহর, নুপামচা নুপীমচা অমদি শাগৈ জাৎ ফবা ফত্তবা অনীগী মরক্তা অচৌবা খেন্নবা লৈরি। অতুগা মহৈ মশিং তমহন্নবগীদমক্তা কাই-থোকপা শেলফমস্মু ষ্টেট অমগা অমগগী মরক্তা চাওনা খেন্নরি। ময়াম্সিগী মথক্তদ ছাত্র ছাত্রাশিংদা তম্বীরিবা সেলেবসকা ওসিগী লৈবাক্কী ওইরিবা অবস্থা অমদি ছাত্রশিংগী দরকার ওইরিবতুগগী মরক্তা অচৌবা অহোবা অমা লৈরি।

চাইল্দ লেবরগী মতাংদস্মু পৃথিবীগী মনুংদা ভারতনা খ্বাইদগী মশিং য়াম্বা হেল্লি। ভারত্তা চহী ১৪ ফাওবগী মনুংদা লৈবা চাইল্দ লেবরগী মশিংসি মিলিয়ন ৩০ রোমনি। অঙাংশিংসিগী মনুংদা

চাদা ৪৩ না লৌউ শিংউবদা, চাদা ৬ না পোৎচৈ শাবগী থবক্তা, চাদা ৬ অমনা ইনাক কৈরাক থুনবা ইমুংগী মীনাই ওইনা অদুগা স্থপ্নতগী চাদা ৪·৬ না চাইলদ প্রোটেক্সন এক্টকী মথাদা তোঙান তোঙানবা ইন্দষ্ট্রিশিংদা থবক তৌই। অদুবু অঙাং মিলিয়ন কয়া অমস্থ য়ুম কৈ শাবা, হোটেল অমদি ডুকানশিং, ইমুং মন্নুংগী থবক ইনখাং অমদি কোটেজ ইন্দষ্ট্রীশিংদা থবক শুরি।

ঙসিগী অঙাংশিংনা থেংনরিবা অৱা অনা কয়া অসি লাইরবদগী অমদি মীথা পোন্দুনা লৈরুবনা ওইহল্লকপা সোসিও ইকোনোমিক সিস্টেমদা মান্নদবা অমস্থং মীওৎ মীনৈগী সমাজ অসিননি।

মরম অসিদগী সমাজদা অহোংবা অমা পুরক্নবগীদমক্তা মহৈ মশিং তম্বগী পম্থুং অমা লৈহনগদবনি। লোইনন বুধি লৌশিং চাওখৎহনগদবনি। হৌজিক্কী স্কুল কলেজগী করিকুলমনা স্থপ্নতগী অকক্নবা হীরম খরতমক জ্ঞান তানশিনবগী খুদোংচাবা ফংহল্লি, অদুগা ফংলকলিবা জ্ঞান অদুবু পরিক্ষাদা শিজিন্নরবা মতুংদগীদি মথা তানা অমুক শিজিন্নদ্রে। মরম অসিনা মহৈ মশিং তম্বগী পম্থুংদি বুধি লৌশিং চাওখৎহনবগা লোইনন শিনফমদা পানশিনবা য়াবা মথলগী ওইগদবনি। মহৈ মশিং তম্বীবদা ইহান হানবদা— তমগ-দৌরিবা ছাত্রশিংবু মাগী মাগী বিষয়দা হৈশিংলবা (খংহৈরবা) ওঝা-শিংগী লমজিং মখাদা লৈহননবা হোৎনগদবনি অমদি ছাত্রশিংদুগী মবুধি মরৌশিংগী মতুংইন্না চান্নবা শিনফমগী মহৈ তম্বীগদবনি। লোইনন ছাত্রশিংদা ফজবা লমচৎ শাজৎ অমদি সমাজদা চাশিন্ননা হিংবা ওমহননবা হোৎনগদবনি। তশেংনমক অশেংবা লাইরিক্কী মঙাল ফংলবা মীদুদি লাইরিক হৈবতা নত্তনা লমচৎ শাজৎতস্থ মতৌ তমজনিংঙাই ওইগদবনি। মহৈ মশিং তম্বীবগী লমদা মঙোন্দগী মতেংস্থ ফংগনি। হৌজিক হৌজিকমক চৎথরিবা শিক্ষাগী মওং অসিনা চপ মান্নবা লমদা শিক্ষা ফংলবা মীওই অমগা অমগগী

মরক্তা ফাওবা য়াম্না খেন্নবা উবা ফংলি। মরমসিদগী ঐখোয়না লাইনা খংবা ঙমলে মতুদি হৌজিক্কী শিক্ষা পথাপকী যাম্না চাওনা অশোয়বা অনীদি অহানবদা "লাইবিক তম্বীবগী মওং"; অনি-শুবদা "করিকুলম কনটেন্ট"। অতুনদি অশোয়বা অনীসি থুনা মেন-শিন্দূনা হায়বদি লাইবিক তম্বীবগী মওং পরিক্ষা পাস তৌনব-গীদমক্তা তম্বীবা, ছাত্রতুগী মশাগীদি ওইহোদবা অদুগা হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজসিগা চাশিন্নবা মথলগী করিকুলম শেমদোকপা য়াম্নমক দরকার ওইরে।

লমজিং মৈরা

এপ্রিল'মে — ১৯৮০

# শিক্ষা পথাপ শেমদোকপা

হৌজিক্কী ওইরিবা মনিপুরগী শিক্ষা পথাপসি চরাংনবনা পীক থল্লে। হায়বদি শিক্ষাগা মরি লৈনবা লমশিংদা শাথিরবা ক্রাইসিস কয়া থোকলে। মসিনা ওইহল্লকপা থাইদগী হেন্না শাথিরবা ফলদি লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোল লাক্ষ কয়া অমা থবক ফংদবদগী নিংবা কাইবা, শাওনিংবা অমদি পুন্সিদা ফিরেপাকম থংদবা কয়া থোকহল্লে। অসিগুম্বা পন্থুং য়াওদবা শিক্ষা পথাপ অসিনা ছাত্র-শিংদা কান্নবা করিমতা ফংহনবা ঙমদ্রে অমদি মসিগী মহৈ ওইনা লাইরিক তমফমশংশিংদা মহৈ মশিং তম্বগী ন্নাখল লৈনদ্রে। পেন্দবা কয়াসিগী হৌরকফমদি ঐথোয়গী লৈবাকসিনা শেঙ্গাও পাইবগী নিতিগী লম্বীদা চংশিনবনা লৈবাক্কী রাজনীতি, শেল থুম অমদি সমাজসিগী ওইবা পুন্সিদা খুদোং চাদবা কয়া থোরকপদগীনি। ছাত্রশিংনসু মখোয়না তারিবা দশা অসি কোকনানবগীদমক্তা কন্না লালথেংনরি। তশেংবমক হৌজিক হৌরকলিবা ইহৌ কয়া অসি মতমসিগা চাশিন্নদ্রবা শিক্ষা পথাপ, পুন্সিগী হিংবগী আর্থ লৈশিল-লক্তবা, শেল থুমগী ফীভম লোইননা হিংবগা মরি লৈনবা লম কয়াদা ফংচিল্লক্তিবশিংসিগী মাইয়োক্তনি। ছাত্র নহারোলশিংসিনা মখোয়গী পনথুংগী মরমদা তশেং তশেংবা কয়াৎ লৈত্রবসু হৌজিক্কী ওইরিবা সিষ্টেমশিংসিবু হোংদোকনিংলে হায়বসিমদি তশেংনমক থংলে। অমরোমদসু করি করিগুম্বা মতমদা নহারোলশিংগী ইহৌ-সিবু শেরান্নবা লমজিংখিদবা নত্তে। মতুগী ফল ওইনা স্টেটকী প্রোপর্টি কয়া মাংতাকপা, পরিক্ষাদা পাকতকননা শিননবা, ঙাক-শিংবু ফু চৈবা অমদি ইকাইবা পীবা লোইননা লৈবাক্কী ওইনা

মাংতাকনিংঙাইগী মশক ওইবা থবক কয়া চৎথরকই। অসিগুম্বা চাশিন্নদবা ইহৌশিং অসিনা নহারোলশিংগী নিংবা থুংদবশিং অদু কোক্কদবদি নত্তে। মরকসিদা রিএক্সনরি ফোর্সশিংনসু ছাত্রশিংবু শেরান্নবা লমজিংনবা হোৎনরি। হায়বদি মখোয়গী পনথুং য়ৌনবগী-দমক্তা ছাত্রশিংগী মরক্তা তোঙান তোঙান তানিংবগী ব্রাখল পোক-হল্লে অমদি মসিমক্তা মরম ওইদুনা অনৌবা সোসিয়েল সিষ্টেম অমা পুরক্লবগীদমক্তা চংশিল্লিবা লাঞ্জং অসি থিন্দুল্লে।

মরম অসিনা শিক্ষা পথাপ শোয়বদগী ওইবকপা সমস্যা কয়াসি কোকহনবা তারবদি ঐখোয়না শিক্ষা পথাপকী অশোযবা কয়াসিগী হৌরকফম অমদি অশোয়বশিংসিবু কোকহননবা পান্বেশিং থিবা তাবনি। অদুগা ছাত্রশিংনসু শিক্ষা পথাপকী অশোয়বা কয়াসিগী মরিক চুম্বা পাওখুম পীবা ঙমনবা হোৎনগদবনি লোইননা সরকারদা অমদি শিক্ষাগা মরি লৈনবা লোইশংশিংদা মখোয়গী দাবীশিং থুনা পীননবা তকশনগদবনি।

ইংশোক ১৯৬৮ দা ভারত সংবিধাননা পাস তৌখ্রবা লৈবাক-সিগী ইদুকেশনেল পোলিসদা ইবিদি— ইদুকেশন কমিশননা রিকোমেন্দ তৌরকপগী মতুংইন্না নেশনেল ইন্টিগ্রেশন পুরকনবা অমদি মান্নবা খুন্নাই অমা শাগৎনবগীদমক্তা শিক্ষা পথাপ্তা অহোংবা অমা পুরকপসি ভারত সরকারনা য়াম্না তঙাইফদ্রবনি হায়না লৌরে। মসিগীদমক্তা হৌজিক্কী ওইরিবা শিক্ষা পথাপ অসি হোংদোক্লুনা অনৌবা শিক্ষাগী পথাপ অসি মীওইবগী পুন্সিগা নকশিননবা মরি থমনবা, মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা অসি মীয়াম পাক শন্না ফংহন্নবা, শিক্ষাগা তাংকক খুদিংমক ষ্টেন্দার্দ লৈহননবা অদুগা বিজ্ঞান অমদি টেকনোলোজি চাওখৎনবা লোইননা ছাত্রশিংগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌননবা হোৎনগদবনি। শন্না হায়রবদা অনৌবা পথাপ অসিনা সমাজ সেবাদা অমদি

লৈবাক্কী চাওখৎনবা হোৎনবদা মপুন্সি কৎথোকপা ওম্বা নহারোল মশিং লাকওমদনা পুথোরকনবা হোৎনগদবনি। মতুংদা লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংদা, নেশনেল ইন্টিগ্রেশন পুরকপদা, কলচর য়োক-খৎপদা অমদি মান্নবা থুন্নাই অমা শেমগৎপদা লাইনা থোক্কনি। অতুবু লাইবক থিবদি চহী তরানিথোইগী মমাংদা পাস তেংগ্রবা ইডুকেশনেল পোলিসি অসিগী পনথুং য়োনবা থোরাং পাইখৎপা তেংদ্রি। অম্বুন্না অমুক নৌহৈনা পল্লুদ্রবস্থু বৃটীশ সম্রাজ্যবাদিনা মনাঙগী লৈবাক ঙাকলোনগা চাশিন্ননবা শেমলম্বা শিক্ষা পথাপতু হেৎনদ ক্তবগী হৌজিক্কী শিক্ষা পথাপসি মীওইবগী পুন্সি, অনিংবা অপাম্বা, অমদি দরকার ওইবা কয়াদগী লাপ্না লৈরি। মরমসিদগী লৈবাক্কী ওইনা লাওথোকখ্রবা পান্দমশিং হায়বদি সোসিয়েলিজম, সেকিউলারিজম অমদি দেমোক্রেসিগী লোমদা চংশিন্বগী মহুত্তা শেঙ্গাও পাইদা কারবাররলা অমদি ফিউচুয়েল ফোর্সশিংবু য়োকখৎলি। অতুগা স্কুল, কলেজগী টেক্স বুকশিংদা য়াওরিবা পরাশিংবু ছাত্রশিংদা দেমোক্রেটিক অমদি সাইন্টিফিক ওইবা মীংশেল পীবগী মহুত্তা লৈবাকাশাগী শেলথুন অমদি সমাজগী চাওখৎ খোংথাংদ ওন্না তৈনবা শক্তম পীনবা হোৎনৈ। হৌজিক্কী চৎথবিবা শিক্ষা পথাপসি পরিক্ষাবুনা হেন্না লুনা থন্বা, মীয়ামগী পুন্সিদগী থাপতোকপা অমদি পাঙ্গলনা থবক শুববু হন্থনা খনবা পোকহল্লি। মরমসিনা মমাংগী অমদি হৌজিক্কী সরকারসিনা রাজাও কয়া ঙাংতুনস্থু অমস্তুং মিৎয়েং চিংশিন্নিংঙাই ওইবা পনথুং কয়া উৎতুনস্থু তোঙান তোঙানবা থাক্তা শিক্ষা পথাপ শেমলিবশিংগী মরক্তা মেন তাদবা অমদি মথৌ মশক খংবা রাৎপসি মীয়াম্না অতুমক উনরে। মরম অসিনা তমগদৌবিবা টেক্স বুকশিংদা ছাত্রশিংবু দেমোক্রেসি, সেকিউলারিজম, পেট্রিয়ো-টীজমনচিংবগী ফিদমনফম ওইবা রাখল চেলহনবা ওম্বা হীরম কয়া-মুক হাপচিন্দূনা নৌহৌনা শেমদোকপগী তঙাইফদবা লৈরে। মথাগী

ইলিমেণ্টরী থাক্তগী হৌরক্লনা অৱাংবা থাক ফাওবদা নহারোলশিংদা জাং তোনবা তোন্দবা, কাংলুপ মশেল মরক্তা য়েংথিনবা, লমগী মতু.ইন্না ফুরুপ থাইদোকপা অমদি অন্ধবিশ্বাশকী ৱাখল, ধর্ম্ম কর্ম্মদা কাহেন্না থৱাই লুপশিনবনচিংবা তৌদনবা কুপ্না য়েংশিনগদবনি। অতুগা তস্বারিবা লাইরিক্কী শরুক থরদা দেমোক্রেটিক ওইদবা পরা থেংনরবদি মতু খুদক্তা ককথৎনবা তৌগদবনি। য়ারিবমথৈ টেক্স বুকশিংসি হৌজিক্কী মতমগা চাশিননবা ওইগদবনি। হায়বদি খুৎশা হৈবগী পোংথোক অমদি লোউ শিংউবগী পরাশিং য়াওহনগদবনি। শম্না হায়রবদা বিজ্ঞান অমদি টেকনোলোজিগী লমদা হেন্না নিংয়েং চিংশিনগদবনি। ৱাক্ এক্সপারিয়েন্সসি কারকুলমগী তঙাই ফদ্রবা শরুক অমা ওইহনগদবনি। শিক্ষাগী থাক খুদিংমক্তা ছাত্রশিংবু সোসিয়েল সার্ভিস অমদি নেশনেল সার্ভিস স্বামদা শরুক য়াহনগদবনি। অতুগা ১০ + ২ + ৩ চৎনবা হৌগ্রবা স্টেটশিংদা ভোকেশনেল এডুকেশন লাইপাক্তা থেবাং লোখৎকদবনি। অনৌবা শিক্ষা পথাপাসগা চাশননবা স্কুলশংাশং লিংখৎকদবনি অতুগা ওঝাশিংসু অনৌবা পথাপাসিদা খুৎলোইনবা ট্রেনিং পীগদবনি।

শিক্ষাগী নিৎয়েংশিং থর পাকথোক চাওথোকনবা অমদি মথক্তা পনগ্রবা ৱাখলশিংসি নহারোলশিংদা চেলহন্নবগীদমক্তা মথাগী থৌরাং কয়াসি পাইখৎকদবনি— (১) কেন্দ্র সরকারনা কনস্টীটিউ-শন্দা য়াওগ্রবা ৱারেপ হায়বাদ চহী ১৪ ফাওবা লেম্না মহৈ তম্বীবা হায়বতু থবক ওইনা লৌখৎনবা হোৎনগদবনি। মাসিগীদমক্তা মতিক চাবা শেলফম কাইথোক্কদবনি। টেক্স বুকশিং, প্রাকটিকেলগী খুজু খুলাংশিং, চে কলম মুকনচিংবা অমদি অয়ুক্কী চরা দরকার ওইবা ছাত্রশিংদা ফংহনগদবনি। লোইননা প্রাইমারি স্কুলশিংগী ফীভম ফল্লিবসি ফগৎহন্নবা হোৎনগদবনি। (২) সেকেন্দরী থাক ফাওবা শিক্ষা অসি লেম্না ফংহনগদবনি। অতুগা মথক্তা পনগ্রবা

খুদোংচাবশিং অতু সেকেন্দরী থাক্কী ছাত্রশিংদসু পীগদবনি। ছাত্রশিংবু মশা মউ ফনা থম্লবগীদমক্তা মরক মরক্তা মেদিকেল চেক অপ শেল তিংদনা তৌবগী খুদোংচাবা ফংহনগদবনি। (৩) লৈবাকসিদা লৈরিবা পব্লিক স্কুলশিং মুথৎকদবনি। লোইনন ছাত্র খুদিংমক্তা মান্নবা শিক্ষা পীননবা শিনগদবনি। (৪) ইলিমেণ্টরী থাক্তগীনা মথক্কী ক্লাস ফাওবা শিক্ষা পীবদা ছাত্রশিংগী শেল চংদনবা শিনগদবনি। লাইরিক ফবা অমদি সমাজদা তোঙ্গনা লৈবা মীওইশিংগী মচা মগুশিংদা শেলগী মতেং পীবগী মশিংসি হেন্সংহনগদবনি। টেক্স বুক অমাদি দরকার ওইবা চে, কলম, মুকনচিংবা হোংনা ফংহনগদবনি। হোস্টেলদা লৈনিংবা ছাত্রশিংগীদমক্তা লৈফম পীননবা হোৎনগদবনি। (৫) পোলিটিকেল পার্টিশিং, ছাত্র নহারোল অমদি মাস ওর্গেনাইজেশনশিংনা ইংশোক ১৯৭৮ গী ওক্টোবর তাং ২ দা হৌদোকখবা "নেশনেল এডল্ট ইডুকেশন" প্রোগ্রামদা মপুং ফানা শরুক য়াগদবনি।

শিক্ষাগী খবক্কা মার লৈনহনবা— লৈবাক অসিদা মহৈ মশিং হৈরবা থবক ফংদবা নহারোলশিংগী মশিং অসি অওকপা ফংনা হেনগৎলকলি। মসিমকনসু হৌজিক চথরিবা শিক্ষা পথাপসি অচৌবা অহোবা অমা লৈরে হায়বদি মমল য়াওদ্রবা দিগ্রি পীবা নত্তনা অতেলনদাদ কান্নবা পীবা করিসু ঙমদ্রে হায়বা মশানা তাকচরে। মরম অসিনা শিক্ষাগী পথাপ নৌহৌননা শেমদোক্লনা মীপুম তিংনা থবক পীবা ঙমদ্রবসু হৌজিক্কী ওইরিবা থবক ফংদবগী সমাস্যা অসি থর মখৈদ কোকহনবা ঙমতুনা লৈবাক্কী শেল থুমগী লমদা চাওখৎপা পুরক্লবা শিনবসি তপথবা য়াদ্রবা অমনি।

**পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপা—** হৌজিক চৎথনরিবা পরিক্ষাগী নিয়ম হায়বদি চহীগী ওইনা নত্রগা করিগুম্বা কোর্স অমা হোইরগা পরিক্ষা লৌবসি য়াম্না চুমদবা অমনি। ইউনিভর্সিটি গ্রাণ্ট

কমিশনননা ইংশোক ১৯৭৩দা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপগী মতাংদা ফোংখিবা অতুদা ঐখোয়গী চৎনরিবা পরিক্ষাগী নিয়মসিগী মতাংদা মখাগী মতশিং অসি পীখি— (১) পরিক্ষা হায়বসি মহৈ তম্বগী লমদা খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা শরুক অমা ওইরক্লে হায়বদি পরিক্ষা পাস তৌবনা তমলিবা মহৈ অতু হৈনবা হোৎনবদগী হেন্না লুনা লৌনরে। (২) ইক্সটর্নে'ল এক্সামিনেশন হায়বদি বোর্ড, ইউনিভর্সিটিশুম্বনা লৌবা পরিক্ষাদদি কোইশন নেচর হোংদবা অমদি য়াম্না জেনরেল ওইবা কোইশন হংগনবসিনা ছাত্রশিংনা হংলকপা য়াই হায়না খনবশিংতুতমক চিনফা পুনে। (৩) চে য়েংলিবাসু য়েংলিবা ওঝাতুগী মুদ (Mood) কী মখা পোনবনা পরিক্ষাদা ফংলিবা মাক অতুনা ছাত্রতুগী হৈশিংবা চুম্না ওনবা ঙমদ্রে। (৪) পরিক্ষ হোল্লদ শিননবা অমদি অতৈ নত্তবা পাম্বি কয়া শিজন্নবসি তোহরকপনা দিউটি তারিবা ওঝাশিং ফাওবা খুদোংথিবা ফিভম হৌবকলে। (৫) ইক্সটর্নে'ল এক্সামিনেশন্না অরাংবা থাক্কী শিক্ষাদা খুদোংচাদবা কয়া থোক হল্লিবসি কোকহনবগীদমক্তা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপগী লোইননা মহৈ তম্বীবগী মতাংদসু অহেংবা পুবকপা দরকার ওইরে। মরম অসিনা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপগী মতাংদা খোইদোক্লা শাংথনিংঙাই ওইদ্রে। সরকাবনা শেমখিবা কমিতি অমদি কমিশন-শিংনা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপা য়াম্না তঙাইফদ্রে হায়খ্রবনি। কোঠারী কমিশনগী মত মতুংইন্না "পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপগী তঙাইফদবসি ময়াম্না খংনরবনি, অদুবু মরম অমা নত্রগা অমদগী হেন্না বিজ্ঞানিক ওইবা নিয়ম অমা শেমদোক্নবা থবক পাইখৎত্রে। মসি থুনা পাইখৎনবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না খংগদবদি লৈবাক-সিগী ওইনা অপুনবা নিয়ম অমা পুশিল্লকপা য়ারোই। লৈবাকসিগী তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদা চাংয়েংলবা মতুংদা পরিক্ষাগী নিয়ম কয়াতুগী মনুংদা করম করম্বনা হেন্না চাশিন্নবগে অমদি ফবগে

হায়বতু লেপকদবনি। লোইননা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপদা হৌজিক্কী ওইরিবা লৈবাকসগী শেলথুমগী অমদি সমাজগী ফীভমস্থু খন্নবদা য়াওগদবনি।

মথক্তা পনখ্রবা পান্দমশিং অসি ফংনবগীদমক্তা মথাগী পোইন্ট-শিং অসি ময়ামগী মাংদা থমজরি— (১) হৌজিক চংনরিবা চহীগী অরোইবদা পরিক্ষা লৌগী মহুত্তা কোর্সতু চৎথরিঙৈদা তোইনা তোইনা ভেঙান তেঙানবা পরিক্ষা লৌবা ; অতুগা ওঝানা ক্লাস্তা লৌবা পরিক্ষাগী ফল অমদি চহীগী পরিক্ষাগী ফল সার্টিফিকেত্তা ভেঙাননা বেকাড তৌদুনা থম্গা ; (২) পরিক্ষাগা লাইরিক তম্বী-বগী মরক্তা নাকল পাবা থম্লগা ; পরিক্ষাগী নিয়ম হোংদোক্লবগীদমক্তা তম্বীবগী মতংস্থ হেন্না ফগৎহন্নবা হোৎনবা। অতুগা চহী অমগী মগুংদা য়াদ্রবদা হায়নং ১৮০ নিদ লাইরিক তম্বীনবা শিনগদবনি। ছাত্রগী মাশিংনা ওঝাগী মাশিংদগী য়াম্না হেল্লবসি ওঝাগী মশিং হেন-গৎহন্দুনা কোকননা শিনগদবনি। ওঝা লাক্তবনা নত্রগা পরিক্ষা তৌবনা মরম ওইদুনা অতোপ্পা ক্লাস ছুটি থাদোকপা তৌরোইদবনি। জেনারেল লেকচরগী মশিং হস্থহন্দূনা সেমিনার, টিউটোরিয়েল অমদি কো করিকুলার প্রোগ্রামদা ছাত্রশিংবু হেন্না শরুক য়াহননবা শিনগ-দবনি। সেলেক্সন্তা কবি করি তমগদগে হায়বতু ময়েক শেংনা উৎকদবনি। অতুগা সিলেবসকী মতুংইন্না কোর্সতু লোইবদা চয়োলদা পুং কয়া তম্বীগদগে হায়বতুস্থু পনগদবনি। (৩) সিমেষ্টর সিষ্টেমসি চান্নবা মফমশিংদা চৎথনবা শিনগদবনি। (৪) ছাত্রশিংবু পাওতাক পীননবা অমদি লমজিংনবা তোঙান তোঙানবা কমিতি শেমগদবনি। (৫) হংলবা কোইশনগী চাদা ৮০দি অন্দর গ্রেজুয়েট লেভেল ফাওবা ওবজেক্তিভ অমদি অতেনবা পাওখুমগী ওইগদবনি। (৬) ওঝাশিংনা তোঙান তোঙানবা বিষয়শিংদা পীরকপা মার্কশিং অতু চাংদমনবা য়ানবা ময়ামগী ওইনা চৎনবা স্কেল অমদা ওস্থোক্কদবনি। (৭) গ্রেদ

ক্রেদিত সিষ্টেমদা হৌজিক্কী ওইরিবা মশিংদা ওইনা মার্ক পীরিবসি শিন্দোক্কদবনি। (৮) বিষয় খুদিংমক্কী অমদি পবিক্ষ খুদিংমক্কী কোইশন বেঙ্ক শেমগদবনি । (৯) পরিক্ষাগী ফল হায়দোকপদা থিস্তুদনবা হোৎনগদবনি।

তস্বীবগী নমুনা— শিক্ষাগী থাক খুদিংমক্তা ইমালোন্দা (মনিপুরী লোন) মহৈ তস্বীগদবনি। মসি তৌবদা থেংনরিবা সমাস্যাদি ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোন্দা ইথোকপা টেক্স বুক লৈতবা আসনি। মরম অসিনা শিক্ষাগী থাক খুদিংমক্তা তোঙান তোঙানবা লোন্দা টেক্স বুক ইনবা মীওই খনগৎপা অমদি ইনবগী অথুবা থৌরাং পাইখৎপসি য়াম্নমক দবকার ওইবে।

ছাত্র অমসুং ওঝাশিংদা দেমোক্রেটিক রাইটস পীবা— লৈবাকসিগী ইউনিভর্সিটিশিংগী এদমিনিস্ট্রেশন অসি দেমোক্রেতিক ওইদ্রি। অয়াম্বা ইউনিভর্সিটিগী সিনেটতা ছাত্রশিংগী মীহুৎ য়াওহল্লবস্মু মতুমক্তা মপুং ফারবনি হায়না লৌবা য়াদ্রি। হায়বদি ইউনিভর্সিটিগী থবক থৌশিলসি বিউরোক্রেট ওফিসারশিং অমদি মখোয়গী হুইরোই খরগী খুত্তা লৈরি। মরম অসিনা ছাত্র অমদি ওঝাগী মীহুৎনা সিনেটতা মশিং য়াম্বা ওইগদবনি। ছাত্রশিংগী মীহুৎসি সিন্দিকেট অমদি একাদেমিক কাউন্সিলদস্মু য়াওহনগদবনি। বিউরোক্রেট নত্রগা থবক্তগী পোৎথারবা ওফিসারশিংবু ইউনিভর্সিটিগী ভাইস চান্সেলার হেক্তা হাপচিনবা তৌরোইদবনি। মনিপুর ইউনিভর্সিটীগী ভাইস চান্সেলর খনবদা ওঝা, ছাত্র অমদি কর্ম্মচারীশিংগী মীহুৎ শুনা য়াওবা মিটিংদা মুন্না খন্ন নৈনরগা হাপকদবনি ।

ইউনিভর্সিটিদা ওটোনোমী পীবা— স্টেট সরকারনা মখোয় মখোয়গী স্টেটকী ইউনিভর্সিটিবু শেলথুমগী মতেং পীবগী

স্বার্থদা মখোয়গী মিংয়েং মথাদা থম্নবা হোংনৈ। অস্মুন্না ইউনিভর্সিটিগী ওটোনোমী লৈহন্দনবা শিল্লিবসি ছাত্র অমদি ওঝাশিংনা পুনশিন্দুনা থেংননবা হোংনগদবনি। লোইননা ইউনিভর্সিটি গ্রান্ট কমিশনবু শেরান্ননা লমজিংখিদনবা ছাত্রশিং অমদি ওঝাশিংনা অচেৎপা মিংয়েং থমগদবনি।

লমজিং মৈরা

সেপ্তেম্বর/ওক্টোবর ১৯৮০

# অৱাং কোরিয়াদা শিন্দম্বা

ঙসি মালেমসিদা চৎনপথাপ অনী লৈরে। মতুংদি মান্নবা খুন্নাইগী লিচৎ (সোসিয়েলিজম) অমনা শেঞ্জাও পাইবগী সুপ্নম নিতি (কেপিটেলিজম)। নিতি অনিসি খা কোরিয়াদনা শেঞ্জাও পাইবগী সুপ্নম নিতি অদুগা অৱাং কোরিয়াদনা চাকথুং ফিথুং মান্নবা হিংমিন্নবা মান্নবা খুন্নাইগী লিচৎ চৎলি। শক চু মান্নজবা কোরিয়াদা, চৎলিবা নিতিশিংদগী লাইনা খ্যলে, খা কোরিয়াদনা মখল কয়াগী অওৎ অনৈ অমদি মীয়ামগী ইহৌগী ৱা পাও কয়া তারি। অদুগা অৱাং কোরিয়াদনা মীয়াম্না নুংঙাই য়াইবী মরাং কাইনা, শান্তী ওইনা, চাওখৎ খোংথাংদা পুন্সি লেল্লি। অাটিকল অাসদা অৱাং কোরিয়াগী মহৈ মশিং তম্বগী লমদা চুরকপা অহোংবা খরদং নৈনজরি।

জপানগী লোইলম শাসনগী মখাদা চহী কুন্থ্রামঙা চুপ্পা লৈরুরবা মতুংদা অৱাং কোরিয়ানা নিংতম্বা ফংলকালবসি চহী কুন্থ্রারোমতমক ঙাইরকলি। ইতিহাসকী লমায়দা চহী কুন্থ্রা হায়বসিদি য়াম্না তেনগ্রবা মতমনি। অদুবু অস্থুক তেনগ্রবা মতমসিগী মনুংদা মহৈ মশিং তম্বগী লমদদি অৱাং কোরিয়াস মপুংফানা মাইপাকলে হায়বা য়ারে।

কমরেদ কিম ইল সুংনা অৱাং কোরিয়াগী মহৈ মশিং তম্বগী পান্দমগী মরমদা হায়— "তেল্লবা মতম খরাসগী মনুংদা লোইলম শাসনগী মহৈ তম্বগী মওং মুৎথৎতুনা সোসিয়েলিজমগী পান্দমগা চুশিন্নবা অনৌবা মওংগী শিক্ষা ফংহনবা ঙমলে।

## পোপুলার ইদুকেশনেল সিস্টেম –

নিংতম্বা ফংবগা লোইননা কোরিয়াগী প্রজাশিংনা চহীচা কয়াদগী মংফাওন্দনা থাকলবা অনোবা শিক্ষাগী পথাপ অদু হৌদোক্নুনা নহা অহল খাইদনা মীপুম তিংনা মহৈ তমজনবগী খুদোংচাবা ফংলে। হৌগৎলকালবা নহারোলশিংদনা খাইদগী হেন্না খুদোংচাবা ফাওনা মখাদা চহী তরামাথোইগী কম্পলসরি ইদুকেশন শেল তিংদনা ফংহল্লে। চহী তরামাথোইগী কম্পলসরি ইদুকেশনসিদা য়াওরবাস চহী অমগী কম্পলসরি প্রি-প্রাইমারী ইদুকেশন অদুগা চহী তরাগী কম্পলসরী ইদুকেশননি। থোরাং অসিগী মখাদা অরাং কোরিয়াগী নহারোলশিংনা সেকেন্দরী থাক ফাওবা লেম্না তম্বা অমদি মানা মানা তমলুরিবা মহৈ অদু মমুৎ তানা নিংথিনা খংদুনা কান্নবা ফংবা ঙমলে।

নিংতম্বা ফংদ্রিঙৈ নমাংদদি কোরিয়াগী অরাং থংবা শরুক্তা অরাংবা মহৈ তমফমশং লৈরমদে। স্কুলগী মিদল স্কুল ফাওবগী মহৈ তমফমশং অমা অনীতং লৈরম্মী। অদুগা প্রজা অয়াম্বনা মহৈ তমনবগী খুদোংচাবা ফংলমদে। অদুবু ঙসিদি কোরিয়া শিনথুংনা মহৈ তম্ফমশং লিংখৎলে অমদি মীপুম তিংনা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংলে। হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা ছাত্র ছাত্রী ৮,৬০০,০০ রোম্না (কোরিয়াগী অপুনবা মীশিংগী তঙ্খাই) লেম্না মহৈ তমলি। অদুগা তোঙান তোঙানবা মখলগী মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংহননবগীদমক্তা কলেজ অমদি ইউনিভর্সিটী ১৫৮ অদুগা স্পেসিয়েলাইজদ স্কুল কয়া অমসু কোরিয়াগী তোঙান তোঙানবা জিলাশিংদা লিংখৎলে। অসুম্না মহৈ মশিং হৈরবা মীওই লিশিং কয়া কয়া পুথোক্নুনা অনৌবা খুন্নাই অমা শেমগৎপা ঙমহল্লে অমদি লৈবাকসিগী অথং অহৈশিংনা লম কয়াদা হায়বদি শেলথুমগী, কলচরগী, লৈবাক ঙাকলোনগী অমদি অতৈ মরি লৈনবা লোইশং কয়াদা থবক ইনথাং পুবা ঙম্লে।

অস্থুম তৌনা কন্না হোৎনবদগী কোরিয়াসি খ্বাইদগী হেন্না টেক্নিসি-য়ান অমদি স্পিসিয়েলিষ্ট লৈবা অতুগা অপুনবা মীশিংগা য়েংনবদা খ্বাইদগী হেন্না ছাত্র লৈবা লৈবাক অমা ওইরে। কোরিয়ানা নেশনেল ইতুকেশনগী মাইকৈদস্থু মপুং ফানা মাই পাকলে হায়বা য়ারে মরমদি লৌমী শিন্মীশিংগী থাক অমদি টেকনিকেলগী জ্ঞান অসি য়াম্না ৱাংখৎলে।

নিংতম্বগা ইরোইননা কোরিয়া সরকারনা অনৌবা শিক্ষা পথাপ হোঁদোক্নুনা লোইলম শাসন মথাদা মহৈ মশিং তম্বগী খুদোং চাবা ফংহৌদ্রবা লৌমা শিন্মা, অহল লমনশিংবু এডল্ট ইতুকেশনগী প্রোগ্রাম মথাদা মহৈ মশিং তম্বীতুনা জ্ঞানগী থাওমৈ থাংগৎনবা হোৎনরি। অস্থুম্ন কোবিয়া সরকারনা লাইরিক হৈতবা মুথৎনবা অমদি প্রজা মীয়ামগী বুধি লৌশিং চাওখৎনবা থবক থৌরম কয়া পাইখৎলি। মসিগী ফলনা লৌমী শিন্মী খুদিংমক্না জুনিয়র সেকেন্দরী থাক ফাওবগী মহৈ মশিং হৈরে ১দি সেনিয়র সেকেন্দবী থাক য়ৌবা ঙমনবা হোৎনরি।

ময়ামগী চৎনরিবা রিগুলার ইতুকেশন সিষ্টেম অসিগী মথক্তা অহাংবা মতমগী ওইবা ইতুকেশনেল সিস্টেম অমগস্থু লৈরি। অকোনবগী সিষ্টেমসিদা য়াওরিবসি মখল কয়াগী শিক্ষাগী মওং হায়বদি শিন্মীশিংগী সেনিয়র মিদল স্কুল ফেক্তরী হায়র স্পিসিয়ে-লাইজদ স্কুল, ফেক্তরী কলেজ, করেসপোন্দেনস ইভনিং কোর্সেস অমস্থুং রিফ্রেসর্স কোর্সশিংনি। তশেংবমক কোরিয়াসি "লেন্দ ওফ লার্নি" নত্রগা "লেন্দ ওফ ইতুকেশন" কৌবমক য়ারে। মরমদি মফমসিদা মীপুম খুদিংমকপু মহৈ মশিং তম্নবগী খুদোংচাবা পী। কোরিয়া সরকারনা পীরিবা শিক্ষাগী মওংসি মীপুম খুদিংমকপু মহৈ মশিং হৈহনবতা নত্তনা হৌরকলিবা মীরোল অসিবু অমদি লৌমী শিন্মীশিংবু অতোপ্পগী খনবা, মশা ইৎচবা ঙমনবা অনৌবা ৱাখল

চেলহন্না লোইননা লম কয়াদা খংহৈবা মীওই ওইহন্নবা হোৎনবনি। হৌগৎলকলিবা নহারোলশিং অমদি শিন্মীশিং অসিগী ইতোপ তোপ্পা থৌনা, ময়াম পুন্না চান্ন চিন্ননা লৈমিন্ননিংবগী ব্রাখল অমদি মরৈবাকপু নুংশিবসি তমজনিংঙাইনি। মখোয়না মহৌশা লাই-রেম্বীগী খুৎশেম, কোরিয়াগী খুন্নাইগী ওইরিবা ফীভম ১দি বিজ্ঞানগী খুৎজু খুৎলাইনা পুরকপা অঙনবা কয়া অসি ময়েক শেংনা খংই। লোইননা বুধি লৌশিং ফগৎনবা অমদি থবক ইনখাং নিংথিজনা তৌবা ঙম্নবা মশা মউ ফনা লৈনবা হোৎনৈ।

**মহৈ মশিং তম্বীনবগী মচাকশিং** — মহৈ মশিং তম্বীবদা খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা ওঝাশিংবু মতিক চাবা ট্রেনিং পীননবা হোৎনৈ। ঙসি অৱাং কোরিয়াদা বিজ্ঞান, খুৎশা হৈবগী অমদি অতৈ জেনরেল ইডুকেশনগী লমশিংদা মপুংফানা জ্ঞান লৈরবা ওঝা লিশিং লিশিংনা ছাত্র ছাত্রীশিংবু হিরম কয়াদা তম্বী তাকপারি। কোরিয়াগী মফম শিনথুংনা ছাত্র ছাত্রীশিংবু মরাং কাইনা লৈরবদি তম্বদা চংগদবা খুজু খুৎলাই শুনা থমলবা স্কুলশং লিংখৎতুনা মহৈ তম্বীনবা শিল্লি। মসিগী মথক্তা ছাত্র ছাত্রীশিংদা তম্নবা লাইরিক অমদি অতৈ দরকার ওইবা পোৎ খুদিংমক লেম্না ফংহল্লি।

কোরিয়াগী নিংথিজরবা মফম কয়াদা ছাত্রশিং অমদি অঙাং-শিংগী পেলেসশিং, হোলশিং, জুভেনাইল কোপ'স কেম্প্স অমদি অতৈ মখল কয়াগী সোসিও-ইডুকেশনেল ইনষ্টীটউশন কয়া লিংখৎলে। অসিগুম্বা মখলগী সেণ্টরশিং অসিনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংবু মহৈ মশিং তম্বীবদা য়াম্না মতেং পাংলি। জপানগী লোইলম শাসন লোইগ্রবা মতুংদা মীয়ামগী লাইরিক হৈতবা কোক-হনবগা ইরোইননা লৈবাক শিনথুংনা সরকারগী প্রোগ্রাম অমা ওইনা কম্প্যুলশরি হায়র ইডুকেশন পীননবা হোৎনরি। অস্নুম্না

মতম খরগী মমাংদা অৱাংবা থাক্কী মহৈ মশিং হৈবা মশিং য়ামদনা লৈরম্বা লৈবাকতু ঙসিদি পৃথিবীগী চাওখৎপগী ইতিহাসতা য়াওরবে। পুন্নমক অসি ওইথোরকলিবসি কমরেদ কিম ইল স্নুংনা রিভোলুশন হৌরকপা মতমদগী মহৈ মশিং তম্বসি য়াম্না মরুওইবা রাফম ওইনা লৌবা অমদি হেন্না ফবা মহৈ তম্বীবগী পথাপ পুথোক্রবা হোৎনবদগীনি। অস্নুম্না কোরিয়া সরকারগী থৌশিল মখাদা মহৈ মশিং তম্বগী লমদা মীথোই মীহেন্নবা হোৎনবগী মহৈনা ঙসি কোরিয়াসি শিক্ষাগী লমদদি পৃথিবীদা মাংজিল থাবা লৈবাক অমা ওইরে।

লমজিং মৈরা

জুলাই/আগস্ট — ১৯৮০

# অন্তরজাতিগী লাইরিক ময়েক চৎহনবা নুমিৎ

## সেপ্তেম্বর তাং ৮

ইং কুমজা ১৯৬১ গী ডিসেম্বর থাদা ফমখিবা ইউনাইটেদ নেশন্সকী জেনরেল এসেম্বলীগী ৱারেপ অমনা য়ুমফম ওইদুনা লাইরিক হৈবগী থাক খ্বাইদগী নেমলিবা লৈবাকশিং হায়বদি এশিয়া, আফ্রিকা অমদি লেটিন অমেরিকাগী লৈবাক ৮৫ দা স্কুল কাহনবা য়ারবা অঙাং মিলিয়ন চামরোম্না মমা মপাগী য়ুমলৈ কৈরৈ য়াম্না ফত্তবা মরমদগী অমদি স্কুল মশিং য়াম্না ৱাৎপদগী লাইরিক তম্বগী খুদোংচাবা ফংহনবা ঙমদ্রে অদুগা ছাত্র মিলিয়ন ৫০০ রোম্না অ, আ মশক খংবা ঙমদ্রিঙৈদা স্কুলদগী লাইরিক তম্বা তোকখ্রিবা কয়া অসিগী মরিদা কুপ্না খন্না নৈনরবা মতুংদা লাইরিক হৈতবা মরু ফুক্তুৎনবা পৃথিবী শিন থুংবা কেমপেন অমা পাইখৎখি। ইংশোক ১৯৬২ গী সেপ্টেম্বর থাদা রোম সহরদা লাইরিক হৈতবগী সমস্যা খন্ননবা ফমখিবা ইহান হানবা অন্তরজাতীগী ওইবা মীফম অদুগী মখা চৎথরক্তুনা ইংশোক ১৯৬৫, সেপ্টেম্বর তাং ৮ দগী ১৯ ফাওবা তেহরান্দা ফমখিবা পব্লিক ইদুকেশন মিনিষ্টরশিংগী মিটিন অদুদা কুপ্না খন্না নৈনরগা চহী খুদিংগী ওইনা সেপ্টেম্বর তারিক ৮ অসিবু অন্তরজাতীগী লাইরিক ময়েক চৎহনবা নুমিৎ (International Literacy Day) হায়না পালন তৌনবা ৱারেপ লৌখিবদগী অসিগুম্বা শেংলবা নুমিৎ অসিবু পৃথিবী শিনবা থুংনা ইউনেশকোগী মেম্বর লৈবাক পুম্নমক্না পালন তৌনরি।

পালন অসিগী মরুওইবা পান্দমদি— (১) মীয়াম্না য়ৌগে তাল্লিবা মীপুম তিংনা লাইরিক হৈহনগদবনি হায়বা পনথুং অসিগী পাওজেল যাওবা চেফোং পুথোকপা, (২) লাইবিক মযেক চন্দ্রা মীওইশিংনা হৌজিক হৌজিকমক খুন্নাই অসিদা নুংভিগী পুন্সিদা হাকথেংনবিবা অন্নাবা অমদি ওৎপী নৈবীবগী খুদোংথিবশিংবু বেদিও, প ওজেল চেশিং অমদি মীয়ামগী মীতিন কয়া ফমত্তুনা থংহনবা। (৩) ওসিগী খুন্নাই অসিদা মাইয়োক্লবিবা লাইবিক হৈতবগী সমস্যাশিংবু কবম্না কোকহনগদগে হায়বগী মরমদা লাইবিক লাইশু হৈববা মীওইশিংনা দিবেট, সিমপোজিয়ম, সেমিনাবনচিংবা কয়া পাংথোক্তুনা নৈনহনবা। (৪) লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা কয়া পুথোক্তুনা মীচম ইবৈবাকচাশিংদা শক্তম অমা ওইনা পুথোক্তুনা লিথিনা ভাব তাহন্না। সিনেমা, ড্রামা অমদি শুমাং লিলানচিংবা উংপা আসনি।

অতুওগী ইংশোক ১৯৬৫ গী সেপ্তেম্ববগী মীফম অতুগী মতুংদা ইংশোক ১৯৬৭কী সেপ্তেম্বর তাং ৭ তা লাইবিক হৈনবা শন্দোকপা ইন্তবনেসনেল লায়াশন কনসলটেটিভ কমিটিনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লাইবিক হৈতবগী সমাস্যা কোকহননবা খোমগংলিবা অথন্নবা ফন্দ অমদা অওম্বা দান তৌ হায়না ইউনেসকোগী মেম্বর লৈবাক পুম্নমক্তা আপিল তৌখি। লোইননা অন্তরজাতীগী ওইবা "ইন্টরনেশনেল লিটরেসি দে" সেপ্তেম্বর তাং ৮ দা মাইপাক্লা পাং-থোক্লবগীদমক ফন্দ পীবগী থবক আস চহী খুদিংগী পালন অসিগা মরি লৈননা লৈবাক কয়াদগী দান পীরক্লবা আপিল তৌখি। আপিল অসি মহাদেশ খুদিংমক্তগী ওাকলৌ মপুংফানা ফংখি। মরুওইনা পৃথিবীগী মান্নবা খুন্নাই চৎথ্রবা লাইরিক হৈতবা কোকহনথ্রবা সোসিয়েলিস্ট লৈবাক কয়াদগী লাইরিক হৈহৌদবশিংনা তম্নবা টেক্স বুক অমদি মখল কয়াগী শেনথং কয়া লাইরিক হৈতবা মশিং য়াম্না লৈরবা লৈবাকশিংদা চাওনা পীরকখি।

ভারতনা মনিং তম্বা চহী কুন্থ্রানিথোই হেল্লকলবা ফাওবদা ইবা পাবা হৈতবগী সমাস্যা অসি কোকহনবা ঙমদ্রি। অমদি পৃথিবীগী ওইনা লৈরিবা ইবা পাবা হৈতবা মীওই মিলিয়ন লিশিংমুক লৈরিবসিগী মন্নুংদা তম্মাই অমনা এখোয়গী লৈবাকসিদা লৈরি। মসিনানি মথল কয়াগী অওৎ অনৈ, অৱা অনা অমদি শেল থুমগী ফীভমদা য়াম্না শাথিনা শোংথরিবা অসি। নিংতম্বা ফংলবা মতুংদগী ইবা পাবা হৈতবগী সমাস্যা অসি কোকহননবা হোৎনরবস্থু হিরম আসগীদমক্তু। পাইখৎলকপা থৌরাংগা কান্নবা ফংহনগদৌরিবা মশিংগ অনীগী মবক্তা অচৌবা খেন্নবা অমা লৈবদগী —লাইরিক হৈতবা কোকহনবা ঙংদ্রি। এখোয়দা খ্বাইদগী হেন্না খুদোংথিবা অমা মাইয়োক্লবিবদ লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা কোকহন্বতা নত্তুনা মসিগা থান্নবা য়াদ্রা। চাওরবা পোৎলুম অমা ওইরিবা হৌজিক ফাওবা চৎথরিবা মহৈগী পথাপ অসিবু হোংদোকপা ঙমদ্রিবসিনি। বৃটিশকী লোইলম শাসন মখাদা ভারত মচাশিংবু ওৎনৈবা য়ানবা চৎথরম্বা শিক্ষাগী মওং অদু হৌজিক ফাওবা হোংদোক্তুনা বৃটিশনা ওৎ নৈবীরম্বদগী ভারতকী শেঙ্গাও পাইবাশংনা খুন্নাইসিগী মীচম ইরেবাকচাশিংবু ওৎ নৈবগী মহুৎ শিলহোরি। চৎথরিবা শিক্ষা পথাপ অসনা মীয়াম পাকতক্লনা থবক ফংদবা, পোৎথোক পুথোকপদা অচৌবা অপন্বা পীবা, পোৎকী মথল হেঙ্গৎহনবা অমদি শিল্লম কয়াদা শুনোম্বা হৈরগদবা নহারোল কয়াবু মীরেম ওইহনবা অমদি শিক্ষা পথাপ অসিমক্লা খুন্নাই অসিদা মশিং লাকঙমদ্রবা প্রজা তেঙ্গোল অমস্থু লাইরিক হৈহনদবা হায়বদু ওইহন্দুনা লৈরিবসিনি। মরম অসিনা ভারতকী ওইনদি খুন্নাই অসিগী ফীভম হোংদোক্লবা হোৎনবদা হৌজিক্কী চৎথরিবা শিক্ষা পথাপ অসি হোংদোক্লবদি মশানা তানা লাইরিক হৈতবস্থু কোকচগ্রগনি।

সেপ্তেম্বর ১৯৭৯

# ইবা পাবা হৈহননবা

## হোৎনবদা মীয়ামগী থৌদাং

১৯৭১ ইংগী মীকোক থীবগী মতুংইন্না ভারতকী অপুনবা মীশিং ৫৪৭,৯৪৯,৮০৯ লৈবিবসিগী মন্নুংদা ইবা পাবা হৈতবগী মশিংসি ৩৮৬,৫৮২,০২৯ নি। ইরাই লাইনা চাদা পাবা তারবদি ভারতকী মীকোক চাম্মগী মন্নুংদা ৭০ দি ইবা পাবা হৈতে। মনিপুরগী ওইনা য়েংলুরগনা অপুনবা মীশিংগী মন্নুংদা লাইরিক হৈবগী চাংনা চাদা ৩২.৮৩ নি, লেমহৌরিবা শরুক্কা ইবা পাবা হৈতনা লৈরি। হৌজিক হৌজিকমক ভারত্তা চহী-৫ ফাওবগী মন্নুংদা লৈবা লাইরিক তমদবা অঙাংগী মশিং ক্রোর তর নি। অহলনা কাংলুপ্তুনা পুন্না ক্রোর ২৮ দি লাইরিক্কী মঙাল ফংদনা লৈরি।

ভারতনা নিংতম্বা ফংলকলিবসি চহী ৩০ হেল্লকলে। অদুবু লাইরিক হৈবগী চাংদি চাদা ২৯.৪৫ তমক য়ৌরি। ঐখোয়গী লৈবাক্তা লাইরিক হৈবগী মশিংসি অতোপ্পা লৈবাকশিংগা য়েংনবদা য়াম্না হন্থনা লৈরিবসিগী মরম করিনো ? তশেংবা মরম অমদি বৃটিশ গভর্নমেন্টনা মখোয়গী লৈবাক ঙাকপদা হেন্না চাশিননগদবা ইডুকেশনেল সিস্তেম অমা ভারত্তা হৌদোক্লম্বা অদুনি। মেকাউলেনা মহাক্কী "Minutes of Indian Education" হায়বদুদগী মতেক অমা পনবা তারবদি—"The aim of British Education in India was to produce a class of persons, Indian in blood and colour, but English in laste, opinions, in moral and intellect."

নিংতমলবা মতুংদা ইডুকেশনেল কমিসন অমদি কমিটী কয়া শেমগৎতুনা ভারতকী ইডুকেশনেল পোলিসি অমসুং প্রোগ্রামদা

অহোংবা পুরকনবা হোৎনরবস্থ থবক ওইনা পাইখৎপদা অহোবা কয়ামুক লৈবদগী গভর্নমেন্টনা হোৎনবা টারগেট য়োদনা লৈবা ঐখোয়না তশেংনা উরে। ব্লাফমসিমক মখাদা পীরিবা প্রি—ইন্দিপেন্দেন্স অমদি পোস্ট—ইন্দিপেন্দেন্স মতমগী লাইরিক হৈবগী চাংচৎসি য়েংলগা খংবা ঙমগনি।

| প্রি—ইন্দিপেন্দেন্স | লিটরেসি পিঃ সিঃ |
|---|---|
| ১৯০১ | ৬.২% |
| ১৯১১ | ৭.৩% |
| ১৯২১ | ৮.৩% |
| ১৯৩১ | ৯.১% |
| ১৯৪১ | ১৪.৬% |
| **পোস্ট—ইন্দিপেন্দেন্স** | **লিটরেসি পিঃ সিঃ** |
| ১৯৫১ | ১৬ ৬% |
| ১৯৬১ | ২৪.০% |
| ১৯৭১ | ২৯.৪৫% |

ইবা পাবা হৈবগী চাংচৎসি ব্লাংদনা লৈরিবগী অতোপ্পা মরুওইবা মরম অমনা ভারতকী ওইনা চহীগী হেঙ্গৎলক্লিবা মীশিং অমদি ইডুকেশন পীননবগীদমক্তা লৌখৎপা থৌরাং অনিসিগী মরক্তা অচৌবা অহোবা অমা লৈবসিননি। খুদম ওইনা ১৯৪৬-৪৭ ইংদা প্রাইমারি ইডুকেশনগীদমক রেজিস্টরদা মীং চনবা চহী ৬ তগী ১১ ফাওবগী মনুংদা লৈবা ছাত্রগী মশিং পুন্না লাক্ষ ১৪১.১ নি। মশিংশি ১৯৭৩—৭৪ ইংদা লাক্ষ ৬৩৭.৫৭ য়োৱকখি। হায়র ইডু-কেশনগী মতাংদনা ১৯৪৬—৪৭ তা লাক্ষ ২.৫৭ ওইরম্বদগী ১৯৭৩-৭৪ ইংদা লাক্ষ ৩০ ওইরকখি। হেঙ্গৎলক্লিবা মশিংসিদগী লাইনা খংবা ঙমলে মহুদি প্রাইমারি ইডুকেশনগীদমক মমিং চল্লম্লগা ইমুং মনুংগী শেলথুমগী ফীভম ফত্তবদগী মখা তমথবা ঙমদতুনা অমদি খর তমখিবা অহু ফাওবা কাওথোকখিহুনা ইবা পাবা হৈতবা ওইরক-খিবা য়ুং এডল্টকী মশিং য়ামদবা নত্তে।

ইবা পাবা হৈহৌদবদগী মাইয়োক্লরিবা সমাস্যাশিং অসি কোকহননবগীদমক গভর্নমেন্ট এজেন্সি কয়ামুক্লা ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা মতুংদা থবক কয়া পাইখৎলকখি। অদুবু অল্লাবদি এডল্ট ইডুকেশনগী মাইকৈদদি মাইপাকপা ঙমদ্রে হায়বসি ১৯৭১ ইংগী ইবা পাবা হৈতবা মীশিংনা ১৯৫১ইংগী ভারতকী অপুনবা মাশিংদগী হেন্না য়াম্বা অসিমক্লা ময়েক শেংনা তাকলে।

অদুনদি ঐখোয়না কবম কবম্বা মরমদগী হীরমশিংগীদমক্তা পাইখৎলকপা থোরাংশিং মাইপাকাএবনো হায়বদু খংদোকনবা হোৎনদ্রবদি নেশনেল লেভেলদা ইবা পাবা হৈতবা কোকহননবগী-দমক্তা মাস মুভমেন্ট অমা শেমগৎপা ঙমলোই। থোরাংশিং অসি মাইপাকত্রিবগী মরুওইবা মরম খরদি—

**অহানবমক্তদা—** মীয়াম প্রজাগী মীহুৎ শিন্দুনা লৈবাক্কী য়াইফ থোরাংগীদমক্তা হোৎনরিবা পোলিটিকেল পার্টিশিং অমদি অতৈ অতোপ্পা ওর্গেনাইজেশনগী মীহুৎশিংনা গভর্নমেন্টকা শান্নিংদা এডল্ট ইডুকেশনসি লৈবাক্কী চাওখৎ খোংখাংগীদমক য়াম্না দরকার ওইবা হীরম অমনি হায়দুনা গভর্নমেন্টতা তকশিনবীদবা অসিনি।

**অনীশুবদা—** অচোবা সমাস্যা অসি থেংননবগীদমক্তা গভর্নমেন্ট লেভেলদা পনগংকম য়োননবা নেশনেল প্রোগ্রাম পাই-খত্তবা অসিনি।

**অহুমশুবদা—** ইবা পাবা হৈতবা কোকহননবগীদমক্তা লিংখৎলকপা ওর্গেনাইজেশনশিংনা মীয়ামদা প্রোপেগন্দা তৌবগী মওংদতা ব্রার্কশোপনচিংবদি তোইনা তোইনা তোবা অদুগা পাক চাওনা মাস ইনভোলভমেন্ট পুরক্লবা কেম্পেন তৌদবা অসিনি। কোথারী কমিসননস্থ লিটরেসি প্রোগ্রাম অসি মাইপাক্লবা হোৎন-বদা মীয়ামগী মতেং দরকার ওই হায়প্রবনি। অদুবু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমদবদগী কান্নবা থোইনা ফংদ্রি।

**মরীশুৰদা**— ফন্দ ৱাংপদগী লিটরেসি প্রোগ্রাম অসি পাইখৎপদা অপনবা পী। অমদি মসিগীদমক্তা মাইপুননা হোৎনরিবা মীওইশিংনা থিওরিতিকেল অমসুং প্রাক্তিকেল ত্রেনিং ৱাংপদগী থবক নিংথিজনা চৎথবা ঙমদে।

মথক্তা পনখ্রিবা অশোয়বশিং অসি হান্না চুমথোকনবা হোৎনবসি ঐখোয়গী য়াম্না তঙাইফদ্রবা ইথৌনি। মতুতদা লিতরেসি কেম্পেন অসি ঐখোয়না য়ৌনিংবা পনথুংফম অতু য়ৌনা চংশিনবদা মীয়ামগী মতেং ফংবা ঙমগনি। অমদি পাক শনবা প্রোগ্রাম অমা তোঙান তোঙানবা এজেন্সিশিংগা লোইননা পাইখৎপা ঙমগনি।

মতাং অসিদা গভর্নমেণ্ট অমদি নন-গভর্নমেণ্ট এজেন্সিশিংনা পাইখৎপা য়াবা থৌদাংশিং মখাগী অসুম্না খন্নবা য়াই—

(১) **ইউনিয়ন অমাদ স্টেট গোভর্নমেণ্টশিংগী থৌদাং**—

গভর্নমেণ্টনা পাক শন্না ইবা পাবা হৈতবা অসি কোকহন-নবগীদমক্তা অকক্নবা মতমগী প্লান পাইখৎকদনি অমদি প্লান অতু থবক্তা ওনশিননবগীদমক্তা হায় লেভেলদা লিটরেসি বোর্ড অমা লিংখৎকদবনি। লিটরেসি বোর্ড অতুদা মিনিষ্টরশিং, ভোলুন্তরী ওর্গেনাইজেশনশিং, পোলিটীকেল পার্টিশিং, লৌমী অমদি অতৈ লল্লোন ইতিক্কী সংস্থানশিংগী মীহুৎশিং য়াওহনগদবনি। অতুগা ভোলুন্তরী ওর্গেনাইজেশনশিংনা পাইখৎপা থৌরাংশিংদা গভর্নমেণ্টনা শেলথুম অমদি অতৈ দরকার ওইবা পোৎচৈশিংগী মতেং পীবিগদবনি।

(২) **ইডুকেশনেল ইনস্টীটিউশনশিংগী থৌদাং**—

ইডুকেশনেল ইনস্টীটীউশনশিংগী ওঝাশিং অমদি ছাত্রশিংনা মখোয়গী অহাংবা মতমদা মখোয় মখোয়গী স্কুল, কলেজদা থবক তৌবা ইবা পাবা হৈতবা মীওইশিংবু লাইরিক হৈহননবা থৌরাং পাইখৎকদবনি। লোইন লোইননা মনাক নকপদা লৈবা লমশিংদা

লিতরেসী সেন্টর কয়া লিংখৎতুনা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাংদা অচৌবা থৌদাং য়াগদবনি। ওঝাশিং অমদি ছাত্রশিংনা টিচিং এদশিং হায়বদি চার্ট, পোস্টর, মোদেলনচিংবা শাত্তুনা অমদি রেডিও, ফিল্মনচিংবা শিজিন্নত্তুনা ইবা পাবা হৈহৌদ্রবশিংবু মোটিভেট তৌত্তুনা হৈহননবা হোৎনবা তাই। ছাত্রশিংনসু মখোয়না মহৈ তম্বদা চংলিবা শেনফমগী অয়াম্বা শরুক্তী শুরি নোমলিবা ইবা পাবা হৈহৌদ্রবা কাংলুপকী মীওইশিংদগী ইন্দাইরেক্ট টেক্স ওইনা লাকপনি হায়বসি মুন্না খঙগদবনি। অমদি মসিগী মশিং লাকঙমদ্রবা লমন তোনশিল্লবনিনা ইবা পাবা হৈহৌদ্রবশিংবু হৈহননবা হোৎনবা হায়বসি লাইরিক তম্নীবা অমদি তম্বা লোইরবা মীওইশিংগী তৌফম থোকপা থৌদাংনি খন্না চংশিনগদবনি।

### (৩) ভোলুণ্টরি ওর্গেনাইজেশনশিংগী থৌদাং—

ভারত্তা লৈরিবা ভোলুন্তবী ওর্গেনাইজেশনশিংনা লিটরেসি কেম্পেন্দা মীয়ামগী ইনিসয়েটিভ পোকননবা অমদি ইবা পাবা হৈতবা কোকহননবগীদমক্তা পাইখৎলকপা থবক্তা মীয়ামগী ওইবা অপুনবা লিচিং অমা পুবকনবা হোৎনবা তাই। মখোয়না মীয়াম্না পাইখৎলকপা থৌরাংশিংদা অকুপ্পা মীৎয়েং চংশিন্দুনা মাইপাকননবা হোৎনবদা মতেং পাংগদবনি অমদি থিওরিটিকেল অমসুং প্রাক্টিকেল প্রোব্লেম থেংনরকপদা করম হায়না খুদোংথিবা অত্থু লানথোকপা ঙমগদগে হায়বগী পাম্বে থিজিনগদবনি।

### (৪) পোলিটীকেল পার্টিশিংগী থৌদাং—

ঐখোয়না ময়েক শেংনা খঙই মত্থুদি ইবা পাবা হৈতবা মীওইশিংগী অয়াম্বা শরুক্তী লায়রবা অতোনবা গুপী কাংবু অমদি শোৎথহৌরবা কাংলুপশিংগী মরক্তনি। মখোয়শিং অসিবু ইবা পাবা হৈহননবা হোৎনদ্রবদি লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংদা অচৌবা অপনবা অমা পীবা শোইদবনি। মরম অসিনা পোলিটিকেল পার্টিশিংনা

ইলেক্সনগী মতমদা ভোট ফংননবা প্রোপেগন্দা কয়া তৌবগা লোই-নন। ইবা পাবা হৈতবা কোকহন্নসিস্থু মখোয় মখোয়গী পোলিটিকেল প্রোগ্রাম ওইনা খন্দুন। থবক ওইনা পাইখৎলবদি য়াম্না থুনা ইবা পাবা হৈতবগী সমাস্যাসি মুৎথৎপা ঙমগনি। অদুগা লোইন লোইননা সোসিয়েল, ইকোনোমিক অমদি পোলিটিকেল কনসিয়স-নেস প্রজ্ঞা মীয়ামদা পুরকপা লাইনা থোক্কনি। মরম অসিনা মখোয়না অককনবা মতমগী ইডুকেশনেল প্রোগ্রাম পাইখৎতুনা পার্টিগী ৱার্করশিং অমদি ভোটরশিংবু ইবা পাবা হৈহননবা হোৎ-নগদবনি।

(৫) **লৌমী, শিন্মী অমদি নুপীগী ওর্গেনাইজেশনশিংগী থৌদাং**— ওর্গেনাইজেশনশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী কাংলুপকী মীওইশিংগী সোসিয়েল অপালিফটমেন্তকীদমক্তা কন্ন হোৎনবা তায়। অদুগা ইবা পাবা হৈতবগী চাংসি লৌমী, শিন্মী, ত্রাইবেল অমদি নুপীগী কাংলুপতনা মশিং য়াম্না হেনবা মরমনা লিটরেসি প্রোগ্রাম কয়া গভর্নমেণ্ট অমদি পব্লিক ওর্গেনাইজেশনশিংনা পাইখৎপদা ওর্গেনাইজেশন অহুমসিগী মীওইশিংনা মপুংফানা কো ওপরেশন পীদুনা মখোয়গী মরক্তা য়াওরিবা ইবা পাবা হৈহৌদ্রবা মীওইশিংবু হৈহননবা শিনগদবনি। মরমদি মখোয়গী কো ওপরেশন য়াওদনদি অতোপ্পা ওর্গেনাইজেশনশিংনতা প্রোব্লেমসি কোকহনবা ঙমলোই।

(৬) **ত্রেড ইউনিয়নশিংগী থৌদাং**— ত্রেড ইউনিয়নশিংনা ইবা পাবা হৈহৌদ্রবা থবক শুবা মীওইশিংবু মহাজনশিংনা নমথনা থম্বদগী কন্ননবগীদমক্তা লিটরেসি প্রোগ্রাম পাইখৎপা তাই। ইবা পাবা তমনিংবা থবক শুবা মীওইশিংবু মশা মশাগী খুৎশুমন্দি কাই-হন্দনা নোংমগী য়ামদ্রবদা পুং অমগী মতম ৱার্কিং অৱারদগী কাই-থোকপীরগা লাইরিক হৈহননবা শিনগদবনি। ইমপ্লোইয়রশিংনসু থৌরাং অসি মাইপাকননবা অয়াবা মোরেল অমদি মেটরিয়েল সপোর্ট পীগদবনি।

**(৭) অতৈ অতোপ্পা ওর্গেনাইজেসনশিংগী থৌদাং -**

ছাত্র, নহারোল অমদি ওঝাশিংগী ওর্গেনাইজেসনশিংনা ভোলুন্তরী লিটরেসি ওর্গেনাইজেশনশিংগা খুৎশমননা চংশিনমিন্নতুনা লিটরেসি সেন্তর ময়াম হাংদোক্নুনা ইবা পাবা হৈহনবগীদমক্তা চংশিল্লকলিবা থৌরাং অসিদা অচৌবা থৌদাং য়াগদবনি। করিনা হায়ববু মাইকৈ কয়ামুক্তগী তোঙান তোঙানবা ওর্গেনাইজেশনশিংনা লিচিং অমতগী মথাদা পুন্না চংশিনমিন্নতুনা হোৎনবা নত্তনদি ভারত্তা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা লৈরিবা ইবা পাবা হৈহৌদ্রবা মীয়ামসিবু হৈহনবা হায়বসি তরাই তরাইবা থবক নত্তে।

জানুৱারী ১৯৭৮

# করম্না নিকারাগুৱাদা

## লাইরিক হৈতবা কোকহনথ্রীবা

নিকারাগুৱাগী প্রজাশিংনা জুলাই ১৯ স্কায়ারদা মখোয়না রিভোলুশন্দা (সানদিনিস্টা রিভোলুশন) মাইপাকখিবগী অহানবা কুমওন পালন তৌবগী তুংওইননা হায়বদি ইংশোক ১৯৮০ গী আগষ্ট তাং ২৩ দা হায়রিবা স্কায়ারত্থদা অমুক হন্না পুন্দুনা লাইরিক হৈতববু জয় তৌবা লৈবাকনি হায়না ফোংদোকখি। মফমত্থদা তিল্লিবা মীওই খুদিংমক মমিৎতগী মপি তান্নখি। মরমদি পিপলস লিটরেসি টিচিং আর্মীগী মেম্বর, নহা ওইরিবা ছাত্র লিশিং ৭০ না মশা মউ ইচোক চোকথরত্থনা, হুমাং ইতৈ তৈরত্থনা মখোয় মখোয়গী গ্রুপ্তা পরেং লেংলত্থনা এফঃএসঃ এলঃ এনঃ নেশনেল লিদরসিপ অমদি নেশনেল রিকন্সত্রকশন গভর্নমেণ্ট জুনতাদা মখোয়না (ছাত্রশিংনা) থা মঙাগী মমাংদা মরৈবাক নিকারাগুৱাগী অথৌবশিং ১দি প্রজা-শিংদা ৱাশকখিবা হায়বদি মখোয়না অৱা অনা পুম্বা খাংত্থনা সমোজা সরকারনা ওইহল্লম্বা প্রজা মীয়ামবু অপং অহা চুরিবসি কোকহননবা হোৎনগনি হায়বত্থু পাংথোকলে হায়না ফোংদোকখি।

নিকারাগুৱাসু লেটিন অমেরিকাগী অতৈ লৈবাকশিংগুম্না লাইরিক হৈতবগী চাং য়াম্না ৱাংলম্মী। প্রজাশিংগী মন্নুংদা চামদা য়াংখৈদি ইবা পাবা হৈরমদে অত্থগা অটলানটীক কোস্টকুম্বা নিকা-রাগুৱাগী মন্নুং হুনজিনবা মফম খরদদি চামদা ৭৮.৭ তি ইবা পাবা হৈরমদে। অত্থবু ঙসিদি— হায়বদি নেশনেল লিটরেসি টীচিং কেমপেন লোইশিল্লবা মতুংদদি নিকারাগুৱাসি লেটীন অমেরিকাগী খাইদগী হেন্না লাইরিক হৈতবগী চাং নেম্বা লৈবাক অহুমগী মন্নুংদা

অমা ওইরে অমদি লৈবাকসিগী লাইরিক হৈতবগী চাংসি ইউনাইটেড স্টেটস ওফ অমেরিকাদগী ফাওবা তারে। রিভোলুশন মতুংদ শুপ্লতগী থা মঙাগী মনুংদা লাইরিক হৈহৌদ্রবা মশিং লাকঙমদ্রবা প্রজাশিংবু হৈহননবা হোৎনখিবা হায়বসি তরাই তরাইবা থবক ওইরমদে। নহা ওইরিবা ছাত্র ভোলুনটিয়ার লিশিং ৮০ রোমবু নিকারাগুৱাগী লমবেল থোং নাতৈ চাদ্রবা য়াম্না মনুং হুনজিনবা মফম শিনবা থুংনা থানবা হোৎনবা. মখোয়গী লৈফম চাফম, লাইরিক তমফমশংশিং লিংখৎপা, লাইরিক হৈহৌদ্রবশিংবু স্কুলদা লাকহননিংনবা হোৎনবনচিংবা কয়া অসিদা শিল্লি লাংলিবশিংগী হনবা লৈতনা থৌনা অমদি অচেৎপা ৱাশক দরকার ওইৱম্মী। ভোলুন্টিয়ারশিংগী মনুংদা অয়াম্বদি সেকেন্দরি স্কুলগী ছাত্রশিং ওইরম্মী। অতুবু চহী নৌরবসু মখোয়দা শিন্নবা থবক্তা অচৌবা মাইপাকপা পুরকলম্মী। মখোয়না ইবা পাবা তম্বিরিবা লৌমী শিন্মিশিংনা মখোয়দা অঙম্বা মতেং পীরবসু ভোলুন্টিয়ারশিং অসিনা অৱা অনা, মতম মতমগী ওইবা লৌনগনবা লাইনা কয়া খাংবা তারম্মী। লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা অসি কোকখ্রবসু লৈত লাইরগী চৈনাদি কোকপা ঙমদ্রি অমদি নিকারাগুৱাগী প্রজাশিংনা যুমলৈ কৈরৈগী ফিভম ফগৎলকপদা চহী থরদি চংখিগদৌরি।

নহা ওইরিবা ভোলুন্টিয়ারশিংত্থনা লাইরিক হৈতবা কোকহননবা হোৎনবগা লোইন লোইননা প্রজাশিংগী কান্নবা থবক থৌরম কয়া হায়বদি লম্বী শেম্বা, পোৎথাফম পার্কনচিংবা শেম্বা, লেট্রিন, শান্নফমনচিংবা শেম শাবগী থবকশিংসু পাইখৎখি।

মখোয়না মেলরিয়া মুৎথৎনবা হোৎনবদা, মমাংঙৈগী লৈবাক্কী ওইবা কলচর হায়বদি ৱারি, ঈশৈ, চৎনবী কয়া নৌহৌনা য়োকখৎপদা, নেশনেল লিবরেশন ৱারগী ইতিহাসনচিংবা থিজিন হুমজিনবদা, পোৎথোক হেঙ্গৎহনবদা অমদি অতৈ লম কয়াদা অচৌবা

থৌদাং লৌখি। লিটরেসি কেমপেনসিগী অহানবা হৌগৎলকপদা কাউন্টর রিভোলুশনরি কাংবুনা অপনবা কয়া পীননবা হোংনখি। মখোয়না ভোলুন্টিয়ারশিংসিবু কিহন্দূনা, ওৎ নৈত্থনা অমদি মথব্রাই ফাওবা মাংহন্দুনা কেমপেনসি মাইপাক্তনবা শিনখি। অত্থবু সানদি-নিস্টা পোপুলার আর্মী, পিপলস মিলিসিয়া অমদি লিটরেসি টিচিং ভোলুন্টিয়ারশিংনা হনবা লৈতনা হোৎনবদগী লোইননা মীয়ামগী তেংবাংদগী লাইরিক হৈতবা কোকহনবগী থৌরাং অসি মাইপাকখি। নিকারাগুৱাগী নোনা ইবা পাবা হৈরবা মীওই লাক্ষ মরি, লিশিং তরুক শুপ্না য়াংখৈ তরুক্না নহারোল ভোলুন্টিয়ারশিংদা ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা মখাগী শৈরেংসি পানৈ।

অপংববু মতমচুপ্পগী ওইনা তানথোকপ্রসি
ঐখোয় অপংবগা অমুক হন্না উন্নররোই
ঐনা ইকাই ইকি য়াওদনা নংবু বিদাই তৌরি
সমাজদা কান্নবা পুরক্লবগীদমক্তা নহাক অমুক হন্না লাক্লনু।
ঐখোয়না লিটরেসি ব্রিগেদ মেম্বরশিংদা
মপুংফানা পেনবা ফোংদোকলি অমদি থাগৎলি।
মখোয়না থব্রাই হকচাং য়াওনা, মথব্রাই থাবা পাম্মুদনা
অপংববু থাপ্না তানথোকখিনবা হোৎনখি।
ঐখোয়না নখোয়বু থম্মোই শেংনা বিদাই তৌরি
নখোয়বু থাগৎ থাগৎনা ইয়ুম পাংলি।
মরমদি ঐখোয়গী নিংতম্লবা ইরৈবাক নিকারাগুৱাদগী
অপংবা হায়বসি মতম চুপ্পগী ওইনা চৎপ্রগনি।

শোক ১৯৮০ গী আগষ্ট তাং ২৩ দা ১৯ জুলাই স্কায়ারদা তিনখিবা ভোলুন্টিয়ার লিশিং কয়াতুগী মরক্তা ইন্টরনেশনেল ইউ-নিয়ন ওফ ষ্টুদেন্সতা য়াওবা পৃথিবীগী প্রোগ্রেসিভ অমদি দেমো-ক্রেটিক ওইবা ছাত্র মিলিয়ন কয়াগী মহুৎ শিল্লবা ইন্টরনেশনেল

ব্রিগেদকী নহা ওইরিবা মেম্বর ২৮ সু য়াওখি। মখোয়না মনাগুব্রাগী মনাক্তা লৈবা খুঙ্গংগী লমদা থা মঙা চুপ্পা লিটবেসি কেমপেন অসিদা শরুক য়াখি। মফমতুদা প্রজাশিংগী মীপুংশিং অমদি থৌজালনা থুমহৎলুবা ইরাওখোল মরক্তা লেপলতুনা ইন্তরনেশনেল ব্রিগেদকী ভোলুন্টিয়ারশিংগী চোকথববা পাঙ্গলদা অনৌবা থৌনা হাপখি। মখোয়না নিকারাগুব্রাগীদমক্তা মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোকতুনা খর অমনা মখোয়গী মহৈ মশিং তমলিবা অতু সিমেস্টর অমা অতুগা অতোপ্পা খর অমনা চহীচুপ্পগী ওইনা লেপ্পা তাখি। অতুবু মখোয়না নিকারাগুব্রাদা লৈবিঙৈদা ফংখিবা ইক্সপরিয়েন্স অমদি মফমতুদা লৈতুনা ইন্তরনেশনেল ইউনিযন ওফ ষ্টুদেন্সকী মাইগৈদগী নিকারা-গুব্রাগী মীয়ামদা মখোয়গী সোলিদারিতি উৎপা ঙমখিবতুনা মহৈ মশিং তম্বা মতম খরগী ওইনা লেপখিবতু খোইদোক্লা মাংজবা লৈত্র-বদৌনা খন্দোকপা ঙমখি। ইন্তরনেশনেল ব্রিগেদকী ভোলুনটিয়ার অমনা অসুম্না ফোংদোকখি— ঐখোযনা য়াম্না চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা নিকারাগুব্রাগী প্রজাশিংদা সোলিদারিটি উৎপগী তাঞ্জা ফংলিবসি য়াম্না নুংঙাইজৈ। চহি অমগী মমাংদা অনৌবা মনিংতম্বা লৈবাক অমা শেমগৎলবগীদমক্তা শুপ্নম শাসনগী মাইয়োক্তা অহনবা লৈতবা, লিংজেন মান্নবা থেংনখিবা প্রজাশিংসিনা ঙসিগী লাইরিক হৈতববু জয় তৌবগী নুংঙাইরবা মিতিম অসিদা য়াওতুনা পুমনৌ নৌবা পুন্সি অমা শাগৎনবগীদমক্তা শেম শারিবসিনা মখোয়গী মগুন হেঙ্গৎহল্লে। অসুম্না ফোংদোকখিবগী মরমদি মখোয়না থা মঙা চুপ্পা নিকারাগুব্রাগী খুঙ্গংগী লমদা ইবা পাবা তম্বীবগী থবক পাইখৎলি-ঙৈদা রিভোলুশন মমাংগী সামোজা সরকারনা প্রজা মীয়ামবু ঙমখৈ লৈতনা অব্রা অনাগী চৈথেং নংহল্লম্মীবতু মমিংমক্তা উখ্রবননি। ইন্তর-নেশনেল ব্রিগেদকী মেম্বর জেকোস্লোভাকিয়াগী জেনগী মত্তা নিকারাগুব্রাদা সহরদগী কিলোমিটর কুন্থ্রা লাপ্পগা চামা লাপ্পগা

করিমতা খেন্নবা লৈরমদে। হায়বদি লৈত লাইর, অৱা অনাগী ওইবা পুন্সি ঙাক্ত্না ওইরম্মী। নিকারাগুৱাগী ছাত্র ভোলুনটীয়ারশিংগুম্না ইন্তরনেশনেল ব্রিগেদকী মেম্বরশিংস্তু মখোয়না পাংথোকলম্বা থবক্ত্না চাওনা মাইপাকখি। মখোয়না খুঙ্গংগী প্রজাশিংদা ইবা পাবা তম্বীবগা লোইননা অঙাংশিংদা অনৌবা মখলগী মশানা, পুন্না শক-মিন্নবা ঈশৈশিং, লাইয়েকপা, য়ুমলৈ কৈরৈ লুহেন্না লৈনবা থৌরাং অমদি লৌউ শিংউবগী পোৎথোক হেঙ্গৎহনবদা মরুওইবা থৌদাং লৌখি।

অসিগুম্বা লাইরিক হৈতববু জয় তৌবগী থৌরম্না মরুওইনা পাংথোকখিবা ফেষ্টীভেল অদু লোইশিনবগী থৌরমদা নিকারাগুৱাগী প্রজাশিংনা নিংতম্বা লৈবাক অমা শেমগৎনবগীদমক্ত্না ইম্পরিয়েলি-জমগী মাইয়োক্ত্না হৌখিবা নিকারাগুৱাগী চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা অথৌবশিং অগস্টো সিজর সানদিনো, কারলোজ ফোনসেকা অমা-দোর অমদি মরৈবাক্কীদমক্ত্না পুন্সি কৎথ্রবা অথৌবা কয়াগী মফমদা শ্রাধঞ্জালি কৎতুনা মখোয়না নিংঙম্বা কয়াতু থবক ওইন পাংথোকপা ঙমলে হায়না পাওদমখি। অসুম্না অহনবা লৈতনা হোৎনবদগী নিকারাগুৱাসি ঙসিদি নিংতম্বা, গনতন্ত্রনবু চেৎনা থাজবা, চাকথুং ফিথুং মান্নবা, লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা কোকথ্রবা লৈবাক অমা ওইরে।

সেপ্টেম্বর — ১৯৮১

# রিভোলুসনরী ইথোপিয়াদা

## লাইরিক হৈতবা কোকহননবা থৌরাং

ইংশোক ১৯৭৪ গী সেপ্টেম্বর তাং ১২ গী ইতিহাসিক ওইরবা রিভোলুশন মাইপাকখিবগা লোইননা ইথোপিয়াদা মান্নবা খুন্নাই অমা পুরকনবগীদমক্তা লৈবাক্কী শেল থুমগী অমদি সমাজগী ফিভমদা অহোংবা পুরক্লবা অকনবা থবক. পাইখৎলক্লি। মসিনা চহী চা কয়াদগী চৎনরক্লবা ফিউডেল সোসাইটীগী চৎনবী কয়াবু মাংহন্দুনা মীয়ামবু লাইরবা, অপং অহা চুবা, সমাজদা থাক মান্নদবা অমদি লাইরিক হৈতবদগী কোকহননবা হোংনরি। অতেনবা মতমগী মনুংদা লাইরিক হৈতবা কোকহননবগী থৌরাং পাক চাওনা পাইখৎখিবগী মরমদি লাইরিক হৈতনদি রিভোলুশনগী ব্রাখল্লোন করিনো, প্রজা অমগী অধিকার অতুগা প্রজা অমা ওইনা লৈবাক্কীদমক্তা করি করি তৌবা তাবা হায়বতু খংবা ঙমলোই লোইননা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাং কয়'দা মতিক চানা শরুক য়াবা ঙমলোই হায়বসি সরকার পাইরিবা মীওইশিংনা নিংথিজনা খংই।

পৃথিবীগী ওইনা য়েংবদা ঐখোয়না খংই মতুদি ফিউডেল সিস্টেম অমদি রিয়েকশনরী কাংবুনা লৈবাক ঙাকপা মফমদা মীয়াম্বু লাইরিক্কী মঙাল ফংহন্দনা অপং অহা চুহন্দুনা থম্মী। মসিগী মরুওইবা মরম হায়ববু ফিউডেল লোর্ড অমদি মোনার্কশিংনা মীয়াম্না মহৈ মশিং হৈরক্লবদি রাজনীতিগী ব্রাখল্লোন কয়া নৈনরক্কনি 'অমদি মখোয়বু লৈবাক ব্রায়েন থৌদাদগী তোকহননবা হোংনরক্কনি হায়না কিবদগীনি। অদুবু হৌজিক হৌজিক ইথোপিয়াদা সরকার পাইরিবা চাওখৎপা পাম্বা মীওইশিং অসিনদি লাইরিক হৈতবা

হায়বসি অচৌবা শাপ অমগুম্না খল্লি অমদি মসিনা লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংদা অপনবা ওইহল্লে হায়না লৌই। মরমসিদগী মমাংগী রিয়েকশনরী সরকারনা ওইহল্লমলবা মীয়াম পাক শন্না মহৈ মশিং হৈহনদবা অসি য়ারিবমখৈ থুনা কোকহননবা থৌরাং কয়া পাইখৎলি। মখোয়না চেৎনা থাজ্রে মতুদি চাওখৎলবা জাতী অমা শেমগৎপা হায়বসিদা মীয়ামবু মহৈ মশিং হৈহনবা হায়বসি য়াম্না তঙাইফদবনি। ইথোপিয়াগী খংহৈরবা মীওই অমনা মহৈ মশিং হৈহনবা হায়বসি কয়া য়াম্না দরকার ওইবগে হায়বগী মতাংদা মখাগী অস্মুম্না হায়— "লাইরিক লাইস্নু তমদবা মফমতুদদি অপংবনা নিংথৌনি। অপংবনা পাল্লবদি অমম্বগী অমম্বদা ঙাইথ্রে। অমম্বদা কোইমা মারবদি তোইনা খুদি থিগনি অতুগা কৈদৌঙৈ লমথুংফম য়ৌগদবা হায়বতু খংদনা লৈগনি। অপংবা হায়বসিনা চাওখৎপদা অপনবা পী।" ফিউতুয়েল সোসাইটিগী মতমদদি মীয়ামবু মহৈ মশিং হৈহন্দনবা লোইননা মখোয়গী পুক্নিংদা ইনফরিওটি কমপ্লেক্স পোকহননবা শন্না হায়রবদ্দা মবুদ্ধি লৌশিং চাওখৎহন্দনা পংনা লৈহননবা হোৎনরম্মী। অতুবু হৌজিক্কি রিভোলুশনরী ইথোপিয়াদা অসিগুম্বা চংনবী কয়া অসি হোংদোক্লবা হোৎনরি অমদি মীয়ামদা ইদুকেশননা পুরক্কদবা অওনবা কয়াতু খংহননবা হোৎনরি। তশেংবমক মখোয়না মহৈ মশিং হৈরবতদা মীনাই য়োৎহিল্লিংদগী নানথোকপা ঙমতুনা হেন্না মতিক চাবা মীওই ওইরক্কনি হায়বসি অনৌবা ইথোপিয়াগী অচেৎপা থাজবনি। মরমসিদগী ইথোপিয়াগী রিভোলুশনরী গভর্নমেণ্ট অসিনা লৈবাক শিনথুংনা মীয়ামদা ইদুকেশন পীননবা অকনবা থৌরাং পাইখৎলি। গভর্নমেণ্ট অসিনা ইংশোক ১৯৮৬ লোইশিল্লকপগা লোইনন ইথোপিয়াদা লাইরিক হৈতবা কোকহনগনি হায়বগী অচেৎপা ফিরেপ লৌরি। মতাংসিদা পনবা য়াবদি রিভোলুশন মমাংদা হায়বদি ইংশোক ১৯৭৪ গী

সেপ্টেম্বর থা মমাংদদি ইউনাইটেদ নেশনসনা তৌবা সর্ভেগী মতুংইন্না লাইরিক হৈবগী চাংসি চাদা ১৫ তমক ওইরম্মী। অদুগা লাইবিক হৈরিবা মীওই খর অদুস্সু সহরদা লৈবা ঙাক্কা ওইনা তেরম্মী। খুঙ্গংগী লমশিংদদি অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না য়োমশিল্লবা মহৈগী মঙাল ফংদ্রিবা পংলবা মীওই ঙাক্কা ঙাইবম্মী। ইলিমেণ্টরীগী থাক্কুনা স্কুলদা তম্বা য়ারবা অঙাংশিংগী মনুংদা ৭১.২% দি মহৈ তম্নবগী খুদোং চাবা ফংলমদে। অদুগা জুনিয়র সেকেন্দবি স্কুলগী থাক্কুনা চাদা ৮৮.৪ অমদি সেনিয়র সেকেন্দরী স্কুল তম্বা য়ারবা মীওইশিংগী মনুংদা চাদা ৯৩ দি মহৈ তমদে। অসিগুম্নবা মহৈ মশিং তম্নবগী খুদোংচাবা ফংজদ্রবা কয়া অসিবু অনৌবা লমজিং পীনবগীদমক্তা অথুবা মতমগী ওইনা অকনবা থবক পাইখৎপতা নত্তনা স্কুল শং, অমদি ফর্নিচর চননবা, ওঝাশিংগী তলব পীননবা, টেক্স বুক মিলিয়ন কয়া লম লমগী ওইবা লোন্দা নম্নবগীদমক্তা শেল য়াম্না দরকার ওইরম্মী। দরকার ওইবা শেলফমসিগী শরুক খরদি মরুপ মপাং শান্নবা, মান্নবা খুন্নাই চৎপা লৈবাকশিংদগী মতেং ওইনা ফংখি হায়-ববু অয়াম্বা শেলকমদি ভোলুণ্টরি এশোসিয়েশন, সোসাইটি অমদি তোঙান তোঙানবা শিনফমদা লৈবা মীওইশিংনা দান তৌরকপদগী চৎনখি। মতাংসিদা পনবা য়াবদি রিভোলুশন্নরী ইথোপিয়াগী লাই-রিক হৈতবা কোকহননবগী পাইখৎলকপা প্রোগ্রাম অসিমক লৈবাকসিগী সমাজগী অমদি শেলথুমগী ফীভমদা অওনবা অমা পুরক্নবগীদমক্তা চংশিল্লকখিবা লড়াইগা তৎন থানা য়াদ্রবা অমা ওইখি। রিভোলুশন্নরী ইথোপিয়াগী নেশনেল দেমোক্রেটিক রিভোলুসন প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না মীয়ামদা শেল তিংহন্দনা মহৈ মশিং তম্বীনবা হোৎনরি। লোইন লোইননা ফিউডুয়েলিজম, ইমপেরিয়েলিজম অমদি বিউরোক্রেটিক কেপিটেলিজম থেংননবা হোৎনরি। ইথোপিয়াদা লাইরিক হৈতবা কোকহননবগীদমক্তা

লৈবাক্কী ওইনা অচৌবা থৌরাংসি পাইখৎলিবগী মরুওইবা মরমদি মীপুম তিংনা লাইরিক হৈরবতদা মখোয়গী বুধি লৌশিং অতু লৈবাক্কী পোৎথোক চাথোক হেক্সৎহনবদা মতাং চানা চানা শিজিন্নজুনা রাংত পাদবা লৈবাক অমা শেমগৎপা ঙমগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবদগীনি ।

ইথোপিয়াদা নেশনেল লিটরেসি কেমপেন অসি ইংশোক ১৯৭৯ গী জুলাই থাদা মান্নবা খুন্নাই অমা পুরক্লবগী পনথুং মাংদা থমজুনা পাইখৎখি । অতুগা অসিগুম্বা লিটরেসি কেমপেন অসি তাংকক (ফেজ) অহুম লৈগনি, অমদি চহী তরেৎকী মনুংদা লোইশিননবা হোৎনগনি । অহানবা তাংকক্তনা সহরগী অকোয়বদা লৈবা লাইরিক হৈতবা মীওই মিলিয়ন ১.৩ পু লাইরিক হৈহননবা হোৎনখি অমদি ইরা ব্রাদনা তার্গেট অতু য়ৌবা ঙমখি । মতাংশিদা পনবা য়াবদি হান্না প্লান তৌনরম্বা মশিংদগী শরুক মঙা হেন্না লাইরিক হৈহন্দুনা অহানবা তাংককসি ফজনা মাইপাকখি । লিটরেসি প্রোগ্রামসি চুম্নতগী অহল লমন লাইরিক হৈহননবা হোৎনবতা নত্তনা লৌমি শিন্মীশিংগী এশোসিয়েশনশিংনা চলাইবা কো-ওপরেটিভ ডুকানশিংদগী ইননবা বোই, কলম, পেনসিল, ইরেজরনচিংবা ফাওবা য়েনথোকহননবা থৌরাং পাইখৎখি । থৌরাংসি লৌখৎখিবগী মরমদি অহানবা তাংকক্কী ওইনা লিটরেসি কেমপেনসি পাইখৎলকপা মতমদা লল্লোন ইতিক তৌবা মীওইশিংনা পোৎচৈগী মমল খংহেন হেক্সৎহন্দুনা প্রজাশিংবু ওৎ নৈবদগী কন্নবনি । কেমপেন অসি হোৎগৎলকপা মতমদদি নোংমদা দরকার ওইবা স্কুলশংশিং শাবা য়াদবনিনা নাতৈ চাবা মফম পুম্নমক্তা মতুদি চর্চ্, মোক্স, গভর্নমেন্ট হোল অমদি উথা ব্রাখাদা ফাওবা লাইরিক তম্বীবগী থৌরাং অসি পাইখৎখি ।

লাইরিক হৈতবা মুৎথৎনবগী কেমপেন অসি ইথোপিয়াগী তোঙান তোঙাম্বা মফমশিংদা লিংখৎপা লিটরেসি সেণ্টর লিশিং ৩৬

তা চৎথখি। মতাংসিদা পনবা য়াবদি লাইরিক তম্বা লাকলিবশিংগী চাদা ৭০ দি মুপীশিংনি। অদুগা মখোয়বু তম্বীরিবা ইনষ্ট্রক্টর লাক্ষ ২ লিশিং ৫০ অদুদা শরুক য়ারিবা মীওইশিং অদুদি ওঝাগী কাং-লুপ, ছাত্রশিং, সরকারগী কর্মচারিশিং, রিভোলুশন্নরী আর্মি অমদি শিন্নীশিংনি। অদুগী মথক্তা প্রজা মীয়ামনসু অহল ওইরবা মীওই-শিং অদুবু লাইরিক তম্বীবদা দরকার ওইবা টীচিং এইদশিং লৈবদা অমদি শাবদা চংব শেলফমশিং খোমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। কেমপেন অসিগী অহানবা তাংকক্তা টেক্স বুক মিলিয়ন ১৫.৩ ফোংদুনা লিটরেসি সেণ্টরশিংদা য়েনথোকখি। লিটরেসি কেমপেন-সিগী অহানবা তাংকক চৎথ চৎথনা অনিশুবা তাংককসু ইংশোক ১৯৭৯ গী ওক্টোবর থয়াইদগী চৎথবা হৌখি। অনিশুবা তাংকক্কী লিটরেসি কেমপেনসি চৎথরকপা মতমদা ইথোপিয়াগী মহৈ মশিং হৈরবা প্রজাশিংনা অৱাবা খংদনা অমদি অহনবা লৈতনা মহৈ মশিং হৈহৌদ্রবশিংবু হৈহননবা হোৎনখি। কেমপেনসিদি মরুওইনা মহৈ মশিং হৈহৌদ্রবা অহল লমনশিংবু হৈহননবা হোৎনখি। মখোয়বু মখোয়গী অহাংবা মতমদা হায়বদি থাংজ নোংগাই জিংদা তম্বীবগী থবক চৎথখি। অহানবা অমদি অনিশুবা তাংকক্কী লিট-রেসি কেমপেন অসিদা অঙান তোঙানবা দিষ্ট্রিক্ট অমদি লৈকাই লৈকাইদা লিংখৎপ শিন্নী লৌমীশিংগী এসোশিয়েসনশিংনা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। নেশনেল লিটরেসি কেমপেনগী ওফিসনা ফোংবা রিপোর্টকী মতুং ইন্না লৈবাক্কী ওইবা লিটরেসি প্রোগ্রাম অসিদা শরুক য়ারিবসি পুন্না মীওই মিলিয়ন তরুক্কী মথক্কনি। অহুমশুবা অমদি অরোইবা তাংকক্কী লিটরেসি কেমপেন অসি হন্দক্কী চহী অসিদা হৌখিবদা মঙাইরি। অরোইবা তাংকক্কী লিটরেসি কেমপেন অসিদা মরুওইনা ফংগে তাল্লিবদি লাপ্পা মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা লমশিংদা ফাওবা নহা অহল খাইদনা লাইরিক হৈহননবগী থৌরাং

পাইখৎতুনা ইথোপিয়াদা মান্নবা খুন্নাই শাগৎনবগী অচেৎপা য়ুম্ফম অমা শেমগৎপনি। মরুওইনস্থু অরোইবা তাংকক অসিদা অহানবগী তাংকক অনিদা লাইরিক হৈহৌনবগী তাঞ্জা ফংহৌদ্রবা অহল ওই-রবা মীওইশিংবু হৈহননবা হোৎনবনি। মসি করিননো হায়বদা মীপুম তিংনা লাইরিক হৈহল্লবতদা ইথোপিয়া সরকারনা ফংগে তাল্লিবা পান্দম হায়বদি ইনৌ নৌনা সমাজ অমা শেমগৎনবগীদমক্তা অরিবা চৎনদ্রবা ৱাখল কয়াবু থাদোকহনবা লাইনা ঙমগনি। মরমদি 'অ আ' খংদ্রবা মীওইদুনা কৈদৌন্নুংদা লৈবাক্কী রাজনীতী অমদি আর্থনিতিদা মপুংফানা শরুক য়াবা ঙমলোই। ইথোপিয়াগী ইডুকেশন মিনিস্টরগী রিপোর্ট মতুং ইন্না নহারোল, ওঝা অমদি অতৈ অতৈ শিনফমশিংদগী চাওরাক্লা মীওই লিশিং ২০ মুক্লা খুঙ্গংগী লমশিংদা লৌমী শিন্মীশিংগী এশোসিয়েশনশিংগা খুৎশম্ননা চংমিন্ন-দুনা লাইরিক হৈহৌদ্রবশিংদা ইবা পাবা, অরাইবা অঙ্ক লোইননা করম্না হকচাং ফনা লৈগনি, লৌউ শিংউবগী পোৎথোক করম্না হেঙ্গৎহনগনি, শা শল করম্না লোইগনি হায়বনচিংবা শিনফমগা মরি লৈনবা কয়া তম্বী তাকপীরি। থোরাংসিদা লাইরিক হৈহৌদ্রবা লৌমী শিন্মীশিংস্থু লিটরেসি সেণ্টর অমদি ইনষ্ট্রক্তরশিংগী লৈননবা য়ুমকৈনচিংবা শাবদা শরুক য়ারি।

মসিগীদমক্তা মীয়ামনস্থু লাইরিক তম্বীবদা চংগদবা শেলফমগী অয়াম্বা শরুক ফন্দ খোমগৎতুনা মেনখৎনবা হোৎনরি। ইথোপি-য়াগী ইডুকেশন মিনিস্টরগী রিপোর্ত মতুং ইন্না নেশনেল লিটরেসি প্রোগ্রামগী অহুমশুবা তাংকক অসিদা তমলিবা মীওইশিংদা টেক্স বুক মিলিয়ন অহুমলোম লেম্না য়েনথোকখ্রে। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি ইথোপিয়াগী মরুওইনা ঙাংনরিবা লোল মঙাদা ফোংবনি। নম্বদা চংবা শেনফমনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী লুপাদা পাবা তারবদি লুপা মিলিয়ন কুনলোম ওইগনি। ৱাফম অমনা ইবা পাবা হৈরবা

মীওইশিংবু লাইরিক মখা তানা পানিংবগী হৈনবী অমা লৈহন্দ্রবদি অমুক হন্না ইবা পাবা হৈতবা মীওই ওইখিবা য়াই হায়তুনা মখোয় মখোয়গী মমালোন্দা খবর কাগজ জর্নেলনচিংবা ফোংতুনা খংহনবা হোংনৈ। মসি ওইথোক্লবগীদমক্তা মরুওইনা খুঙ্গংগী লমশিংদা মীয়ামগী ওইবা লাইব্রেরিনচিংবা লিংখৎলে। মরমদি অসিগুম্বা মখা তাবা প্রোগ্রাম অসিসু ইবা পাবা হৈহননবা হোংনবদগী হেন্না লাইথোক্লা খনবা য়াদে। এডল্ট ইডুকেশন প্রোগ্রামদা শরুক য়ারিবা মীশিংসি পুন্না লাক্ষ ৫৪, লিশিং ৩ চামরি নিফুহুনদোইনি অতুগা তম্বীরিবা ওঝাগী মশিংনা লাক্ষ ২ লিশিং ৪৪ শুপ্না মাপননি। এডল্ট লিটরেসি সেণ্টরনা লিশিং ৩৪, চামা য়াংখৈমাপন্নি।

মথক্তা পনগ্রিবা ৱাফমশিং অসিদগী ঐখোয়না খংবা ঙমলে মতুংদি রিভোলুশনরী ইথোপিয়াদা প্রজা মীয়ামবু অপংবদগী কোক-হননবগীদমক্তা অচৌবা থৌরাং কয়া পাইখৎলে। অসুম্না মতম অমদা মম্বনা থল্লবা অপংবগী সংসার অমদা লৈরম্লবা ইথোপিয়াসি ঙসিদি অমম্বা কোকপ্রে। ইউনেশকোগী ওবজার্ভর অমগী মত মতুং ইন্না ইথোপিয়াদা প্রজা মীয়ামবু মমিৎ পাংহননবগী থৌরাং অসি অচেৎপা থাজবা অমগা লোইননা পাইখৎলি অমদি লাইরিক হৈতবা মুৎথৎনবগীদমক্তা ফিলদা চোংথোরকলিবা মীওইশিং অসি য়াম্না অখাং কনবা লোইননা মাল্লবা খুন্নাই অমা শাগৎপদা চেৎনা থাজবা ঙাক্তনি। মরমদি ইথোপিয়াদা ইবা পাবা হৈহননবগীদমক্তা লৌখৎলিবা থৌরাংসিগুম্না চিনগা খুৎকা মাল্লবা অমতা পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈখিদ্রি। অসিগুম্বা অহনবা লৈতবা থৌরাং অসি-গীদমক ইউনেশকোনা ইথোপিয়াদা নেশনেল লিটরেসি প্রোগ্রামগী ওইনা স্পেসিয়েল এৱার্ড পীখ্রে। মরম অসিনা চাওখৎলকলিবা লৈবাক্শিংনা ইথোপিয়ানা মতৌ কয়ম্না 'লাইরিক হৈতবা মুৎথৎ-খিবগে হায়বসি য়াম্না তমজনিংঙাই ওইবা অমনি।

ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা ভারতকী ইহুকেটরশিংগী টিম অমা মিনিষ্ট্রী ওফ ইহুকেশন এন্দ কলচরগী দিপুটী সেক্রেটরী শ্রীবীরেন্দ্র সিংহনা লুচিংহুনা ইথোপিয়াদা চৎলুই। মখোয়না নেশনেল লিট-রেসি কেমপেনগী মখাদা ইথোপিয়াদা ওইরকলিবা অওনবা কয়া-সিদা ঙকখি। অমদি রিভোলুশনরী ইথোপিয়ানা লিটরেসি অমস্থং পোষ্ট লিটরেসি কেমপেন্দা থাংজিল্লিবা খোংথাং অসিবু য়াম্না থাগৎনখি। মখোয়গী মত মতুংইন্নদি নেশনেল লিটরেসি প্রোগ্রাম-সিদা মীয়াম্না মপুং ফানা শরুক য়াব্রিবসিনা প্রোগ্রামসি মশানা মহৈ য়াল্লে হায়বা তাকচরে। অমদি প্রোগ্রামসিগী মোটো হায়বদি মী অমম্মনা অতোপ্পা মী অমমমবু তম্বীগদবনি হায়বসিনা ইথোপিয়াদা ইতোপ তোপ্পা অওনবা অমা (সমাজগী অমদি শেনথুমগী ফীভমদা) পুরকলগনি।

মে — ১৯৮১

# আফগানিষ্টান্দা লাইরিক হৈতবা

## কোকহনবা থোরাং

শোক ১৯৭৮ এপ্রিল তাং ২৭ কী রিভোলুশননা আফগানিস্টানগী ইতিহাসতা ইনৌ নৌবা অহোংবা অমা পুরকলে। আফগানিস্টানগী শান্তী পামজবা শুরি নোম্লিবা মীয়ামগী পুন্সিদা য়াম্না অচৌবা অওনবা অমা হায়বদি চহীচা কয়া নিংথৌ পানবগী শুপ্নম শাসন মখাদা অওৎ অনৈ, অচুম অরান থিদনা দণ্ডি পীবা শেলথুম অমদি সমাজগী চাওখৎ খোংথাংদা শোৎথরুবা কয়াহু মেনখৎপা ঙমলে। নিংথৌ পাল্লিৱৈ মতমদদি শুরি নোমলিবশিংগী ফীভম ফগৎনবা করিমতা হোৎনরমদে। মখোয়গী শেলথুমগী ফীভম য়াম্না ফৎলমদে অদুগা সমাজদা মখোয়গী থাক য়াম্না হন্থনা লৈবম্মী। প্রজা অয়াম্বা লাইরিক হৈরমদে। মরমদি মতমদুগী শুপ্নম শাসন তৌরিবা নিংথৌ অমদি মাগী মরিমতাশিংনা সমাজগী, শেলথুমগী মহৈ মশিং তম্বগী অমদি লৈবাক ঙাকলোনগী চুকলি পাইরম্মী। মখোয়না শুরি নোমলিবশিংবু নমথদুনা মীয়ামদগী অরানবা মওংদা খোমগৎপা শেলনা হায়না হুমনা পান্দুনা লৈবাক্কী ইকোনোমী ফহনবগী মহুত্তা হেন্না হেন্না ফৎচিল্লক্তনবা শিল্লম্মী।

আফগানিস্টানগী নেশনেল অমসুং দেমোক্রেটিক রিভোলুশন্না মাইপাকলবা মতুংদদি প্রজা সেক্সন খুদিংমক্কী মীওইশিংনা অপেনবা ফোংদোকলি। লৈবাক অসিগী রিভোলুশনরি সরকার অসিনা অথুবা মতমগী মন্নুংদা থোরাং কয়া পাইখৎতুনা মীয়ামগী পুন্সি হেন্না অর্থ চেলহনবা হোৎনরি। থোরাংশিং অসিগী মন্নুংদা মরুওইবা অমা ওইরিবদি লৈবাক্কী মফম শিনথুংনা ইবা পাবা হৈহনবগী

থোৱাং পাইখৎপা অসিনি। থোৱাং অসি অনিশুবা তাংকক্কী রিভোলুশন মাই পাকলবা মতুংদদি হেন্না সাইন্টিফিক ওইরে হায়বদি মীয়ামগী সোসিয়েল সাইকোলোজি অমসুং কলচরগী মতুং ইন্না। শেমদোক শেমজিন তৌরে। অতুগা হৌখিবা চহীগী ময়াই চন্নকপা অতুৱাইদা ওঝা ময়ামগী ওইবা কংগ্রেস অমা পাংথোক্কুনা লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা মতৌ করম্না কোকহনগনি, করম্না চং-শিনগনি হায়বগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না নৈনখি। মতুং তারকপদা লৈবাকসিগী মফম শিনবা থুংনা লিটরেসি ক্লাস হৌদোকখি। অমদি ইউনাইটেদ ষ্টেটস, ব্রিটেন, চিনা অমসুং কাউণ্টর রিভোলুশনরি-শিংনা শরৌলাং থাকপা কয়াতু নাচুংদনা লিটরেসি ক্লাস চৎনখি। দেমোক্রেটিক রিপব্লিক ওফ আফগানিস্টান হায়না খংনবা সরকার অসিনা লৈবাকসিগী সমাজগী ওইরিবা ফিভম অমদি শেলথুমগী অবস্থা কয়াবু কুপ্না নৈনরবা মতুংদা লিটরেসি ক্লাসসি ফেজ অনি থোক্লা খাইদোকখি। অহানবা তাংকক্কুনা চহি তরেৎকী মনুংদা সহরদা লৈবা লাইরিক হৈতবা মীওইশিংবু লাইরিক হৈহনবনি অতুগা অনিশুবা তাংকক্কুনা চমী তরাগী মনুংদা খুঙ্গংগী প্রজাশিংবু লাইরিক হৈহনবনি। শোক ১৯৭৯-৮০ গী মনুংদা লিটরেসি সেণ্টর লিশিং ২২, চামকুন হাংদোকখি অমদি লাইরিক হৈতবা মিলিয়ন তংখাই অমা হেন্না ওঝা লিশিং ১৮ লোম্না ইবা পাবা তম্বীখি। হায়রিবা ওঝাশিংসি মরুওইনা নহারোলশিংগী সংস্থানশিং, অতোপ অতোপ্পা সোসিয়েল ওর্গেনাইজেশনশিংগী মেম্বরশিং, লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিং অমদি পার্টি মেম্বরশিংনি।

ফেক্টরিদা থবক তৌবা শিন্মীশিংগীদমক্তদি লিটরেসি ক্লাস অসি য়াম্না চাং নাইনা চৎথখি। ফেক্টরিদা লিংখৎপা লিটরেসি সেণ্টরশিংদা ইবা পাবা হৈতবা শিন্মীশিংবু হৈননবা তম্বীখি। শিন্মী-শিংসি লাইরিক তমলিঙৈ মনুংদা ফেক্টরীগী পোৎথোক পুথোকপদা

শরুক য়ারমদে অতুবু তলবতী কাইদনা ফংহল্লম্মী। ফেক্তরী মশা মশানা শিল্পীশিংগী ইবা পাবা হৈহনবদা চংগদবা মচাক মথুম লোইনা পুথোকলম্মী। শিল্পীশিংতা নত্তনা লৌমীশিংগীদমক্তসু কো-ওপরেটিভ সোসাইটিশিংনা শিন্দুনা ইবা পাবা হৈহননবগী থৌরাং পাইখৎলম্মী। ইবা পাবা হৈহননবগী থৌরাং অসি মাইপাক্ল-বগীদমক্তা স্পেসিয়েলিষ্ট কয়াবু থিজিন হুমজিনহন্নুনা অথম্নবা লাইব্রিক কয়া পুথোকলম্মী। অতুগা মিনিষ্ট্রি ওফ ইডুকেশন এণ্ড ট্রেনিংনা শিন লাংতুনা ওঝাশিংগী ওইবা সেমিনার কয়া তোইনা পাংথোকলম্মী।

মে, ১৯৮১

# লাইরিক হৈতবা মুখৎপা

পৃথিবী শিনবা থুংনা লাইরিক হৈতবা মুখৎপা অসি হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়গী মতম অসিগী খ্বাইদগী লুরবা ৱাথোক অমা ওইনা লৈরি। ইউনাইটেড নেশন্স এড়ুকেসনেল সাইন্টিফিক এন্দ কলচরেল ওর্গেনাইজেসনগী মেম্বর ওইরিবা লৈবাকশিংদা লৈরিবা চহী লিরবা মীশিং মিলিয়ন ৮০০গী মথক্তা ইবা পাবা ঙমদ্রি। অদুগা পৃথিবী পুম্বদদি লাইরিক হৈতবা মশিং অসি লিরবা হিসাব অসিদগী য়াম্না হেনগ্রে। ইউনেসকোগী জেনেরেল দাইরেক্তর মিষ্টর মাহিউনা হায়খি, "ইকাইনিংঙাই মশক ওইরবা লাইরিক হৈতবগী মশিংনি।" মহাক্না লাওথোকখি, "মীওইবগী হৌনশাগী মাইকৈদা য়েংলুরগস্‌ ইকাইনিংঙাইনি মরমদি মখোয়দা তৌবিরিবা চুমদ্রবা থবক অসিগী থীরবা মশক অদু মখোয়গী মশাদা শাক্ষী ওইনা লৈরি, শেলথুমগী হীরমলোমদা য়েংলুরগস্‌ ইকাইনিংঙাইগী মশক্তি মরমদি মখোয়না লাইরিক হৈতবদগী জ্ঞানগী ওইগদবা খনি কয়া অঙকপগী মশক ফংনা অরেম্বদা মাংতুনা লৈরি।" মহাক্না হায়খি মতুদি, পৃথিবীগী লাইবক থীবা হায়বসি কদায়দা লৈবগে হায়ববু লাইরিক হৈতবা অমস্থুং হৈফাত্তবা মী মশিং মিলিয়ন ১,০০০ মুক সিদা লৈরবনি।

লাইরিক হৈবগী থাক খ্বাইদগী নেমলিবা মফমশিংদা হায়বদি এসিয়া, অফ্রিকা অমস্থুং লেটিন আমেরিকাগী লৈবাক ৮৫ দা স্কুল কাহনবা য়ারবা অঙাং তথ্বায় অমরোমদি (মিলিয়ন ১০০) মপা মমাগী য়ুমলৈ কৈরৈ য়াম্না ফত্তবা মরমদগী অমস্থুং স্কুল মশিং ৱাৎপদগী লাইরিক তমজনবগী খুদোংচাবা ফংহনবা ঙমদে। অদুগা

ছাত্র মিলিয়ন ৫০০ রোমনা অ আ মশক খংবা ওমদ্রিঔদা স্কুলদগী তোকখি।

মতম য়াম্না শাংনা নারক্লবা লায়না অসি কোকহন্নবা লৈবাক লৈবাকশিংদা অতুগা লোয়ন লোয়ননা পৃথিবী পুম্বগী ওইনা থৌরাং কয়া পায়খৎতুনা হোৎনরক্লি। ইংশোক ১৯৬১ গী ডিসেম্বর থাদা ফমখিবা ইউঃ এনঃ জেনেরেল এসেমব্লীগী ব্লারেপ অমগী বেসিসতা লাইরিক হৈতবা মরু ফুক্তৎনবা পৃথিবী শিন থুংনা কেমপেইন অমা পায়খৎখি। ইংশোক ১৯৬২, সেপ্তেম্বর থাদা রোম সহরদা লাইরিক হৈতবা মুখৎনবগী সমাস্যা খন্নবা ফমখিবা ইহান হানবা ইন্তরনেস-নেল কংগ্রেসতা অমস্তুং ইংশোক ১৯৬৫, সেপ্তেম্বর ৮দগী ১৯ ফাওবা টেহরান্দা ফমখিবা পব্লিক এডুকেসনগী মিনিষ্টরশিংগী মিটীং অমদা অমুম্না পনখি মতুদি— লাইরিক হৈতবা হায়বসি মীওইবা সমাজগী তমথীরবা য়েক্লবা অমনি, মসিনা মীয়ামগী চাওখৎ খোংথাং থিল-হল্লি অমস্তুং অমগা অমগা মশক খংনবদা, ফাওদোক ফাওজিন তৌনবদা অপনবা পী।

কনফরেন্স অনিমক্লা মরুওইনা থোইদোক হেন্দোক্লা মরুওইরবা ব্লাফম অসিদা ইন্তরনেসনেল সোলিদরিটি অমস্তুং কো ওপরেসন য়াম্নমক নরুওইরে হায়না অকনবা মত পিখি। ইংশোক ১৯৬৭ কী সেপ্তেম্বর ৭ তা লাইরিক হৈনবা শন্দোকপা ইন্টরনেসনেল লায়াসন কনসলটেটীভ কমিটিনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা কোকহন্নবা খোমগৎলিবা স্পিসিয়েল ফণ্ড অমদা মশা মশাগী দান তৌ হায়না ইউনেসকোগী মেম্বর লৈবাক পুম্নমক্তা আপিল তৌখি।

আপিল অসি মহাদেশ খুদিংমক্কী ডাকলৌ মপুংফানা ফংখি। ইংশোক ১৯৭৯. এপ্রিল থাদা সোভিয়েট গভর্নমেণ্টনা ইণ্টরনেস-নেল প্রাইজ অমা এনঃ কেঃ ক্রুপস্কায়াগী মমিংদা থোন্দুনা লাইরিক

হৈতবা কোক্লনবগীদমক্তা পাংথোরকপা থবক্তা পিননবা হায়ত্নুনা থমগ্রে। প্রাইজ অসি রুবল ৫,০০০ গীনি (লুপা ৫০,০০০ রোম) অমসুং মায়কৈ অসোমদা শিংথারবা য়ারবা থবক তৌরকপা মীওইশিংদা পিননবনি। ইংশোক ১৯৬৯ গী বসন্ত ঋতু থাদা, সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ইউনেসকোগী মথুণ্ডা কোপি বুক মিলিয়ন অমসু শিন্নখি।

ইউনেসকোগী প্রোগ্রাম মথাদা পাইখৎলক্লিবা অকনবা থবকশিং অসিনা তশেং তশেংনা উৎলি মত্নুদি— মীয়ামবু মখল খুদিংমক্কী অওৎ অনৈগী মথুক্তগী মনিং মথা তম্বা ফংহন্নবা সোসিও পোলিটি-কেল অমসুং ইকোনোমিক ট্রান্সফোরমেসন কয়া মরৈ মুন্না পাং-থোকপগা ইরোয়নদ্রবদি অসিগুম্বা প্রোগ্রাম য়াৎতুনা পায়খৎলক্লিবা থবকশিং অসিনা ঐখোয়না পামলিবা মহৈ অত্নু পুরকপা ঙমলোই। শিন্মী-লাইন্নিক হৈতবা ১সুং মবুধি য়াওদবা পংজনা লৈবা হায়বসি ওৎ নৈত্নুনা চারিবা কাংবুগীদি মতোম্নি হায়বসি ইতিহাসনা উৎলি।

"মবুধি য়াওদবা অপঙবা লাইরিক হৈতবা প্রজাবু শাসন তৌবনা য়াম্না হেন্না লায়," হায়না কেথরিন অনিশুবা, রশিয়াগী মহারানীনা মতম অমদা হায়খি। তশেংনমক, ঙসিগী পৃথিবীগী মেপ ফাক্তোকলগা হায়ফেৎ য়েংবদা ময়েক শেংলবা শকফম অমা উবী-গনি —মীয়াম্না য়াদবা গনতান্ত্রিক ওইদবা কাংবুনা শক্তি পায়বা লৈবাকশিং অত্নুদা শু নোমত্নুনা চারিবা মীশিংনা এজুকেসন অমসুং কলচরগী থোংদা চংফম লৈতে।

মী ময়াম অমনা পাক্তক্লনা হেক্তা লাইরিক হৈত্রবা অমসুং মবুধি করিমত্তা য়াওদনা পঙনা লৈরিবা অসি মতৌ করম্না কোক-হনবা ঙমগদগে? শদাব্দী কয়া চুপ্না লোইলম শাসনগী অওৎ অনৈ মথাদা লাইরিক তম্বগী খুদোংচাবা ফংহল্লকত্রবা মথোয়শিং অত্নুদা মতৌ করম্না জ্ঞানগী থাউমৈ থানগৎসিগে, চহী নৌরিবা স্টেট অসিগী

নেসনেল ইকোনোমী চাওখৎহন্নবা; কলচর চাওখৎহন্নবা জাতিগী স্পিসিয়েলিষ্ট য়াম্না থুনা মশিং য়াম্বা মওংদা করম্বা ত্রেনিং পীগদগে ? ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুম অদু লোইলম শাসনগী য়োংহ্লিং থদংপদা ঙাইরিবা লৈবাকশিংগী দায়ী লৈবা লুচিংবশিং অমদি ইরৈবাকচাশিংনা পুথোক্লবা লাক্লরি।

মসিগী মরিদা সোসিয়েলিস্ট লৈবাকশিংগী এক্সপেরিয়েন্স য়েংবা কান্নগনি। তেল্লবা ইতিহাসকী মতম তাক্কক অমগী মনুংদা, মীয়াম পাক্কন্না লাইরিক হৈতবগী সমস্যা কোকহনবদা মায়পাকপা ঙমপ্রবনি অমসুং মীপুম খুদিংমক লাইরিক হৈরবা অমদি চাওখৎলবা কলচর লৈবা লৈবাক অমা ওইরকপ্রবনি। লাইরিক হৈতবা মুখৎনবগী সমাস্যাদা ফমথিবা মথক্কী রোম ইন্তরনেসনেল কংগ্রেসনা ব্রাফম অসিদা মিৎয়েং চিংশিনখি, মরুওইনা ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ দা ইংশোক ১৯১৭, ওক্টোবর বিপ্লবকী মমাংদা অইবা লোল অমদি ময়েক লৈজরমদবা জাতিশিংগী ইলিমেণ্টরি স্কুলশিংগী ওঝা ত্রেনীং পীবা, মেথোদোলোজিকেল লিটরেচরনচিংবা পুথোকপদা এক্সপেরিএন্স অদু, মায়কৈ অসোমদা লৈবাক খুদিংমক্তা পানশিনবা য়াননবা অমসুং শন্দোক্লবা মরুওইরে হায়না মত পীপ্রবনি।

ভারতনা মনিংতম্বা চহী ৩২ হেল্লকলবা ফাওবদা ইবা পাবা হৈতবগী সমাস্যাসি কোকহম্বা ঙমদ্রি অমদি পৃথিবীদা লৈরিবা ইবা পাবা হৈতবা মীওই মিলিয়ন ৮০০ সিগী তঙ্খাই অমনা ঐখোয়গী লৈবাকসিদা লৈরি। নীংতম্বা ফংলবা মতুংদগী ইবা পাবা হৈতবগী সমাস্যাসি কোকহননবা হোৎনরবসু হিরমসিগীদমক্তা পাইখৎলকপা থৌরাংগা কান্নবা ফংহনগদৌরিবা মীশিংগা অনিগী মরক্তা অচৌবা অহোবা অমা লৈবদগী হৌজিক ফাওবা মহৈ য়ানবা ঙমদনা লৈরি। মরম অসিনা ঐখোয়না সোসিয়েলিস্ট লৈবাকশিংদা করম তৌনা মথক্কী সমাস্যা অসি কোকহননবা হোৎনখিবগে হায়বদু মুন্না খংবা

অমদি সমাস্যা অসি কোকহননবা থব্বাই হকচাং য়াওনা হোৎনবা দরকারনি।

ভারত সরকারনা হৌখিবা ইংশোক ১৯৭৮গী ওক্টোবর তাং ২ দগী হৌরদুনা চহি ১৫ দগী ৩৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবা মীওই ক্রোর তরাবু চহি ৫ গী মনুংদা লাইরিক হৈতবা কোকহল্লগনি হায়বগী থৌরাং পাইখৎপা হৌগ্রে। সরকারনা পাইখৎলিবা থৌরাং অসিনা কদাই ফাওবা মাইপাক্লা পাংথোক্লুনা লাইরিক হৈতবগী খুদোংথিবা ময়াম অসি কোকহনগদৌরিবনো? অনৌবা থৌরাং অসিদা সরকারগী শেনয়াম অমা থাদরবস্থু হৌখিব চহি ৩১ চুপ্লা হোৎনরকপদা মাইপাকখিদবা মওং অদুদগী শুকহোং হোংদোকত্রি। মতমদুগী প্রধান মন্ত্রি অমদি শিক্ষা মন্ত্রিনস্থু ইবা পাবা হৈহৌদ্রবা এডল্টশিংবু হৈহননবা হোৎনবনা খ্বাইদগী মরুওইবা নেসনেল প্লান ওইগনি হায়দুনা এডল্ট ইডুকেশন প্রোগ্রাম পাইখৎলবস্থু চৎথরিবা মওং অসিনা হান্নগীগুম্না স্টেট গভর্নমেণ্টশিং অদুগী বুরোক্রেটশিংগী মখুত্তা লৈবনা মাইপাকপা ঙমদনা লাইরিক হৈতবগী মশিং অসি হেন্সৎলকপদা নত্তুনা হস্থরকপগী মওং লৈত্রি। অদুনা ইং কুমজা ১৯৫১ দা লাইরিক হৈতবা মীওই মিলিয়ন ২৪৭, ইং কুমজা ১৯৭২ দনা মিলিয়ন ৩০৭ অদুগা হেজিক্লা মিলিয়ন ৪০০ হেল্লকলে।

ঐখোয়না ঐখোয়গী নিংতম্বগী অধিকার অসি ঙাক্লা থমগে হায়বা তারবোইদি—সমাজগী খ্বাইদগী তমথিরবা লাইনা অমা ওইনা লৈরিবা লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা অসি কোকহনবা তাবনি মদুদি নত্তুনা লাইরিক হৈতবা কোকহনবগী মিংদা সরকার পাইরিবা অদুনা শেনয়াম অমা কায়থোক্লগা মদুনা সরকার পাইরিবা রাজনিতি দল অদুগী পাঙ্গল কনখৎনবগী মওংদা চৎথবনদি করিস্থু কানরোই। মরম অদুনা প্রোগ্রাম অসি মাইপাক্লবা দলাদলিগী রাকম থাদোক্লদুনা ছাত্র, নহারোল, লৌমী শিল্পী, ইমা ইবেল

পুম্নমক্না পুন্দুনা লাইরিক হৈতবা কোকহননবগী থৌরাং পাইখৎপা তাবনি।

ঐখোয়গী প্রধান মন্ত্রীজি অমদি ইজুকেসন মন্ত্রি লোইননা পৈশা মুংশা য়াম্না থাদরগা লাইরিক হৈতবা লাইরবা প্রজাশিংদা থোক তৌরগা ভোট কাবা ঙমবা ঐখোয়গী স্টেটকী মন্ত্রিশিং অমদি লোইশং কয়াগী খংহৈরবা কয়ানা এডল্ট ইজুকেসন প্রোগ্রাম অসি পাংথোক্নবা মীটিন কয়াদা ভিয়েটনাম, কিউবা, সোভিয়েট অমদি মান্নবা খুন্নাই চৎপ্রবা কমিউনিস্ট লৈবাকশিংদা লাইরিক হৈতবা কোকহনখিবগী অমদি শেনজাও পাইবগী লৈবাক কয়াদনা লাইরিক হৈতবগী রাথোক কয়া লৈরিবসি কন্না পল্লি। অদুবু সোসিএলিষ্ট লৈবাকশিং অদুদা লাইরিক হৈতবা কোকহনপ্রিবদুদি রি ভালু-সননা পুরকপা অওনবা অদুননি।

জুলাই – ১৯৭৯

# মীয়াম্না শরুক য়াদনা ভিয়েটনামদা

## লাইরিক হৈতবা কোকহনখিবা

ভিয়েটনাম লৈবাক অমনি।
ভিয়েটনামীজ খুন্নাই অমনি।
তুরেলগী ঈশিংনা কংগ্রবস্নু,
চীঙজাওনা মচেৎ মচেৎ কিস্থগ্রবস্নু,
অচুম্বদি কৈদৌনুংদা হোংহনবা ঙম্লরোই।
"নিং-খা তম্বদগী হেন্না মমল য়াম্বা অতৈ অমা লৈতে"

—হোঃ চিঃ মিন

এসিয়া মহাদেশকী লৈবাক অতৈগুম্না ভিয়েটনামস্নু লোইলম শাসনগী মখাদা মতম কুইনা নমথত্নুনা লৈরুবনা মখোয়গী লাইরিক হৈবগী চাংসি নিংতম্বা ফংলবা মতুংদা শুপ্পগী চাদা ৫তমক ওইরম্মী। লোশিংগী মঙাল ফংদবদগী শু নোম্লিবা কাংবুনা নিংখা-তম্বগী কান্নবা অতু উবা ঙম্লমদে। মখোয়না লাইরবগী চৈনা খাঙবা তারম্মী অমদি কলচরগী লমদা শরুক য়াবা ঙম্লমদে।

অতুবু হোৎনবগী মপান্না শোক ১৯৪৫ গী আগষ্ট থাদা ভিয়েট-নামগী নেশনেল রিভোলুসন মাইপাকখি অমস্নুং লোইলম শাসনগী ইতিহাস লোইশিনখিবগা লোয়ননা মীয়ামগী শাসন লিংখৎখি। নিংতম্লবা মতুংদা মীয়ামগী য়াইফ থৌরাংগীদমক্তা পায়খৎপা তাখিবা মরুওইবা থৌদাংশিংগী মন্নুংদা অমদি লাইরিক হৈতবগী সমাস্যাসি কোকহন্দুনা হেন্না অফবা মওংগী লাইরিক মতম্বী পীননবা, লৈবাক্কী রাজনিতিদা প্রজাশিংবু মপুং ফানা শরুক য়াহন্দুনা নৌনা নিংতম্বা ফংবতা ঙায়রিবা লৈবাক্তু শাগৎনবা হোৎনবা, অমস্নুং মখোয় মশা

মশাগী মরাইবক মশানা লেপচনবা হোৎনবনি। মরম্ অসিদগী ভিয়েটনামগী দিমোক্রেটিক রিপব্লিকনা ইং ১৯৪৫ গী সেপ্টেম্বর তাং ২ দা নিংতম্বা ফংবগী তুংওইননা ফমখিবা ইহান হানবা মিটাংদা লৈবাক শিনথুংনা ল'ইরিক হৈতবা মুথৎনবা ফ্রন্ট অমা শেমখি। লোয়ননা প্রেসিদেন্ট হোঃ চিঃ মিননা লাইরিক হৈতবা মুথৎনবগী কেমপেন অসিদা মপুং ওইনা শরুক লৌনবা পোপুলার ইড্যুকেসন সার্ভিস অমা লিংখৎনবগী "দিক্রি" পাস তৌখি। গভর্নমেন্টকী ফিরেপ অসি প্রজা মীয়াম্না থাগৎনরম্মী মরমদি মসি মীযামগী অপাম্বা অদুগা চান্নরম্মী। মসিদগী লাইরিক হৈতবা মুথৎপা হায়-বসি নহা অহল থাক্তুনা মীওই মিলিয়ন কয়া কয়াগী অচৌবা মুভমেন্ট অমা ওইরকখি। চীং তম থাক্তুনা লৈবাক্কী মফম খুদিংমক্তা লাইরিক তম্ফমশং হাংলম্মী। প্রেসিডেন্ট হোঃ চিঃ মিননা মীয়ামদা থম্বা পনথুংদি "লাইরিক হৈবনা হৈতববু, অঙাংশিংনা মখোয়গী অহল লমনশিংবু অমদি যুমলোন কৈরোননবশিংনা অমনা অমবু তম্বীগদ-বনি।" থোদোং অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা লৌবুক লমহাং, ফেক্টরি, ওফিস অমদি ক্লাস তৌবা য়াবা মফমবু ওইরবদি জহাজ, হিনচিংবগী মথক্তা ফাওবা চখরম্মী লোয়ননা চহি চাম্ম হেন্না লোই-লম শাসনগী মখাদা লৈরুবদগী মতিক চাবা রিসোর্স য়াৎলবা ফাওবদা চোক্কী মহুৎ চেক্লা অমদি ব্লেকবোর্ডকী মহুত্তা থোঙ শিজিন্নদুনা লাইরিক হৈতবা মুথৎনবা হোৎনরম্মী। মসিগী মথক্তা খবর-কাগজ, রেডিও, পোষ্টর; ঈশৈ, শৈরেং, ড্রামা, স্লোগাননচিংবা পুন্নমক্তা মুভমেন্ট অসি মপুং ফানবগী মচাকশিং য়াওরম্মী। অমদি লমগী করাম চাওরবা ক্লেসশিংগা লার্জ কন্না শোক্নরিঙৈ মমুং ফাওবদা মথাগী স্লোগানশিংসিগা লোয়ননা চৎথখি "মহৈ তম্বা হায়রবসি মরৈবাকপু মুংশিবনি।" "ঐখোয়গী ওমথে লমদনা লাল থেংনগদ-বনি, মমুং হুঞ্জিনবা লমদনা লাইরিক হৈতবা মুথৎকদবনি।"

পোপুলার ইদুকেশনেল ক্লাস হায়না খঙনবা ক্লাসশিং অসিদা মীয়াম্বু ইবা পাবা তমবীবতা নত্তনা ষ্টেট পোলিসিনচিংবা নৈনত্নুনা মখোয়বু নিংতমবগী লাল য়াওনিংনবা শিল্লম্মী। মসিদগী নিংতমবগী লালহৌ অত্নু অত্নুক্কি মতিক কনখৎলম্মী অমদি য়েক্নবনা খুত্নম চনবা মফমশিং ফাওবদা ইহৌ অসি শন্দোক্লম্মী। মরমসিদগী য়েক্নবশিংনা করিগুম্বা ওঝ শিং অত্নু থেংনবা থোক্লবদি হাৎতনা তোকলমদে।

চহি ৯ চুপনা শোক্লখিবা লাল অত্নুদা মীওই মিলিয়ন ৭.৫ মহৈ তনখি। অসুম্না শোক ১৯৬৪ দা লাল লোইরবা মতুংদা অল্লাং ভিয়েটনামদা মহৈ হৈহৌদবা মীওই মিলিয়ন অহুমখক্তা ডাইখি। ইং ১৯৫৯ গী জানুৱারি ২২ দা চাংগী লম খরা নত্তনা চহি ১২ দগী ২০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা মীওই চাদা ৯৩ দি ইবা পাবা হৈরম্মী। ১দি অহানবা চহি মঙাগী থৌরাং লোয়রকপা মতমদদি (১৯৬০-৬৫) চাংগী লমশিংদসু ইবা পাবা হৈতবা মীওই লৈত্রে। মতৌ অসুম্না থার্ড ৱার্ল্দগী শোত্থহৌববা লৈবাকশিংগী মনুংদা অহানবা ওইনা লাইরিক হৈতবা মুত্থংখিবশিংগী মনুংদা দেমোক্রেটিক রিপব্লিক ওফ ভিয়েটনামসু অমনি।

খা ভিয়েটনামগী ইউঃ এসঃ— সাইগোনগী নিও কোলোনিয়েলিষ্ট শাসন মখাদা লৈরুবদগী লাইরিক হৈতবগী মশিং য়াম্না য়ামলম্মী। খুঙ্গংগী লম খরদদি চাদা ৮০ দি লাইরিক হৈরমদে। সাইগোনমক্তসু ইবা পাবা হৈতবগী মশিংসি লাক্ষ অনিগী মথক্তা লৈরম্মী। লমত্নুগী মরৈবাক নিংবা কাংবুনা মরৈবাকী লোল মীয়ামদা শন্দোক্লবগীদমক এসোসিয়েসন অমা লিংখৎলম্মী অত্নুবু, মত্নু থবক ওইনা পাংথোকপদা লোইলম শাসনবু য়াবা কাঙবুদগী অপনবা কয়া থেংনরম্মী। হায়বদি মখোয়না ইউঃ এসঃ কী মতেং ফংনবগীদমক অহল লমনগী ক্লাস কয়ামরুম হাংদোক্লম্মী। অত্নুবু চহি কুনগী পপেট রিজিমত্নুগী মনুংদা শুপ্নগী মীওই ৮,০০০ দমক ইবা পাবা

হৈরম্মী। মরমসিদগী খা ভিয়েটনামদা লাইরিক হৈতবগী মশিংসি ইং ১৯৬৬ তা মিলিয়ন অনি ওইরম্বদগী ইং ১৯৭৫ দা মিলিয়ন ৩.৬ য়ৌথি। গুরিলা লৈবা অমদি নিংতম্লবা মফম খরদা অতুগা লিবরেসন লান্মীশিংনা ইবা পাবা তম্বাবা হায়বসি লাল তৌনবগা লোয়ন লোয়ননা পায়খৎলম্মী। ইং ১৯৭৬ কী এপ্রিল থাদা লৌখিবা সেন্সসকী মতুংইন্না নিংতম্লবা মতুংদা তোঙান তোঙানবা চহি কাংলুপশিং পুল্লগা মিলিয়ন অহুমদগী হেল্লম্মী। মরমসিদগী লাইরিক হৈতবা মুখৎপা হায়বসি খা ভিয়েটনামগী চহি তরা হেন্না লাল থেঙনরকপদগী মরোল মরাং তাকলবা অমদি কনসেন্ত্রেসন কেম্পতা লৈরুরবা মীওই কয়া বম অমদি অতৈ কেমিকেলশিংনা মাং তাকহনগ্রবা লমহাংশিং, সহরশিংদা লৈরিবা মশিং লাকঙমদ্রবা থবক শুকম লৈত্রবা মীওইশিং অমদি মহৈ মশিং তম্বগী খুদোং চাবা ফংহৈদ্রবা নহারোলশিং অসিগুম্বা সমাস্যা কয়া অসিনা লাইরিক হৈতবা কোকহনল্লবা হোৎনবদা অচৌবা অপনবা পীরি। অতুম ওইনমক মুভমেণ্ট অসিনা পুরকখিবা কান্নবশিংদি— লৈবাক্তা নিং তম্বা অমদি শান্তি লোয়ননা মীয়ামদা লৈবাক ঙাকচনবগী শক্তি পীবসিনি। মসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা অব্রাং ভিয়েটনামদগীসু ত্রেন্দ পার্সোসেলশিং থারকখি। লাইরিক হৈতবা মুখনবা থৌরাংদা খুনাং চাওশিন্নবগীদমক্তা থাক খুদিংমক্তা লমজিংনবা কমিটিশিং শেমখি। অসুম্না লৈবাক্কী এদমিনিস্ট্রেশনগী শরুক অমা ওইনা চত্থবসিনা মহৈ হৈহৌদ্রবশিংবু ক্লাস চৎনিংহননবা মহৈ হৈবশিংদনা হৈহৌদ্রবশিংবু তম্বীহননিংবা অতুগা মোরেল অমদি মেটরিয়েল পীনবগীদমক্তা মাস ওর্গেনাইজেসনশিং শেমগৎপদা লায়না থোক্লম্মী অমদি পপেট এদমিনিস্ট্রেসননা পায়খৎখিবদা মায়পাকখিদবত্থু রিভোলুসন্নরী এদমিনিস্ট্রেসননা মায়পাকপা পুরকখি। রিভোলুসন হেক লোয়বগা মীয়ামদগী সর্ভে তৌখিবত্থুদগী লাইরিক হৈতবনা

ওইহল্লকপা ফত্তবা ময়ামস্তু খংবা ওমখি। সর্ভেগী ফল মতুং ইন্না মীয়ামগী খুদোংচানবগীদমক্তা ড্রাইভ অনি থোক্লা খাইদোকখি। অহানবা ড্রাইভতনা নহারোল শিন্মী, লৌমী অমদি ক্লাস্তা লাকপদা খুদোং চাদবা লৈতবা মীওইশিংগীনি। অনিশুবা ড্রাইভতনা অহানবগীসিদা য়াওবা ওমহৌদবশিংদা মহৈ তম্নবা তাঞ্জা অমগা পীবনি।

লাইব্রিক হৈতবা মুখংনবগীদমক্তা পায়খৎপা য়াবা থৌরাং খুদিংমক ফজনা পায়খৎনবগীদমক্তা মীয়ামবু মপুং ফানা শরুক য়ানবা অমদি খন্ন নৈনবদা শরুক য়ানবগীদমক্তা আপীল তৌরম্মী। ইং ১৯৭৬ কী এপ্রিল তাং ২৫ গী ইলেক্সনতুমক্লা লাইব্রিক হৈতবা মুখৎপগী কেম্পেন য়াম্না কনখৎলম্মী মরমদি মীওই মিলিয়ন কয়া কয়ানা কেণ্ডিদেটশিংগী মমিং পাবা থোকপা পাম্লম্মী। থবক অসি পাঙথোকপদা ছাত্র, নহারোল, মুপী, লৌমী অমদি শিনফম কয়াগী ভোলুন্টিয়ার হায়বদি ছাত্রশিং, সেকেণ্ডরিগী ওঝাশিং, লাইব্রিক লাইগু হৈরবা মীওইশিং, লম্বোইবশিং অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওইশিংনা ওঝা ওইদুনা অচৌবা মতেং পীখি। নহারোল লিশিং কয়া কয়ানস্তু অথাপ্পা, মনুং হুজিনবা, লম্বী থোং খুদোং চাদবা মফম কয়াদা লাইব্রিক হৈহৌত্রবশিংবু হৈননবগীদমক্তা চৎনবা শেম শাখি।

অমরোমদস্তু ওঝা ওইগদবশিংবু অনৌবা মওংদা ট্রেনিং পীদুনা ময়েক চৎপদা থা অহুম চংগদবা অতু থা অমদা চৎহননবা হোৎনখি। অতুগা থা ভিয়েটনামগী লম থরদদি হোৎনবগী মপান্না লাইব্রিক ময়েক চৎহনবদা ভোলুন্টিয়ার অমনা মীওই ৩০/৩০ গী দাইত্ব লৌখি। ওঝাশিংনা থরাই য়াওনা হোৎনবতুনা মরম ওইতুনা ছাত্রশিংদা য়াম্না পুক্লিং থৌগৎপা পীখি অমদি নহা অহল থাক্তনা থা ভিয়েটনামগী মহৈ হৈহৌত্রবশিং ময়েক চৎহননবা হোৎনবদা প্রজা মীয়ামনা দরকার ওইবা পোৎচৈশিং হায়বদি স্কুলশিং শাননবা

মচাক, দেস্ক, বেঞ্চ; ব্লেকবোর্ড, চে, কলমনচিংবা মতেং পীখি।

থৌরাংশিং পাইখৎলিবা কাংবুনা মহৈ হৈঁহৌত্রবশিংনা মহৈ তম্বদা সখোয় মখোয়গী থবক্তা অপনবা পীদনবা হোৎনখি। মবম-সিদগী যুম লিংলবীমুপী অমদি নামা শোযরবশিংগীদমক যুম—যুমদা, বজারদনা ললোন ইতিক তৌবা ১দি থবক শুবগীশিংগীদমক্তা চোযাব শিংগীদমক্তা হি মথক্তা অদুগা লৌমীশিংগীদমক্তা লৌবুক্তা পাই-খৎখি। অসুম্না লাইরিক ময়েক চৎতনা লৈবা মফমশিংদা ক্লাসশিং চৎথখি। অমদি খুঙ্গং, শহর-দিস্ত্রিক্তনচিংবা খুদিংমক পাও ফাওনহন্বা অমসুং মরি লৈনদুনা লাইবিক হৈতবা মুখৎনবা হোৎনখি। ইং ১৯৭৬ কী লোইরমদাইদা কনফরেন্স ফমদুনা মীওই কয়া য়াম্না ইবা পাবা ঙমলবগে হায়বা খংনবা হোৎনখি। মখোয়গী রিপোর্ট মতুং ইন্না খুঙ্গং ২৩৮০ অমদি দিস্ত্রিক্ত ৭৭ তা মীওই ৭৭৫,০০০ ইবা পাবা ঙমখি। থৌরাংশিংসি মাইপাকনবগীদমক্তা অতৎপা লৈতনা প্রাইভ তৌখি। মদুগী ফলনা ইং ১৯৭৬ কী কালেন ছুটীদা হায়স্কুলগী ছাত্রশিং অমদি ওঝাশিংনা সহর অমদি খুঙ্গংদা লৈবা মীওই ২০০,০০০ অমবুসু লাইরিক ময়েক চৎহনখি। মীশিং য়াম্নবা কাংবুগী কান্নবগীদমক্তা মিনিস্ত্রি ওফ ইজুকেসন অমদি হোঃ চিঃ মিন কমিউনিস্ট য়ুথ ইউনিয়ননা পুন্না চংশিনমিন্নদুনা মপুং ফুঙ্জিনবা লমদমশিংদা স্কুলনচিংবা লিংখৎখি। মখোয়গী অপুনবা কেমপেন অদুবু "দি লাইট ওফ কলচর" হায়না খংনখি।

"বেসিক ইরাদিকেশন ওফ ইলিটরেসি" গী পালন পাংথোক-খিবদা ওঝা কয়াম্বু মখোয়গী হনবা লৈতবা থৌরাংগীদমক্তা থাগৎনখি অমদি [illegible] উংখি। মখোয়গী মরক্তা চহী ৩৮ [illegible] [illegible] অমা অদুগা চহী ১৮ দা ওাইরিবী লৈশাবী অমগী থৌদাংশিং নিংশিংবা য়াই।

অহল ওইরবীদুনা মীওই ৬০ বু ময়েক চৎহনখি অদুগা নহা ওইবীদুনা মীওই ৯০ বু ময়েক চৎহননবা হোৎনখি। অসুম্না শোক

১৯৭৮ গী ফ্রেব্রুয়ারী থা লোইরকপদদি খা ভিয়েটনামগী প্রোভিন্স ২১ অমদি সহরশিংদা মীওই ১,৪০৫,৮৭০ গী মনুংদা মীওই ১,৩২৩, ৬৭০ বু লাইরিক ময়েক চংহনখি হায়বদি চাদা ৯৪.১৫ ইবা পাবা ওমখি।

অসুম্না মীয়াম পুন্না চওশিনমিন্নতুনা খা ভিয়েটনামদা মীপুম খুদিংমক্কী হেন্না নুংঙাইবা মপুং ফাবা পুন্সি শেমতুনা নহা অহল খাক্কুনা কলচরগী থোংদা শরুক য়াবা ওমহল্লে। লোয়ননা ময়েক চংলবা কাংবুবু অমুক হন্না অকাওবগী খয়াত্তা তাখিদনবা শিনফমগা কোন্ননা মহৈ মখা তন্নবগী খুদোংচাবা ফংহল্লে। মরুওইনা থৌরাং অসি স্কুল কাবদা চহি হেন্দোক্লবা কাংবু, অফিসতা থবক তৌবশিং অমদি লাইরিক য়াম্না তমহৌদবা লাম্মীশিংগীদমক্তনি। থৌরাং অসিগী মখাদা মীওই মিলিয়ন অমা কান্নবা ফংখি। মসিনা মখোয়গী রাখল থম্বা ওম্বা, য়াম্না তোম্বনা মীনাইগী মওংদা মমাংগী সরকারনা পাল্লিভৈদা লৈরম্বতুদগী নাম্থোকপা, শম্না হায়রবদা অনৌবা পুন্সি অমা শাগৎপদা মতেং চাওনা পীরে। অতুমকপু অরাং ভিয়েটনামদা তৌখিবগুম্না খা ভিয়েটনামদসু প্রাইমারী ইডুকেসন অসি কম্পুলসরী ওইহননবা অতুগা মথক্কী ক্লাসশিংদনা ইউনিভর্সিটিগী থাক ফাওবা কোরেসপোন্দেন্স কোর্সতা তম্বা য়ানবগী খুদোংচাবা ফংহন্নবা হোৎনবা য়াম্না দরকারনি। অমরোমদসু থৌরাং অসি পায়থৎপদা ভিয়েটনামগী মীয়াম্না খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লগদৌরিবনি। অতুবু মখোয়গী অচেৎপা থাজবা অমা হায়বদি মীয়ামবু থোং মাম্ননা মহৈগী জ্ঞান ফংহন্নবা হোৎনবা হায়বসিনা খুদোংথিবা পল কয়া নমথেক্কুনা থৌরাং অসিদা মায়পাকপা পুরকপা ওমখি।

আগস্ট ১৯৭৯

# মহৈ মশিং তম্বগী লমদা কিউবা

ঙসিদগী চহি কুনগী মমাংদা রিভোলুশনদা মাইপাকপ্লবা কিউবানা মীয়ামগী মহৈ মশিং তম্বা, হকচাং ফনা থম্বা হোৎনবা, সমাজদা মাপ্লবা থাক্তা লৈনবা অমদি তুংগী জাতীগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা অঙাংশিংদা পীরিবা খুদোংচাবা কয়া অসিনা মাপ্লবা খুন্নাইগী লিচৎনা পুরকলিবা অওনবা কয়ানা পৃথিবীগী লৈবাক অতৈদা তমজনিংঙাই ওইহল্লে।

লেটিন অমেরিকাগী মনুংদা মাপ্লবা খুন্নাইগী লিচৎ চৎপা খ্বাইদগী অহানবা ওইরিবা কিউবানা চহী কুনগী মমাংদ, লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা মরুফংনা মাংহনবা ঙমপ্লে। লৈবাকসিনা সাইন্স অমসুং টেকনোলোজিগী লমদা খুমাং চাওশিনবা ঙমলকলিবসি মহৈ মশিং তম্বগী লমদা অনৌবা পথাপ কয়া পুশিল্লকপগী ফলনি। লৈবাকসিদা তোঙান তোঙানবা মখলগী মহৈ তমফমশং লিশিং অমগী মথক্তা লিংখৎপ্রিবসি লেটীন আমেরিকাগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মশিং য়াম্বনি হায়বা য়াই। মহৈ মশিং তম্বগী লমদা অহোংবা পুরকখিবসি ইংশোক ১৯৬১ গী জুন তাং ৮ দা নৌহৌননা আইন শেমদোক্লুনা লৈবাক্তুদা লৈবা লনাই স্কুল কয়াবু সরকারনা লৌশিনহুনা মীপুম তিংনা শিক্ষা ফংহন্নবা হোৎনবত্নদগী হেৌপ্লবনি।

ইংশোক ১৯৫৮ হায়বদি রিভোলুসন মমাংদদি কিউবাদা লাইরিক হৈতবা মীওই মিলিয়ন অমগী মথক্তা লৈরম্মী। প্রাইমারী ইডুকেসন ফাওবগী থাক্তা চাদা ছাত্র ৭০ তমক স্কুল তমলম্মী। ওঝাশিংগী অপুনবা মশিংনা লিশিং ১৭ নি। ঙসিদি কিউবাদা লাইরিক হৈতবা মীওই অমত্তা লৈত্রে। প্রাইমারী স্কুলদা তম্বা য়াবা

চহীগী অঙাং পুম্নমক স্কুল কাই। মখোয়বু তম্বীনবগীদমক্তা ওঝা লিশিং ৯০গী মথক্তা হাপলে। অদুগা স্কুল তম্নীবা ছাত্রশিংগী মনুং-দনা ছাত্র লিশিং ৫৪ না বোর্দিংদা লেংদনা লৈতুনা মহৈ মশিং তম্মি। লোইননা ছাত্র লাক্ষ অনী লিশিং ৩০ রোমনা মরক মরক্তী ওইন, বোর্দিংদা লৈনবগী খুদোংচাবা ফংলি।

রিভোলুসন মমাং হায়বদি ইংশোক ১৯৫৮ দদি সেকেন্দরীগী থাক্তা মহৈ তম্বা ছাত্রশিংগী অপুনবা মশিংসি শুপ্নতগী লিশিং ৮৮ ওইরম্মী। অদুবু ঙসিদি ছাত্র মিলিয়ন অমদগী হেনবনা সেকেণ্ডরীগী থাক্তা মহৈ তম্মী। মখোয়গী মনুংদা তংখাই অমা হায়বদি ছাত্র লিশিং ৫০ রোম্না বোর্দিংদা লৈতুনা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংলি। ঙসিদগী চহী ২১ রোমগী মমাংদদি সেকেন্দরীগী থাক্তা ওঝা লিশিং ৪৫ তমক লৈরম্মী। অদুগা হৌজিক্লা ওঝা লিশিং ৭০ হায়বদি হাম্নদগী তংখাই অমরোম হেক্সংলে। হায়র ইদুকেশনগী মতাংদনা রিভোলুসন মমাংদা ছাত্র লিশিং ১৫ রোম অমদি প্রোফেসার ৬০০ লোম লৈরম্মী। ঙসিদি কিউবাদা হায়র ইদুকেশন তমলিবা ছাত্র মশিংসি লাক্ষ ১ লিশিং ৪০ রোমনি। মখোয়গী মনুংদা ছাত্র লিশিং ৫৫ রোমনা বোর্দিংদা লৈবগী খুদোংচাবা ফংলি। হৌজিক হৌজিক ওইরিবা প্রোফেসারগী মশিংনা লিশিং ৮,৮০০ নি।

শিক্ষাগীদমক্তা শেল কাইথোকপসি রিভোলুসন মমাংদদি হায়বদি ইংশোক ১৯৫৮ দদি দোল্লর মিলিয়ন ১৪ নি। ছাত্র অম-মমগী ওইনা য়েংলুরগনা কাইথোক্লিবা শেনফমসি দোল্লার ১১ দনি। ইংশোক ১৯৭৮ গী বজেততদি দোল্লার মিলিয়ন অমা হেন্না কাই-থোক্তুনা মহৈ মশিং তমলিবা ছাত্র অমমমদা দোল্লার ১১০ গী মথক্তা খরচ তৌরি। অসুম্না কন্না হোৎনবদগী ঙসিদি কিউবাসি ইউনেসকোনা য়োগে হায়না লেপপ্রবা পান্দম হায়বদি স্কুল তম্বা য়াবা অঙাং খুদিংমকপু মহৈ মশিং তম্বগী খুদোংচাবা পীবা

চাওখৎলকলিবা লৈবাকশিংগী মনুংদা অমা ওইরে। অসুম্না কিউবাগী রিভোলুশন্নরী সরকারসিনা অঙাংশিং, নহারোলশিং অমদি শিল্পী-শিংগী মহৈ মশিং তম্বগী থাক য়াম্না ৱাংখৎহল্লে। লৈবাকসিগী খ্বাইদগী হেন্না মনুং চংশিনবা মফম ফাওবদা মহৈ মশিং তমনবগী খুদোংচাবা ফংহল্লে। লোইননা সেকেন্দরী অমদি অৱাংবা থাক্কী মহৈ তমলিবা ছাত্রশিংদা স্কোলারসিপনচিংবা পীতুনা খুদোংচাবা কয়া ফংহল্লে। ইউনিভর্সিটিগী নিয়ম নোৗহৈননা শেমদোকতুনা অৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্বা য়াবগী মশিং হেঙ্গৎহল্লে অমদি শিল্পীশিংসু মখোয়না তমনিংবা মখলগী মহৈ তম্বা য়াবগী খুদোংচাবা ফংহল্লে।

নেসনেল ইজুকেসন সিষ্টেমগী মখাদা ছাত্রশিংগী চহী অমদি পীথোরকপা মগুনগী মতুংইন্না শিনফমগা কোন্নবা মহৈ তম্বীবগী থবক চৎনরি। অতুবু তোঙান তোঙানবা শিনফমদা চংতুনা লৈবাকসিদা অফবা অওনবা কয়া পুরকনবা লৈবাকসিগী কাচিন কোয়া শিনবা থুংনা মহৈ তমফমশংশিং লিংখরে।

কিউবাদা চৎথরিবা মহৈ মশিং তম্বীবগী মওং অসিনা তংশংন-মক উৎলি মতুদি লৈবাক অমগী চাওখৎ থোৗরাংশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মরুওইবা অমা ওইরিবা প্রজাশিংবু লাইরিক্কী মঙাল ফংহনবা হায়-বসি লৈবাক্তুগী শেলথুমগী ফীভম অমদি সোসিয়েল কন্সট্রক্সনগী মখা পোল্লি। হায়রিবা ৱাফমসি কিউবাগী রিভোলুশন মমাংদা ওইরম্বা ফীভমগা হৌজিক্কী ওল্লকলিবা অসিগা চাংদমনতুনা য়েংলগা খংবা ঙমগনি। চহী চা কয়া কিউবাসি লোইলম শাসনগী মখাদা অহান-বদনা স্পেনগী, অকোনবদনা অমেরিকাগী লোইলম ওইনা লৈরম্মী। মরমসিদগী শিক্ষাগী থাক খুদিংমক্তা কিউবাগী প্রজাশিংবু মতম কুইনা নমথতুনা থম্বা য়ানবা মওংদা মহৈ তম্বীরম্মী। অমদি লৈবাক-তুগী লৈজরম্বা কলচরনচিংবা য়োকখৎনবা হোৎনরমদে। মথক্কী ফোরেন পৱারশিংসিনা মহৈ মশিং তম্বা অমদি কলচরগী লমদা

প্রজাশিংবু মপুং ফানা শোগৎলমদবগী মরমদি—অহানবদা মখোয়গী শাসন্দু মতম কুইথনা লৈথখিনবা অতুগা অনিশুবদনা লাইরিক্কি মঙাল মতিক চানা ফংগ্রবদি মখোয়না ওৎ নৈতুনা শুমতুনা চারিবা অতুগী মাইয়োক্ত প্রজাশিংনা হৌরককনি হায়না কিবদগীনি। অতুবু ১৯ শুবা শব্দাদি হৌরকপদগীদি কিউবাগী প্রজাশিংগী মরক্তসু খর হেন্না উশিনবা অমদি ব্রাখল খনবা মীওই য়াওরক্নুনা ওৎপী নৈবিরবা প্রজাশিংবু লমজিংনবা চোংথোরকখি। ফাদর ফিলিক্স ভারেলা, ফিলিপ পোইনচিংবা লময়ানবশিংসিনা মতমতুগী চাশিন্নদ্রবা শিক্ষা পথাপ অমদি সমাজগী তোঙান তোঙাব্ব লম কয়াদা শোথহৌরিবা অসিগী মাইয়োক্তা চোংথোরকখি। মখোয়শিংসিনা কন্না হোৎনতু-নসু প্রজাশিংগী ব্রাখলদা অওনবা পুরকপদা লাইনা থোকলমদে। অতুমকপু স্পেনগী শুপ্নম শাসনগী মখাদা লৈবদগীদি নানথোরকপা ঙমখি। মতুং তারকপদনা চৎলিবা শব্দাদিসি হৌরকপদগীনা ইং-শোক ১৯৫৯ গী কিউবান রিভোলুশন মাইপাকত্রিঙৈ ফাওবদি লমগী করাম চাওরবা অমেরিকানা লৈবাকসিগী মহৈ মশিং তম্বা অমদি কলচরগী লমদা মখোয়গী ইনফলুয়েন্স চংহননবা হোৎনরম্মী। অসুম তৌনা মখোয়না মখল মখাগী টেকটস শিজিন্নতুনা কিউবাগী কলচর অমদি শিক্ষাগী লমদা অমেরিকাগী মমি তাহন্নবা হোৎনখি। অতুগা অমেরিকাগী হুইরোই সরকারতুনসু চাশিন্নদ্রবা সিষ্টেমশিংসি হোংদোক্নবা হোৎনখিদে। চৎলিবা শব্দাদিসিগী ফাওরবা ইন্টে-লেকটুয়েল ইনরিক জোসি ভারোনানা কিউবাগী কলচর অমদি শিক্ষাগী পথাপসি নৌহৌনা শেমদোকনবা হোৎনখি। অতুবু ব্রাশিং-টনগী প্রেশরনা শেমদোকপগী মহুত্তা লৈবাক্কী ওইনা লৈজরকলবা ট্রেদিশন কয়াতুগী ওন্ন তৈনবা শকতম পীননবা হোৎনখি। মমথবা কয়াসি লৈতুনসু লৈবাক্তা অহোংবা পুরক্লবগীদমক্তা শিক্ষা অমদি কলচরগী লমদা নৌহৌনা শেমদোকপগী তঙাই ফদবতু প্রজাশিংনা

খংনবা হৌরকখি। অমদি কমঃ ফিদেল কাষ্ট্রোগী লুচিং মখাদা ইং ১৯৫৯ দা রিভোলুশনদা মাইপাক্কুনা লোইলম শাসননা শাগৎলম্বা পথাপ কয়াবু নৌহৌনা শেমদোক্লুনা হৌজিক্কী মতমগা চাশিন্নরবা শিক্ষা পথাপ পুরকখি। মসিগী অহানবা খোংথাং ওইনা কিউবাগী প্রজা সেক্সন খুদিংমক্কা মহৈ মশিং তমনবগী তাঞ্জা পীখি। হায়বদি তেল্লবা মতমগী মন্নুংদা লাইরিক লাইশু হৈতবগী সমাস্যা অসি মরু ফংনা ফুক্কত্তুনা মমাংদা পাল্লবা সরকারশিংনা ঙমখিদ্রবা থবক-সিদা মাইপাকপা পুরকখি। "মহৈ মরোং য়াম্না হুনগে হায়রবদি লম য়াম্না দরকার ওইবত্তুগুম্না লৈবাক অমা চাওখৎহনগে হায়রবদি মীপুম তিংনা মহৈ মশিং হৈহনদবা য়াদ্রে" হায়বসি কিউবাগী রিভোলুশনরী সরকারসিনা ময়েক শেংনা খংখি। ইংশোক ১৯৬১গী লিটরেসি কেমপেনগী য়াম্না ঙকনিংঙাই ওইরবা থৌবাংসি শিক্ষাগী লমদা য়াম্না খংহৈরবা মীওইশিংনা ফাওবা লৌশিনবদা ব্রানা থোকখি। অসিগুম্লবা লিটরেসি কেমপেনসিদা মীপুম খুদিংমক্না মানা মানা ঙমবা মতেং পীনত্নুনা তেল্লবা চহী অমগী মন্নুংদা কিউবাদা লাইরিক হৈতবা মরু ফংনা মুৎথংখি। মসি তুংগী মীরোল্লদি চুম্নতগী মাইপাকপ্রবা একাদমিক টাক্স অমা ওইনা লৌররোই, মখোয়দদি মসি লাম্বা লৈত্রবা অমদি ইতিহাসিক ওইরবা কলচরেল ইভেন্ট অমা ওইরগনি। অসিগুম্বা লৈবাক্কী ওইবা থৌরাং অসি মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা লৈত্রবা মাল্লবা খুন্নাইগী লিচৎ চৎপা সোসিয়েলিস্ট লৈবাক্কদা ওইথোক্কনি। লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা কোকহনগ্রবা মতুংদা কিউবাগী নহা—অহল, নুপী অঙাং পুন্দুনা লৈবাকসি হেন্না মপাঙ্গল কনথৎনবগীদমক্তা মানা মানা হৈনবা শিনফমদা চংত্নুনা পোৎথোক হেন্না পুথোক্লবা লোইননা ইনৌ নৌবা সমাজ অমা শেমগত্তুনা তুংদা লাক্কদৌরিবা মীরোলদা অনৌবা মপোক অমা পীননবা হোৎনরি। হোংলকলিবা কয়াসি কিউবাগী

রিভোলুশনরী লিদরশিংগী হনবা লৈতবা থৌনা, লিংজেল, খাংবা কনবা অমদি অওনবা পুরকপদা অচেৎপা থাজবদগীনি। অস্নুন্না চহী অমতগী মন্নুংদা মীপুম তিংনা লাইরিক্কী মঙাল ফংহনবসি অমেরিকান হেমিসফিয়ারদা কিউবানা অহানবনি।

কিউবাগী মিনিষ্ট্রি ওফ ইতুকেশননা শিক্ষাগী পথাপ শেমদোকপা মতমদা শিক্ষাগা মরি লৈনবা লম খুদিংমক্তা অওনবা অমা পুরক্কবগীদমক্তা মাক্সিজম—লেনিনিজমদা বেজ তৌবা মহৈ তম্বীবগী নিতি নিয়ম কয়াতু থবক্তা পানশিন্নবা হোৎনখি। মতুগী মতুং ইন্না শিক্ষাগী থাক খুদিংমক্কী করিকুলম অমদি ইতুকেশনেল প্রোগ্রাম, টেক্স বুকশিং, টিচিং এদস, অতৈ দরকার ওইবা পোৎচৈ লোইননা স্কুল ওর্গেনাইজেশন হেন্না ফগৎনবা শিনখি। মসিগী ফল ওইনা মহৈ মশিং তম্নবগীদমক্তা পাইখৎপা থৌরাংশিং য়াম্না চাওনা মাইপাকখি অমদি লৈবাক্কী পোত্থোক হেঙ্গৎহনবদা অচোবা মতেং অমা ওইখি। মহৈ মশিং তম্বীবগী লমদা কিউবানা অচোবা মাইপাকপা অমা পুরকপা ঙমখ্রিবসি মখোয়গী মহৈ তম্বীবগী নমুনা হায়বদি ইতুকেশনগী লমদা খংহৈরবা টেকনিসিয়ানশিংগা মহৈ তম্বীরিবা ওঝাশিং অমদি ছাত্রশিংগগী মরক্তা তোইনা তাথোক তাশিন তৌতুনা কদাইদা করি শোইরিবগে হায়বনচিংবা থিজিন্নবা অমস্তুং শেমদোক্নবা হোৎনবগী মপান্ননি। কিউবাগী ইহান হানবা নেশনেল কংগ্রেস ওফ ইতুকেশন এন্দ কলচর ইংশোক ১৯৭১ গী এপ্রিল তাং ২৩ দগী ৩০ ফাওবা হবানা সহরদা ফমখি। মীফমতুদা লমসিদা খংহৈরবা মীওই কয়ানা য়াম্না মরিক চুন্না, অথিংবা য়াওদনা মখোয় মখোয়গী মত ফোংদোকনখি লোইননা কিউবাগী ইতুকেসনেল, কলচরেল অমদি সাইন্টিফিক ৱার্করস ইউনিয়ন শেমনবগী লম য়াংখি। হায়রিবা ইউনিয়ন অসিনা লম অহুমসিগী মরি ফগৎনবা অমদি সরকারগা নকশিন্নবা মরি থম্নবা হোৎনৈ। অস্নুন্না কিউবাদা

অচৌবা অওনবা অমা পুরক্নবা হোংনবসিদা ইত্নকেশনেল ব্নার্করশিং অমদি মখোয়দগী কান্নবা ফংলিবা মীওইশিংনা মরুওইবা থৌদাং য়ারি। মসি ওইথোক্নবা শিল্লিবসি রিভোলুশনরী সরকারসিনা টেক্নিকেল অমদি প্রোফেসনেল ইত্নকেশনগী লমদা থুমাং চাওশিন্নবা হোংনবননি। অত্নবু পুন্নমকসি ওইথোক্নবা শিনবদা থুদাংথিবা কয়া মাইয়োক্নখিদবা নত্তে হায়বদি দরকার ওইবা থুদিংমক— মহৈ তম্বীনবা ওঝাশিং, স্কুলশংশিং; তম্বীবদা চংবা থুজু থুংলাইশিং অমদি মচাকশিং, সিলেবস, রুটিননচিংবা পুন্নমক নৌহৌননা শেম শাবা তাখি। অমস্নং প্রোফেশনেল অমদি টেক্নিকেল ইনস্টীটিউশন ৯৭ লিংখত্তুনা চলাইবা হৌখি। হায়রিবা প্রোফেসনেল অমদি টেক্নি-কেল ইনষ্টীটীউশনশিংসিগী তোঙান তোঙান মশাশিংদি—ইন্দষ্ট্রীয়েল ইত্নকেশন, এগ্রিকলচরেল এন্দ এনিমেল হজবেন্দরী ইত্নকেশন, ইকোনোমিক্স এন্দ ইন্দষ্ট্রি অসিনি। শম্না হায়রবদা কিউবান ইত্ন-কেশনসি মার্ক্সকী ব্নাখল্লোন অমদি জোসি মারটীগী অশানবা মিৎয়েং অনিসি পুনশিন্দুনা টেক্নিকেল অমদি প্রোফেশনেল ইত্নকেশনদা লাইরিক্না ইরোইননা থবক্কী শিক্ষা পীবনি। মরমসিনা কিউবাগী ফেক্তরী, প্লানটেশন অমদি ইণ্টরপ্রাইজ কয়া লৈরিবসিগা শিক্ষাগা অচেৎপা মরি থম্মী।

রিভোলুশন মতুংদা কিউবাগী মহৈ মশিং তম্বগী লমদা কয়া য়াম্না চাওখৎলবগে হায়বসি লৈবাকসিগী তোঙান তোঙানবা ইনষ্টী-টিউশনশিং হায়বদি ইন্দষ্ট্রিয়েল, এগ্রিকলচরেল, এনিমেল হজবেন্দ-রি, পোলিটেক্নিকেল, ইকোনোমিক্স অমদি মেনেজমেণ্টতা মিং চন্দুনা মহৈ মশিং তম্নিবশিংগী মশিং হেন্গৎলকপসিদগী খংবা ঙমই। ই শোক ১৯৭১-৭২ দা ছাত্র ৩০,৫২৯ ওইরম্বত্নুনা ইংশোক ১৯৭৫-৭৬ তা ছাত্র ৫৭,৯৪৯ ওইরকখি। অস্নুম্না তেনগ্রবা চহী খরসিগী মন্নুংদা হেন্গৎলকলিবা ছাত্রগী মশিংসি চাদা ৪৯.৯ নি।

অতুগা লৈবাকসিগী শিক্ষা পথাপসি লৌউ শিংউ অমদি কল কারখানা চাওখৎহনবগ য়াম্না নক্নবা মরি লৈনবা মরমনা ছাত্রশিংগী মশিংস্থু অস্থুম হেঙ্গৎলকখিগনি হায়না থাজৈ।

কমরেদ ফিদেল কাষ্ট্রোনা কিউবাদা শাগৎলিবা ইউনিভর্সিটি ইতুকেশনসিনা সোসিয়েলিস্ট রিভোলুশননা পুরকপা অওনবা কয়াতুগা চাশিন্নবা কন্না হোৎনরি। মসিনা তাকপদি অৱাংবা থাক্কী ইতুকেস্নেল ইনষ্টীটিউশনশিংগী থোদাংদা অহোংবা অমা পুরকপনি। মতম কুইনদগী হৌরতুনা মথৌনা ফবা, মরিংজেল লৈবা, অথাং কনবা, খংদ্রি উদ্রিবা কয়াবু থিজিননিংবগী ৱাখল চেনবা নহারোল পুথোরক্নবা লড়াই কয়া চৎথতুনস্থু ইংশোক ১৯৫৯ ফাওবদা ইউনিভর্সিটি ইতুকেশন্দা মমাংঙৈদগী চৎনরকলবা পথাপতগী অহোংবা পুরকপা ঙমলমদে। অতুবু কিউবান রিভোলুশন হেক লোইখিবগা সরকারনা পাইখৎখিবা খাইদগী অহানবা থৌরাংদি মীয়ামবু ইউনিভর্সিটিগী ইতুকেশন ফংহনবনি। মসি ঙইথোক্নবগী—দমক্তা রিভোলুসন মমাংগী সরকারনা থমলম্বা পল কয়া নমথেকপা তাাখ। মতমতুদদি ইউনিভর্সিটীদা মমিং চন্দুনা লাইরিক তমলিবশিংসি মরুওইনা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংশিংগী মচা মশু ঙাক্তা ওইনা তৌরম্মী। অমদি লাইরবা লৌমী শিন্মীশিংগীদমক্তদি মহৈ তম্নবগী তাঞ্জা পীরমদে। অতুবু হৌজিক্তি অৱৈ লৈত থিদনা মশা মশাগী বুধি লৌশিংগী মতুং ইন্না অৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্বা য়াহল্লে। অমস্থুং মহৈ মশিং তমনিংবা ছাত্রশিংগীদমক্তা ইউনিভর্সিটীগী থোং লাওনা হাংদোক্লুনা থমলে। অতুবু অস্থুক চাওরবা খোংথাং অসি চংশিনতুনস্থু লৌমী শিন্মী ১দি মথোয়গী মচা মশুশিংনা সহরদা লৈরিবা অৱাংব থাক্কী মহৈ তম্ফমশংশিংদা মহৈ মশিং তম্বদা খুদোংচাদবা কয়া মাইয়োক্নরম্মী। মরমস্দিদগী মীপুম তিংনা ইউনিভর্সিটীগী ইতুকেশনগী কান্নবা ফংহন্নবগীদমক্তা কিউবাগী অপুনবা টেরিটোরীসি

ইউনিভর্সিটী কেম্পস ওইরে অমদি তোঙান তোঙানবা ফেকলটী অমসুং লেবোরেটোরিনচিংবা লৈবাক শিনথুংনা লিংখত্তুনা শিন্মী খুদিংমক ছাত্র ওইনবা অত্তুগা ছাত্র খুদিংমক শিন্মী ওইননবা শিল্লে। অসিগুম্বা অনৌবা ইউনিভর্সিটিগী কনসেপ্টসিন। মহৈ মশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংজহৌদ্রবা শিন্মী লৌমীশিংবু জ্ঞান তানশিন্নবগী অমরোমদনা তোঙান তোঙানবা সিস্তুয়েশনদা মশানক য়াওবগী তাঞ্জা ফংদ্রিবা ছাত্রশিংসু মখোয়গী প্রোফেসনেল ট্রেনিংদা ইক্সপরিয়েন্স হেন্না তানশিন্নবগী খুদোংচাবা ফংহল্লে। অসুম তৌত্তুনা ইউনিভর্সিটী ইত্তুকেশন অসি অককনবা মফম অমতদা লেংদনা লৈবগী মহুত্তা মরি লৈনবা শিনফমগী ৱার্ক সেন্টরশিংগী মনাক্তা লিংখত্তুনা ছাত্রশিংনা মখোয় মখোয়না ক্লাসতা তমলিবা কয়াত্তু থবক্তা পানর্শিন্বা ঙমহল্লে। মসিনা মমাংগী লোইলম শাসনগী শিক্ষা পথাপন ক্লাসতা তমলিবা লাইরিক্কা পুন্সিগগী মবক্তা শরিনা খেন্নবা ওম্বা অত্তুগা ৱাখলগা খুৎকা খেন্নবত্তু কোকহনবা ঙমলে। অনৌবা লম্লেনসিনা লৌশিংগা থবক্কা অমদি লৌশিংগা পুন্সিগা অমত্তা ওইহনবা ঙমলে। লেংইননা খেন্নবা লৈতবা সমাজ অমা শেমগৎপা ঙমলে। কিউবাগী ইউনিভর্সিটিগী মথৌসি অৱাংবা থাক্কী মহৈত্তু ৱার্কসোপ, ফেক্তুরী অমদি প্লানটেশন য়োহনবা অত্তুগা থবক ওইনা পাইখৎলকপদা থেংনবা ইক্সপরিয়েন্স কয়াত্তু সাইন্টিফিক অমদি টেকনিকেল ইনভেষ্টীগেসন্দা শিজিন্ননবনি। খুদম ওইনা লৌউ শিংউ অমদি শা যন যোক থাকপগী লমদা শিক্ষা ফংলবা ছাত্রশিংনা মানা ফংঙকইবা জ্ঞানত্তু লৌবুক্তা অমদি ফার্মশিংদা চত্তুনা থবক্তা পানর্শিন্নবগী খুদোংচাবা ফংই অত্তুগা লৌমী শিন্মীশিংত্তুনসু হৌজিক্কী অনৌবা হেন্না ফবা মখলগী খুজু খুৎলাইশিংসি শিজিন্নবা তমত্তুনা পোৎথোক হেন্না পুথোকপা ঙমলে। মতাং চানা কমরেদ ফিদেল কাস্ট্রোনা কিউবানা মহৈ তম্বগী লমদা অহোংবা পুরকখিবগী মতাংদা মীয়ামদা থমখিবা

ৱাফমদি— ইউনিভর্সিটী ইতুকেশনগী স্কোপ পাক চাওথোকপনা হৌজিক্কী মতমগী অনৌ অনৌবা জ্ঞান তানশিনবদা পুন্সোং চাওশিন্বা ওনহল্লি। মরমসিনা অনৌ অনৌবা জ্ঞান তানশিন্নবা [illegible] মহৈ তমফমশংশিংদা মতিক চাবা ফেসিলিটী ফংহনগদবনি। হৌজিক হৌজিক কিউবাদা ইউনিভর্সিটি অহুম লিংহুনা তোঙান তোঙানবা লমদা অৱাংবা থাক্কী শিক্ষা ফংহননবা লোইননা থিজিন হুমজিনবগী থবক কয়া পাইখত্তুনা লৈবাক শিনথুংনা কান্নবা ফংহন্নব হোংনরি। পুম্নমক অসি রিভোলুশনরীগী ৱাখল চেনবা অমদি মিৎয়েং শান্না উবা ওন্নদগী থুদোংথিবা কয়া মাইক্রোক্লহনস্থ ওই-হল্লকপা ওমলিবনি। অহানবা হৌরকপদা তম্বীনবা ওবা অমদি টেকনিসিয়ানগী মশিং য়াম্না ৱাংপা, মতিক চাবা রিসোর্সনচিংবা লৈতবা কয়া অসি মাইক্রোক্রমস্থ লেনিম্না হায়রম্ব — "লৈবাক্কা প্রজা মীয়ামগী ওইবা অফবা অফনবা অমা পুরক্লবগী আশা কয়াদা হুংঙাইরবা মং মংবা হায়বসি রিভোলুশনরী অমগী তৌদ্রবা য়াত্রবা মথৌনি" হায়বত্থু মাংদা থমহুনা কমরেদ ফিদেল কাস্ত্রোনা হনবা লৈতনা চংশিনখি।

অসিগুম্বা রিভোলুশনরীগী ৱাখল্লোনশিংগা লোইননা ইউনিভর্সিটি লিংখৎতুনা ছাত্রশিংবু শিল্পী অমুগা শিল্পীশিংবু ছাত্র ওই-হন্দুনা অনৌবা কিউবা অমা শেমগৎপদা দরকার ওইবা কয়াসি প্রজাশিংবু মতিক চানা মহৈ মশিং হৈহল্লবতদা ওইথোকনি হায়বগী অচেৎপা থাজবগা লোইননা ইতিহাসিক ওইরবা থৌরাংসি পাইখৎখি। কমরেদ ফিদেল কাস্ট্রোগী মত্তা মান্নবা খুন্নাই অমা শাগৎকে হায়রবদি মহৈ মশিং তম্বীবগী থৌরাং খুদিংমকসি পুনথুং অমতদা য়োনবা চংশিনগদবনি। মসি ওইথোক্লবগীদমক্তা তমগদৌরিবা (সাইন্টিফিক কনটেন্টকী) মরুওইবা মচাক্কী মাংহন্দনা শিক্ষা ফংলবা মীওইনা মখোয় মখোয়না খংলু হৈক্লরিবা কয়াত্থু রিভোলুশননা

য়োগে তাল্লিবা পনথুংলোমদা চংশিনবদা অমনা অমবু মতেং পাংননবা শিনগদবনি।

ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা কিউবাগী রিভোলুশনরী সরকারসিনা শিক্ষাগী লমদা খ্বাইদগী হেন্না হেন্দোক থোইদোকপা থৌরাং অমা পাইখৎখি মতুংদি খুঙ্গং শিনথুংনা সেকেন্দরী স্কুল ১,৫০০ লিংখৎতুনা ছাত্রশিংবু ক্লাসতা মহৈ তম্বতা নত্তনা মখোয়গী স্কুলগী অকোইবদা লৈবা লৌবুকশিংদা থবক শুত্নুনা লৈবাক্কী পোৎথোক হেঙ্গংহনবদা মতেং পাংনবা শিনখি। থৌরাং অসি অম্বক্কী মতিক চাওনা মাইপাকখি মতুংদি ছাত্রশিংনা নেচরেল সরাউন্দিংদা লৈতুনা অংশংবা পুন্সি মশক খংবা ঙমখি অমদি অসিগুম্বা সেকেন্দরী স্কুল অমমমদা তমলিবা ছাত্র ছাত্রী চামঙাতুমক মখোয় মখোয়না তমলুরিবা লমদা মমুৎ তানা খংহৈবা ওইখি। মসিগী মরুওইবা মরমদি মার্ক্স, এঙ্গেলস অমদি লেনিন্না হায়রম্বা লৌশিং চাওখৎহনবগা, ফিজিকেল লেবরগা মরি লৈনহনবা লোইননা জোসি মার্টিনা পোৎথাবা লৈতনা মথক্কী পাওতাক অসিবু কিউবাগী প্রজাশিংদা শন্দোকখিবতু রিভোলুশনরী সরকারসিনা থবক ওইনা পাইখৎখিবননি। অসিগুম্বা লৌশিং অমদি খুৎকী থবক্কা অনীগী মরক্তা খেন্নবা থমদবসি মান্নবা খুন্নাই চৎলবা লৈবাক্তদা ওইথোকই। কার্ল মার্ক্সনা মতম অমদা হায়রম্বা— কাংলুপকী লড়াই হায়বসি শুমতুনা চাবা পামলিবা মীওইশিংনা শু নোমতুনা চারিবা কাংবুবু মী ওইনা খন্দবা অমদি মরনাই কান্নবতা য়েংবদগী থোকপনি, অতুনা শু-নোমতুনা চারিবা মীয়ামবু লাইরিক্কী মঙাল ফংহনবা হায়বসি মান্নবা খুন্নাই পুরক্কবগীদমক্তা ইহান হানবা খোংথাং ওইগদবনি হায়বতু কিউবাগী রিভোলুশনরী সরকারসিনা থবক্তা পানশিনখ্রে। অম্সুম্না মখোংদগী শেমদোক্কুনা মান্নবা খুন্নাই অমা শাগৎলবতদা মীয়ামগী কান্নবা মওংদা য়াংথোকলবা ইউনিভর্সেল ইডুকেশন ফংহনবা ঙমগনি।

হায়রিবা ইউনিভর্সেল ইড়ুকেশনসিনা পীনিংলিবা পনথুংদি চহী নৌরিবা অঙাংশিং অমদি নহারোলশিংবু স্কুলগী কম্পাউন্দ মনুংদা ফাজিন্দুনা পুন্সিদগী তোঙান্না পুথোকপগী মহুত্তা সমাজ অমা পান্বদা চংদ্রবা য়াদ্রবা মচাক কয়াতুগা ইরোইনহন্দুনা মহৈ মশিং তম্বীবনি। মসিনা ছাত্রশিংদা নিংথা তম্না, নিতি নিয়ম চুন্না অমদি অনৌ অনৌবা রাখল্লোন পুথোরক্লবগী খুদোংচাবা পী। কমরেদ ফিদেল কাষ্ট্রোগী লমজিং মখাদা ঙসিদি কিউবাসি লাইরিক হৈতবগী সমাস্যা কোকপ্রবা লোইননা মহৈ মশিং তম্বনা পুরকপা অঙনবা কয়া অনৌ অনৌবা কল কারখানা কয়ানা পোংথোক পুথোকপগী চাং হেঙ্গৎলবা অমদি শেলথুমগী ফীভম ফগৎলবা লৈবাক অমা ওইরে। মতম অমদা স্পেনগী লোইলম শাসন মখাদা মীওইবা জাতীগী খ্বাইদগী হেন্না চাঙরবা য়েক্লবা "অপংবা" হায়বসিনা খুত্থম চনশিল্লমলবা প্রজাশিংবু কিউবাগী রিভোলুশনরী সরকারসিনা লাইরিক্কী মঙাল ফংহল্লে লোইননা কিউবাগী চাঙখৎ খোংথাংদা প্রজা মীয়ামবু চপ মান্ননা শরুক য়াবা ঙমহল্লে।

## ফিজিকেল ইডুকেশনগী লমদা

শান্ন খোৎনবগী লমদসু কিউবাসি য়ান্না মমিং লৈরবা লৈবাক অমা ওইরে। ইংশোক ১৯৩৮ দগী শান্নবা হৌরকখিবা ৱার্ল্দ বেজবোল চেম্পিয়নসিপ অসি ঙসি ফাওবদা ৩৮ লক শান্নপ্রে। অসুম্না পৃথিবীগী ওইনা শান্নরকপা সিবিজসিদা কিউবানা ইটালিদা শান্নখিবা অতু থারগা ১৩ রক চেম্পীয়নসিপ ফংপ্রে। মসিগী মথক্তা কিউবানা পান অমেরিকান, সেন্ট্রেল অমেরিকান অমদি ৱার্ল্দ জুনিয়র টাইটলসু ফংলে।

বোক্সিংদসু পৃথিবী শিলথুংনা মমিং লৈরবা কিদ চেকোলেটনি, ফিদর ৱেইটতা পৃথিবীগী ওইনা থ্বাইদগী অফবা তরা থনলকপগী মনুং চল্লি। অতুগা হেভীৱেইটতনা পৃথিবীগী ওইনা মমিং লৈরিবসি

কিউবাগী টিওফিলো ষ্টেভেনসননি। অস্থুম্না বোক্সিংগী লমদা কিউ-বানা ওলেম্পিক্কী টীম চেম্পীওনসিপ খনবদা অনিশুবা পোজিসন তাখি। ইংশোক ১৯৭৮ গী মে থাদা ইউগোশ্লোভিয়াগী কোন্নুং বেলগ্রেটতা পাংথোকখিবা ৱার্লদ বোক্সিং চেম্পীওনসিপতা কিউবাগী শান্নরোইশিংনা গ্রুপ টাইটল ফংখি।

শান্ন খোংনবগী লমদা কিউবানা মমিং লৈরকখিবসি মরুওইনা রিভোলুসন মতুংদা ইংশোক ১৯৬১ দা জাং, কুচু, ধর্ম্ম অমদি মুপা মুপীগী খেন্নবনচিংবা অমতা থমদনা জাতীগী ওইবা স্পোর্ট মুভমেণ্ট অমা হৌরকখিবদগীনি। রিভোলুসন মমাং হায়বদি ইংশোক ১৯৫৮ দদি কিউবাগী স্পোর্টসকীদমক কাইথোকপা বজেটসি পিসো (কিউবাগী পৈশা) মিলিয়ন অমতমক ওইরম্মী। অতুবু রিভোলুসন মাইপাকখিবগা লোইননা স্পোর্টসকীদমক কাইথোকপা শেলফমস্থু য়াম্না হেঙ্গংলে। হৌজিক হৌজিকমক স্পোর্টস চাওখৎনবগীদমক, ফিজিকেল ইতুকেসনগী অমদি রিক্রিয়েসনগীদমক পুন্না কাইথোক-লিবা শেলফমসি পিসো মিলিয়ন ৪,০০০ নি।

ইংশোক ১৯৭১ দা কিউবাগী শান্নরোই পেদ্রো পেরেজ তুই-নাজনা ট্রিপল জম্পতা পৃথিবীগী রেকোর্ড থম্বা ঙমখি। মসিগী মমাং-দনা ইংশোক ১৯৬১ গী টোকিও ওলেম্পীকসতা কিউবাগী ইনরিক ফিগুই রোলানা এথলেটিক্সতা সনাগী মেদল ফংখি। পৃথিবীগী ওইনা রেকোর্ড থম্বা ঙম্বা কিউবাগী মমিং পনবা য়াবা শান্নরোই খরদি এথলেটিক্সতা সিলভিও লিওনার্ড, হুরদলদা ওলেম্পীক রেকোর্ড থমখিবা এজান্দ্রো কাসনিসি, মিটর ৪০০ অমদি ৮০০ দা ওলেম্পীক অমদি ৱার্ল্দ চেম্পীওন তাখিবা এলবটচী জুরানটোরেনা অতুগা ৱেইটলিফ্টিংগী দেনিয়েল পুনেজ অমস্থুং রোবর্টো উরুটিয়াগী মমিং পনবা য়াই। মসিদস্থু নত্তনা অতৈ মখলগী শান্নবদস্থু কিউবাসি পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংগা লম্বা পাবা য়াৱকলে। অস্থুম্না

ইংশোক ১৯৭৮ দা মোস্কোদা পাংথোকখিবা ৱার্লদ ভোলিবোল চেম্পীওনসিপ কিউবানা লৌখি অদুগা ওলেম্পীকতা অমদি নুপা গ্রুপকী ওইনা পৃথিবীগী অহুমশুবা পোজিসন ফংখি। জুদোদনা হেক্তর কেদ্রিগুয়েজনা ওলেম্পীকতা টাইটল লৌখি। অস্তুম তৌনা শক্তী লৈরবা অমেরিকানা নমথনবা হোৎন-হোৎননা কিউবানা চহী কুনগী মনাংদগী শান্ন খোৎনবগী লমদা মাগী য়েক্লবশিংদনা শিংনবা অদুগা মরুপ মপাং ওইবা লৈবাকশিংদনা পুক্নিং থৌগৎপগী ইহৌ পীবা ঙমলি।

মহৈ মশিং অমদি শান্ন খোৎনবগী হিরমদতা নত্তনা তোঙান তোঙানবা হিরম কয়াদা, লৌমী শিন্মী নুপী মীয়াম অমদি নহারোল মীয়ামগী স্বার্থ মপুং ফানা পুখৎপা ঙমগ্রবা কিউবানা লেটিন অমে-রিকা অমদি আফ্রিকাগী মন্নুংদা মান্নবা খুন্নাইগী লিচৎলোমদা নোংম নোংনগী চংশিল্লকনবা হোৎনবদা আমেরিকা অমদি চিনানা (চিল্লীগী পিনোচিতকী সরকারনচিংবা শোগৎতুনা অমদি মখল কয়াগী অওৎ অনৈ কয়ানা) অপনবা কয়া পিরবস্নু কিউবাগী চাওখৎ খোংথাং উরুরগা মান্নবা খুন্নাইগী লিচৎ থিংবা য়ারকত্রে।

এপ্রিল — ১৯৮০

# রিভোলুশনরী মঙ্গোলিয়াদা

## মহৈ মশিং তম্নগী থৌরাং

সোসিয়েলিস্ট লৈবাকশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা "মঙ্গোলিযান পিপলস রিপব্লিক" ইংশোক ১৯২১ দা মঙ্গোলিযান পিপলস রিভোলুশনরী পার্টিনা হৌখিবা রিভোলুশন মাইপাকপ্রবা মতুংদা শেমখি। রিভোলুশন মতুংদা মহৈ মশিং তম্বা অমদি শেল থুমগী লমদা খুদোংচাদবা কয়া থেংনখি। শম্না হায়রবদা লাইরিক তমফমশং, অনা লাইযেংশং অমদি লমশিংসিদা খংহৈরবা মীওইগী মশিং য়ামলমদে। অদুবু মঙ্গোলিযান পিপলস রিভোলুশনরী পার্টিনা অহনবা লৈতনা হোৎনবদগী শেলথুম, সমাজগী অমদি অতৈ লম কয়াদা শোৎথরম্বা কযাদু মেনখৎতুন। মঙ্গোলিযাগী প্রজাশিংদা অনৌবা মপোক অমা পীখি। ইংশোক ১৯২৩–২৪ দা "উবগা", "উলয়াছুটাই", "কুবডো" অমসুং "অলটান-বুলাক" তা ইহান হানবা ওইনা ইলিমেণ্টরি স্কুলশিং লিংখৎখি। ছাত্রশিংবু মমালোন্দা লাইরিক তম্বীনবা শিল্লম্মী। মান্নবা খুন্নাইগী রাখল্লোন মপুংফানা য়োকখৎতুনা অরাট অঙাংশিংসু স্কুলশিং অসিদা তমহল্লম্মী। অহান-বদদি অরাটশিংগী মরক্তা মচাশিংবু স্কুলদা থাদুনা লাইবিক তমহম্বগী মহুত্তা যুমগী থবক ইনখাংদা য়াওহনবনা হেন্না পামলম্মী। অদুগা ধর্মগী লুচিংবশিংনসু অরাটশিংবু মহৈ মশিং হৈহনবা পামলমদে। অদুবু লাইরিক লাইশু তম্বনা পুরকপা অহোংবা কয়া— লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংদা মীয়াম্না শরুক য়াবা ঙমলকপা অমদি পুন্সিগী অশেংবা মশক খংলকপদগীদি অরাটশিং ফাওবনা মখোয়গী মচা মগুশিংগু স্কুলশিংদা মমিং চন্দুনা তমহনবা হৌরকলম্মী। অগুম্না

শু-নোমতুনা চারিবা কাংবুশিংনা মঙ্গোলিয়ান পিপলস রিভোলুশ-নরী পার্টিনা মীয়ামগীদমক্তা পাইখৎলকলিবা থৌরাংশিংতুগী কান্নবা খংলক্তুনা মতম কুইনা শুপ্পম শাসনগী মখাদা য়াম্না হন্থনা বুধি লৌশিং চাওখত্তুনা লৈরমবদুদগী অনৌবা মপোক অমা পোকখি। অস্নুম্না প্রজা মীয়াম মরুওইনা অমুক্তা হেন্না নমথবীরম্লবা অরাটশিং ফাওবনা মহৈ মশিং তম্বা হায়বসি মীপুম খুদিংমক্কী হিংবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা অমনি হায়বসি খংনরক্তুনা ইংশোক ১৯৩০ দগী ১৯৩৯ ফাওবগী মনুংদা মথোয় মশা মশানা থাইগৎচবা শেলফমনা স্কুলশংশিং লিংখৎনিংবগী ফিরেপতু পার্টিনা শোগৎতুনা মথংগী চহী খরগী মনুংদা মঙ্গোলিয়াদা স্কুলশং ২৫০ লিংখৎখি অমদি মঙ্গোলিয়ান পিপলস রিপব্লিক্কী প্রজাশিংনা ডেমোক্রেসিগী চৎনলোন কয়াবু খংলকতুনা লৈবাক মচা তাবা হৌরকখি। প্রজাশিংদা হোংলকলিবা অওনবা বয়াসিদগী পার্টিনস্থু মথোয়না পাইখৎলিবা থৌরাংসি চাওনা মাই-পাকলে খংবা ঙমখি। ইংশোক ১৯২৪ হায়বদি রিভোলুশন মাই-পাকপগী অহানবা চহী খরতুদা মঙ্গোলিয়াদা সুপ্পতগী স্কুলশং ১৬ তং লৈরম্বতু ইংশোক ১৯৪০ হৌগৎলকপদদি স্কুলশং ৩৩৮ লৈরকখি। স্কুলশিংগী মনুংদা ৩৩১ দনা জেনেরেল ইডুকেশন পী অতুগা লেম-হৌরিবা স্কুল তরেৎতুনা প্রোফেশনেল অমদি টেকনিকেলগী লমদা ট্রেনিং ফংহনবগীদদক্তা ছাত্রশিংদা দরকার ওইবা ফন্দামেণ্টেল নোলেজ তম্বীফমনি। ইংশোক ১৯৬০ হৌরকপদা মঙ্গোলিয়াগী স্কুলশিংসি চাদা ২৬ ৬ তা হেঙ্গংলকখি অতুগা স্কুলদা মমিং চন্দূনা তম্বা ছাত্রগী মশিংনা ইংশোক ১৯৪০ দা ওইরম্বতুদগী শরুক মরি হেঙ্গংলকখি। লোইননা ইংশোক ১৯৬১ দদি স্কুলদা লাইরিক তম্বা য়ারবা অঙাং খুদিংমক লাইরিক তমহল্লম্মী। মঙ্গোলিয়াগী সহরগী লমশিংদনা চহী তরেৎকী কম্পলসরী ইডুকেশন আইননা পাস তৌতুনা নিয়ম ওইনা চৎনহল্লম্মী অতুগা খুঙ্গংগী লমশিংদনা ইউনিভর্সিয়েল কম্পলশরী ইলিমেণ্টরী ইডুকেশন চৎনহনখি।

রিভোলুসন মমাংদা লাইরিক লাইশু তম্নবগী খুদোংচাবা ফংহৌদ্রবা অহল ওইরবা মীওইশিংগীদমক্তসু নুমিদাংগী স্কুল লিংখৎতুনা ময়েক চৎননবা রিভোলুশনরী সবকাবসিনা শিনখি। ইংশোক ১৯৬০ দা হায়রিবা নুমিদাংগী স্কুলশিং অসিদা তমতুনা লাইরিক্কী মঙাল ফংলকপা মীওইগী মশিংসি ইংশোক ১৯৫৮ গা চাংদম্নতুনা য়েংবদা চাদা ২২.১ গী চাংদা অতুগা স্কুলগী মশিংনা চাদা ১৪.৪ গী চাংদা হেঙ্গৎলকখি। স্কুলশিং অসিদা ওঝা ওইবিবশিংসি মানা মানা তম্বীগদৌরিবা বিষযশিংদা মমুৎ তানা খংহৈরবা ওাক্তনি। অতুগা মমালোন্দা লাইরিক তম্বীনবগীদমক্তা সরকাবনা মী অমনা হিংবদা চংদবা অমদি খংদবা য়াদবা হীরম কযামুক যাওববা টেক্স বুকশিং যাম্না সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা নমথোকতুনা ছাত্রশিংদা ফংহল্লি। ছাত্রশিংদা মকওইনা তম্বীবিবা বিষযশিংদি মখোয়গী লৈবাক্কী ইতিহাস, ভুগোল, লোন অমসুং সাহিত্য অমদি প্রকৃতিগা মরি লৈনবশিংনি। মঙ্গোলিযাগী শিক্ষাগী লমদা খংহৈরবা মীওইশিংনা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা প্রোগ্রাম অমা য়াৎথোক্তুন। লাইরিক তম্বগী থাকশি অহুম থোক্লা থাইদোকতুনা— ইলিমেন্টরী স্কুলগী থাক্তনা চহী মরি, জুনিয়র সেকেন্দরীনা চহী অহুম অতুগা সেনিয়র সেকেন্দরীসু চহী অহুম পুন্না চহী তবাগী স্কুল ইতুকেশন শেমগ্রে। জুনিয়র সেকেন্দরী স্কুল পাস তৌববা ছাত্রশিংনা সেনিয়ব সেকেন্দরী স্কুলশিংদা মমিং চন্দুনা জেনেরেল কোর্স তমথবা য়াই নত্রগনা স্পেসিয়েল সেকেন্দরী স্কুলশিংদা চহী অহুমগী প্রোফেসনেল ট্রেনিং কোর্সদা চংতুনা জুনিয়র স্প্রেসিয়েলিস্ট ওইনা থোরকপসু য়াই। সেনিয়র সেকেন্দরী স্কুলগী তরাশুবা গ্রেদ পাস তৌরবা ছাত্রশিংনা অরাংবা থাক্কী মহৈ তমফমশংদা মিং চন্দুনা চহী ৪/৫ গী ট্রেনিং কোর্স তৌথোকপসু য়াই।

মথক্কী ট্রেনিং কোর্সশিং অসি লোইরবা মতুংদা ছাত্রশিংনা লৈবাক্কী পোৎথোক হেঙ্গৎনবা অমদি শেলথুমগী ফীভম ফগৎনবা

মরি লৈনবা শিনফমশিংদা থবক তৌই। রিভোলুশন হেক লোই-রকপা মতুংদা মঙ্গোলিয়াদা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাংগীদমক লম কয়াগী স্পেসিয়েলিস্ট হায়বদি— লৈঙাকলোনগী, শেলথুমগী, পার্টি শাগৎনবগী অমদি মিলিটরী স্পেসিয়েলিষ্ট অমতা লৈরমদে। অল্লাংপা কয়াসিবু মতম খরতগী মন্নুংদা ওইথোক্লবগীদমক্ত সোভিয়েট স্পেসিয়েলিস্টশিংগী মখাদা অতেনবা অমসুং অশাংবা মতমগী ট্রেনিং কোর্সশিং পীননবা শিনখি। ট্রেনিংশিং অসি রসিয়াগী সহর কয়াদা অমদি মঙ্গোলিয়াগী কোন্নুং উলান বাতোরদা পাংথোকখি। মখা তাবদা স্পেসিয়েলিষ্ট মশিং হেন্না পুথোক্লবগীদমক্তা সোভিয়েট রশিয়াদা অমদি মরুপ মপাং শান্নবা লৈবাক কয়াদা মঙ্গোলিয়াগী মীওই কয়া ট্রেনিং ফংননবা থবক পাইখৎখি। মঙ্গোলিয়াদসু চহী ৩/৩ গী কোর্সশিংদা ভোকেশনেল সেকেন্দরী স্কুল লিংখৎতুনা টেকনিসিয়ান মশিং য়াম্না পুথোকখি। অসুম্না ইংশোক ১৯৬৫ দদি ইংশোক ১৯৬০ দা লৈরম্বা টেকনিসিয়ান মশিংগী চাদা ৮ গী চাংদা হেঙ্গৎলকখি। সেনিয়র স্পেসিয়েলিস্টশিংবুনা হায়র পার্টি স্কুলশিংদা ট্রেনিং পীখি। ইংশোক ১৯৪০ দা মঙ্গোলিয়াদা পেদাগোজিকেল ইনষ্টীটিউট লিংখৎখি লোইননা ইংশোক ১৯৪২ দা মঙ্গোলিয়ান ষ্টেট ইউনিভর্সিটি লিংখৎখি। মথংগী চহী খরদা এগ্রিকলচরেল, ফাইনান্সিয়েল, ইকোনোমিক, ইড়ুকেসনেল অমদি মেডিকেল কলেজশিং লিংখৎখি। চহী মঙাগী মন্নুংদা হায়র সেকেন্দরী ইড়ুকেশন ফংলবা অমসুং স্পেসিয়েল সেকেন্দরীদগী ট্রেনিং লোইরবা স্পেসিয়েলিষ্ট ১৬,০০০ রোম পুথোকতুনা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাং কয়াদা শরুক য়াহনবা ঙমখি। অতুগা ইংশোক ১৯৬৫ দদি মঙ্গোলিয়ান পিপলস রিপব্লিক্কী ষ্টেটিসটিকেল দিপার্টমেণ্টনা ফোংবা চেরোলদা লৈবাকসিগী সেনিয়র অমদি জুনিয়র স্পেসিয়েলিষ্ট ২৯,৮০০ শুরে হায়না ফোংদোকপ্রে। অহুমশুবা চহী মঙাগী থৌরাং

লোইরকপদদি মঙ্গোলিয়াদা মহৈ মশিং তমলিবা ছাত্রশিংগী মশিংসি লিশিং তরাগী হিংদা পাবদা ফ্রান্সকী ছাত্রশিংগী শরুক অনিনি, ইটালিগীনা শরুক ২.৪ নি অতুগা টকিগী অতুগুম্বা শরুক ৬ ওইখি।

মঙ্গোলিয়ান পিপলস রিভোলুশনরী পার্টিনা প্রজাশিংগীদমক্তা হোৎনখিবা খ্বাইদগী শিংথাবা য়াবা থবক্তী লাইরিক লাইশু হৈহৌদ্রবা অহল লমনশিংবু পাক্তকননা মহৈ মশিং হৈহনবনি। অস্মুম্না পার্টিসিনা কন্না হোৎনরকপনা ইংশোক ১৯৪৭ তগী ইংশোক ১৯৫২ ফাওবগী মনুংদা মঙ্গোলিয়াগী অহল চামগী মনুংদা ৯৯ দি মখোয় মখোয়গী মমালোন্দা ইবা পাবা হৈখি। মখোয়বু লাইরিক তম্বীব-বসিদা "থি অ রস" হায়বদি ইবা, পাবা অমস্তুং অরাইবা অঙ্ক হৈহননবা হোৎনখি অমদি মঙ্গোলিয়াগী তোঙান তোঙানবা মফম-শিংদা লমদমশিংতুগা চাশিন্নগদবা মওংদা খেন্ন খেন্নবা খুত্তম্বী চত্থখি। লাইরিক হৈতবা কোকহনবগী থৌরাং অসিদা খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদাং লৌখিবশিংদি স্কুলশিং অমদি লাম্মীশিংনি। খুঙ্গংগী লমশিংদা লাইরিক হৈরবা মীওইশিংনা হৈহৌদ্রবা কাংবুবু তম্বীবদা চয়োল অমগী মনুংদা অনিরক্তী শরুক য়াবা তাবম্মী। অতুগা ছাত্র খুদিংমক্না মখোয় মখোয়গী অহাংবা মতমদা লাইরিক হৈহৌদ্রবশিংবু তম্বীরম্মী। লাইরিক হৈহৌদ্রবশিংবু হৈহনবগী খোংথাং অসি য়াংশিন্নবগীদমক্তা অহল লমনশিংবু মতৌ করম্না লাইরিক তম্বীগদগে হায়বা ট্রেনিং কোর্স অমা চয়োল অনী অমস্তুং মরিগী ওইনা হাংদোকখি। মীয়াম্না য়াম্না পানবা লাইরিকশিং অমস্তুং থাগী চেফোংনচিংবনা হায়রিবা খোংথাং অসি মাইপাকহল্লকপদা অচৌবা শরুক য়াখি। ইংশোক ১৯৬৮ হৌরকপদদি মঙ্গোলিয়াদা সেন্টরনা ফোংবা পাওগী চে ১২ অমস্তুং লোকেল লোকেলগী ওইবা চেফোং ১৯ লৈরকখি। অতৈ মরুওইবা চেফোংশিংদি সাইন্স, পোপুলার সাইন্স, পোলিটীকেল, টেকনিকেল অমস্তুং ফিকসননচিংবনি।

রিভোলুসন মমাংদদি মঙ্গোলিয়াদা মহৈ মশিং তম্বা অসি লৈবাক ঙাকলোনগী থবক পুবশিংগী মচা মশু (প্রিভিলেজ ক্লাস) লোইননা তুংগী ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক থোরমদা চংগদবা মীওইশিংগীদমক মোনাষ্ট্রিশিংদতা চৎথরম্মী। খুদম ওইনা "শাণ্ট স্কুল ওফ ফিলোসোফি", "জুরখাইন ডতসান স্কুল ওফ এষ্ট্রোলোজি", "এসকানারিন ডতসান স্কুল ওফ মেডিসিন" অমস্যুং "ঈথিন সনবম সাইলোগ্রাফিক পব্লিশিং হাউস" নচিংবা অসি "উরগা" অমস্যুং অতৈ মোনাষ্ট্রিশিংদতা লৈরম্মী। সেকুলার ইত্থকেশনগী মমিংদা মঙ্গোলিয়াগী লোন মেন তানা হৈবা অমস্যুং সাহিত্য খংবা হায়বসি মরুওইনা লৈঙাক চুপ্পি পাইবশিংতনা ওইরম্মী। মতম অত্থদদি মীচম প্রজাশিংনা লাইরিক ময়েক চৎপদি লাইরত্থনা মসি তমগদবনি হায়বা ফাওবা খংলমদে। অত্থবু রিভোলুশন মতুংদদি লৈবাকসিগী কলচর য়োকখৎনবগীদমক্তা মীওই টিম অমা শেমত্থনা মঙ্গোলিয়াগী ইতিহাস খোমজিন্দুনা লেংশিনবা, লোন অমস্যুং সাহিত্যগী হৌরকফম থিননবা হোৎনখি। লোইননা হৌজিক্কী মতমগী ওইবা সাইন্স অমদি টেকনোলোজিগী লাইরিক কয়া রশিয়ান, ফ্রেঞ্চ, ইষ্ট জর্ম্মনীনচিংবা লোনশিংদগী মমালোন্দা হন্দোকনবা হোৎনখি। রশিয়াগী খংহৈরবা সাইন্টিস্ট কয়াগী লনজিং মথাদা মঙ্গোলিয়াগী নহা ওইরিবা সাইন্টিষ্ট কয়া থোরকখি। নহা কয়া অমনা ইতিহাস, ভুগোল, লোন অমস্যুং সাহিত্য, জিওলোজি লোইননা মঙ্গোলিয়াগী ইকোনোমীবু কুপথনা থিজিন হুমজিনবা হৌরকখি। অত্থবু অখণ্ড অহৈশিংগী মরক্তা লান্না থাজবা মীওই খরা চোংথোক্লম্মী। মীওই খর অমনা হান্না লৈজরম্বা চৎনরোল কয়াত্থ শেমদোক্লুনা মতমসিগী হোংলকলিবা শকতমগা চাশিন্নবা হোৎনবা পামলম্মী অত্থগা অতোপ্পা খর অমনা হান্নগী অরিবা মতমগী চৎনরোল য়োকখৎপা পাম্বা ফোংদোকলম্মী। কাংলুপ অনিমক্কী ব্রাখলসি মীয়াম্না য়ানিংলমদে। মরমসিদগী

মীয়ামগী অপাম্বা মতুংইন্না হান্না লৈজরম্বা কলচরদা য়ুমফম ওইরগা হৌজিক্কী মতমগী ওইরকলিবা অহোংবা কয়াসিগা পুনশিন্নদুনা হেন্না মরিক চুমলবা কলচর অমা শেমগৎখ্রে। মসি ওইথোকখ্রিবসি মঙ্গোলিয়ান পিপলস রিভোলুশনরী পার্টিনা নেসনেলিজমদা য়ুমফম ওইবা কলচরদি মিৎয়েং খুই অমদি অতৈ চাওখৎপা জাতীশিংগী চাওখৎ খোংথাংদগী নাইতোম তাহৌই লোইননা লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংগী খোংজেল তপথহৌদুনা অতৈ লৈবাকশিংদগী শোৎথহৌই হায়বসি ময়েক শেংনা খংবদগীনি। অস্থুম্না কন্না হোৎনবদগী সাহিত্য অমস্তুং কলাগী লমদা মঙ্গোলিয়াসি অতৈ লৈবাকশিংগা থোং মান্ননা চাওখৎলকখি। সাহিত্যকার কয়ানা মরৈবাক নিংবা অমদি লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংদা য়ুমফম ওইবা শৈরেং, লিলা, ৱারী কয়া ইনরকখি। লোইননা মীয়ামবু মিৎ পাংহন্নরক্কুনা ইবা পাবা হৈত-বগী খুদোংথিবা কয়াবু মাইথিবা পীরবা চাকথুং ফিথুং মান্ননা হিংমিন্নবা মান্নবা থুন্নাইগী লিচৎ চৎলবা লৈবাক অমা ওইরে।

জুলাই — ১৯৮০

# হঙ্গেরিদা চহী ৱাইশিল্লবশিংবু

## লাইরিক ময়েক চৎহনখিবা

ইংশোক ১৯৭৬ কী ফেব্রুৱারী থাদা বুদাপেস্টকী কলচরেল সেণ্টর অমদা চহী ৩০ গী মমাংদা সরকারনা এডল্ট ইডুকেশন দিক্রি পাস তৌদুনা চৎনবা হৌখিবদুবু নিংশিংদুনা পালন তৌবগা লোই-ননা এডল্টশিংবু ইবা পাবা হৈহনবগা লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংগা মরি লৈনবদু মীয়ামদা উৎনবা হোৎনখি। ইংশোক ১৯৪৫ হায়বদি হঙ্গেরিনা নিংতম্বা ফংদ্রিঙৈদদি মমাংগী মীওৎ মীনৈ তৌবা সরকার অদুনা ইবা পাবা হৈহল্লমদে অদুগা হৈহেৎব্রবা চহী ৱাইশিল্লবা শিন্মীশিংগীদমক মহৈ তমননবা থৌরাং লৈরমদে। করিগুম্বা মখোয়গী মরক্তগী লাইরিক লাইশু হৈনিংবা য়াওরবদি প্রাইভেট ওইনা পরিক্ষা থাবা তারম্মী। অদুবু ইংশোক ১৯৪৬ দগীদি লৈকাইশিংদা এডল্ট ইডুকেশন চাং নাইনা চৎথবা হৌখ্রে। অহানবা হৌরকপা চহীদা শিন্মী ১,৭০০ লোম্না য়াম্না লায়বা মখলগী শিক্ষা হায়বদি ইবা পাবা হৈনবগীদমক্তা মমিং চল্লকখি। চহী অনিগী মতুংদদি অহল ৪৯,৪০০ লোম্না ইবা পাবা তম্নবগীদমক্তা মমিং চন্নরকতুনা কোর্সশিং অসিনা কান্নবা পীরিবদু ময়েক শেংনা খংনরকখি। কোর্সশিং অসিদা তম্বীরিবসি জেনেরেল স্কুলগী অহানবা ক্লাসতগী মরিশুবা থাক ফাও-বগী করিকুলমদা বেজ তৌদুনা শেম্বনি। অমদি কোর্সসিগী মরুওইবা উদেশ্যদি লাইরিক হৈতবা মুৎথৎপনি। ইংশোক ১৯৭০ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্না হঙ্গেরীগী চহী ১৬ তগী ৫০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা মীওইশিংগী মরক্তা ৫০,০০০ দি ইবা পাবা হৈরমদে। মখোয়শিংগী মনুংদা অয়াম্বনা জিপসী ওইরম্মী। অদুবু ইংশোক ১৯৫৯ ফাওবগী

মন্নুংদা চহী ৱাইশিল্লবা মী ওই লাক্ষ ২৫ বু ময়েক চৎহনখি। অমুকস্থু ইংশোক ১৯৭২ দা হঙ্গেরিয়ান ৱাকর্স পার্টিনা পব্লিক ইডুকেশনগী মতাংদা লৌখিবা ফিরেপতস্থু এডল্ট ইডুকেশনসিবু য়াম্না মরুওইবা অমনি হায়না লৌনখি। অমদি মরম অমা নত্রগা অমদগী মহৈ মশিং তমহৌদ্রবা শিন্মী অহলশিংবু মখোয় মখোয়গী শিনফমদা হেন্না হৈশিংবা অমদি পোৎথোক হেন্না পুথোকপা ঙমনবগীদমক্তা মহৈ মশিং তম্বীখি। পার্টিগী য়াম্না মরুওইবা ফিরেপতি "মহৈ তম্বগা থবক্তা হৈশিংবগা অনীগী মরক্তা মান্নবা পুরকপনি। শিন্মীশিংবু মহৈ মশিং তম্বীবদা মখোয়দা মতিক চাবা মোরেল সপোর্ট পীবা অমদি লেবর আইন কয়া শেমদোকপা দরকার ওই।" মরমসিনা শিন্মী-শিংগীদমক্তা লিংখৎপা অখন্নবা স্কুলশিং অসিদগী মরুওইবা থৌদাংদি শিন্মীশিংদা কলচরগী থাক ৱাংখৎহনবা লোইননা হৌজিক্কী সাইন্স অমদি টেকনোলোজিগী মপান্না পোৎথোক পুথোকপগী অহোংবা কয়া লৈরকপসিগা মখোয়গী হৌজিক মতমগা চাশিন্নদ্রবা ৱাখলগা অনীগী খেন্নবসি কোকননবা হোৎনবনি। অস্মুন্না হঙ্গেরিয়ান সোসিয়েলিষ্ট পার্টিনা কন্না হোৎনবগী ফলনা অখননবা স্কুলশিং অসিদা প্রাইমারীগী থাক্তা তমলিবা চহী ৱাইশিল্লবশিংগী মন্নুংদা চাদা ৯১.৩ অহুগা সেকেন্দরী থাক্তনা চাদা ৬০ দি পাঙ্গলনা থবক শুবা শিন্মীশিং ওইরম্মী।

ইংশোক ১৯৬০ হৌগৎলকপদগীদি হঙ্গেরীগী জেনেরেল স্কুল-শিংগী থৌদাংদস্থু অহোংবা কয়া লাকলে, মসিবু সপ্লিমেণ্টরী ফংসন হায়না খংনরে। সপ্লিমেণ্টরী ফংসনগী থৌদাংদি স্কুল থাদোকপা য়াৱবা চহীদা (চহী ১৬) নিপানশুবা ক্লাস পাস তৌহৌদ্রবা কাংবুবু পাস তৌহননবা হোৎনবনি। মমাংঙৈগুম্না অসিগুম্বা নহারোলশিংগী মশিংসি ইয়াম য়ামদ্রে, চহীগী ওইনা লিশিং ১৪/১৫ শুম্বদনি। শিন্মীশিংগী অখন্নবা স্কুলশিং অসি হঙ্গেরীগী মকম থুদিংমক্তা

লিংখংলে অদুগা ফী তিংদনা ইবা পাবা তম্বীতুনা মখোয়না শোংথহৌরিবা কয়াদু মেনখংনবা হোংনৈ। অমদি ইবা পাবা হৈহনবতনদি মখোয় মখোয়গী শিনফমদা হৈশিংবা হেঙ্গংলক্কবনিনা মখোয়দা ইক্সটেনশন ত্রেনিংগী মওংদা জেনেরেল ইতুকেশনগা ইরোইননা শিনফমগা চাশিননবা প্রাকটিকেল ত্রেনিংসু ফংহননবা শিনখি। অতৈ নিংতম্বা কুইদ্রিবা লৈবাকশিংগুম্না হঙ্গরীসু অহানবা হৌগংলকপদা মতিক চাবা ওঝাগী মশিং য়াম্না ৱাংলম্মী। মরমসিনা জেনেরেল স্কুলগী ওঝাশিংনা ওভরটাইম ওইনা শিম্মীশিংবু মহৈ মশিং তম্বীরম্মী। মরুওইবা অৱাংপা অমনা শিম্মীশিংগী প্রাইমারী অমদি সেকেন্দরী স্কুল অনীমক্তা চহী ৱাইশিল্লবশিংবু মতৌ করম্না তম্বীগদগে হায়বগী অখননবা এডল্ট ইতুকেশনগী বিষয়সি ওঝাগী ত্রেনিং কোর্সতা হাপচিন্দুনা চহী ৱাইশিল্লবশিংবু ইবা পাবা তম্বীবগী থবকসি হেন্না খুমাং চাওশিননবা হোংনরি। ইংশোক ১৯৭৬ তগীদি শিম্মীশিংগী দরকার ওইবা কয়া ফংহনবা ভমনবগীদমক্তা টেক্স বুক কয়া অমসু পুথোকপ্রে। অসিগুম্বা অনৌবা পুথোরকপা শিক্ষা পথাপসিনা চহী ৱাইশিল্লবা শিম্মীশিংবু অমদি স্কুল মতম খর তমলমলগা তোকপ্রবা য়ং এডল্টশিংবু প্রোফেসনেল ইতুকেশন পীনা হৌপ্রে লোইননা অখননবা স্কুলশিং অসিদা মমিং চল্লকপা মীওইগী মশিংসু অসুম হেক্লংলকলি। মসিগী মথক্তা টেলিভিজন অমসুং রেদিওগী থোংদসু অখননবা প্রোগ্রাম কয়া শন্দোক্লুনা অমদি প্রোগ্রামদু মমুৎ তানা খংননবা মরি লৈনবা টেক্স বুকশিং শিজিন্নদুনা মশা মশানা য়ুমদা ইবা পাবা তমদুনা ৭ শুবা অমদি নিপালশুবা ক্লাস ফাওবা পাস তৌননবগী থৌরাংসু পাইখংপ্রে। প্রোগ্রামদু তাদুনা খংননবা হোংনবা অমদি পরিক্ষা পাস তৌনবগীদমক্তা অখননবা কনশলটেশন তৌফমসু লিংখংপ্রে। হৌজিক হৌজিক হঙ্গেরিদা শিম্মীশিংগীদমক্তা মখল অহুমগী সেকেন্দরী স্কুল লৈরে।

মখোয়তুদি গ্রামার স্কুল, চহী মরিগী প্রোফেসনেল সেন্দেরী স্কুল অমস্তুং চহী অহুমগী ভোকেশনেল ট্রেনিং কোর্স অসিনি। অহানবদদি প্রোফেশনেল সেকেন্দরী স্কুলগী মথৌসি এডল্টশিংবু টেক্নিকেল স্কুলশিংনা ইন্দষ্ট্রী, এগ্রিকলচর অমদি ইকোনোমীদা ট্রেনিং পীতুনা চৎথরম্মী। হায়রিবা টেকনিকেল স্কুলশিং অসিদা শিন্মীশিংবু ইক্সটেনশন ট্রেনিং পীতুনা মখোয়গী প্রোফেসনেল নোলেজ হেঙ্গৎনবা শিল্লম্মী। টেকনিকেল স্কুলশিংসিদা তম্বসি অস্তুক্কী মতিক পাম্নখ্রে মতুদি ইংশোক ১৯৬৫ দা মমিং চন্দুনা ইবা পাব। তম্বা শিন্মী লাক্ষ ১, লিশিং ৭০ গী মনুংদা লাক্ষ ১, লিশিং ১০ দি টেকনিকেল স্কুলশিংদা তমলম্মী। মখোয়সিগী মন্নাদা চাদা ৫৫ না ইন্দষ্ট্রিয়েল স্কুলদা, চাদা ২৮ না এগ্রিকলচরেল স্কুলদা অতুগা চাদা ১৭না ইকোনোমিক টেকনিকেল স্কুলদা তমলম্মী। অতুম ওইনমক ইংশোক ১৯৬১ দা পাস তৌখিবা ইতুকেশন এক্টকী মতুং ইন্না প্রোফেশনেল সেকেন্দরী স্কুল লিংখৎতুনা থবক চৎথবকপা হৌখি লোইনন্না তপ্প তপ্পা টেকনিকেল স্কুল মুৎথৎখি। টেকনিকেল স্কুল মুৎথংখিবগী মরমদি হৌজিক্কী বিজ্ঞানগী যুগসিদা কল কারখানাদা দরকার ওইবা টেকনিকেল ইক্সপার্ট সেকেন্দরী স্কুলগী থাক্তা ট্রেন তৌবা ওইথোবক্তবদগীনি। মরমসিদগী টেকনিকেল স্কুলশিং অসি অৱাংবা থাক্কী লাইরিক তমফম ওনথোকখি। অতুগা অনৌবা মখলগী সেকেন্দরী স্কুলশিংসিদনা মেট্রিক পাস তৌহনবগা লোইনন তোঙান তোঙানবা প্রোফেশনদা দরকার ওইবা খর অরাইবা মখলগী ট্রেনিং পীরম্মী। হঙ্গেরিদা খ্বাইদগী হেন্না মীয়াম্না পাম্নবা মখলগী স্কুলসি গ্রামার স্কুলনি। মসিদা অহলশিং ফাওবনা চহী মরি তমলবা মতুংদা মেট্রিক পরিক্ষা থাবা অমদি মথং মথং তমথতুনা কলেজ অমস্তুং ইউনিভর্সিটীগী দিগ্রি ফাওবা পাইনবগী খুদোংচাবা ফংই। রিগুলার গ্রামার স্কুলদা তৌবগুম্না মসিদসু চহী ৱাইশিল্লবশিংদা ইতুকেশন

পীবা মতমদা জেনেরেল ইডুকেশনগী শরুক্কা খর হেন্না অতুগা প্রোফেশনেল নোলেজনা খর তাথনা পী। মরমসিদগী অসিগুম্বা মুমিদাংব্রাইরমগী গ্রামার স্কুলসি অককনবা ত্রেদ অমদদি থোইদোক্না চংনিংলুদবা অহোইনতুম জেনেরেল ইডুকেশনগী থাক ব্রাংনা হৈবা পাম্বা শিন্মীশিংনা মসিদা তমতুনা কলেজ অমদি ইউনিভর্সিটিগী দিগ্রি লৌননবা হোৎনরম্মী। অহানবা হৌরকপদা মীওই লিশিং ৪ রোমদমক মুমিদাংব্রাইরমগী গ্রামার স্কুলদা তমলম্মী অদুবু ইংশোক ১৯৬০ হৌগৎলকপদগীদি হায়রিবা মশিংসিদগী থংহেন হেঙ্গৎখি। মতাংসিদা পনবা য়াবা অমনা য়ুমগী মুপীশিংসু শিন্মীশিংনা মখোয়গী অহাংবা মতমদা ইবা পাবা তমনিংঙকপগুম মখোয়গী অশংবা মতমদা তম্নবগীদমক্তা চোংথোরকখি। ইংশোক ১৯৫১-৫২ দা হঙ্গেরীগী মুপীশিংগী মনুংদা ৩,০৮৭ তমক তোঙান তোঙানবা সেকেন্দরী অমদি ভোকেশনেল স্কুলদা মমিং চন্দুনা তমলম্মী। অদুবু ইংশোক ১৯৬৩-৬৪ দদি সেকেন্দরী স্কুলদা তম্বা মুপীগী মশিংসি ১৪,০০৭ য়ৌরকখি।

হৌখিবা চহী খরসিদা চহী ব্রাইশিল্লবা শিন্মীশিংবু প্রোফেশনেল ত্রেনিং পীনবগীদমক্তা চহী মরিগী প্রোফেশনেল সেকেন্দরী স্কুল য়াম্না লিংখৎপ্রে। মসিগুম্বা মখলগী স্কুলসিবু মীয়াম্না হেন্না পাম্নরকপগী মরমদি করিগুম্বা মরম খরদগী লাইরিক তম্বা তোকলবা য়ুং এডল্টশিংনা হায়রিবা প্রোফেশনেল সেকেন্দরী স্কুলসিদা তমতুনা প্রোফেশনেল ত্রেনিংগা লোইননা মেট্রিক থানবগী খুদোংচাবা ফংই। মসিদসু রিগুলার স্কুলদা তৌবগুম্না তোঙান তোঙানবা প্রোফেশন ৩০ রোমদা ত্রেনিং পী। ইংশোক ১৯৭৫-৭৬ তা শিন্মী ১৮,১৭৩ না মুমিদাংব্রাইরমগী কোর্সতা প্রোফেশনেল ত্রেনিং লৌখি। ইংশোক ১৯৮২ হৌগৎলকপদা স্কুলশিং অসিদা অনৌবা করিকুলম অমদি টেক্স বুকশিং চৎনবা হৌরগনি। ইংশোক ১৯৭৪-৭৫ দা অনৌবা

মখলগী ভোকেশনেল সেকেন্দরী স্কুলশিং মরু ওইনা সোর্ট হেন্দ, টাইপ অমদি অতৈ মখলগী ক্বালিফিকেশন পাইরবশিংগীদমক্তা লিংখৎখি। মসি চহী অহুমগী কোর্সনি অমদি মখোয়গী ত্রেদতা হৈশিংবা হেঙ্গৎহনবগা লোইননা মেট্রিক থাবা য়ানবগীদমক্তা জেনেরেল ইতুকেশনসু পী। অহানবা চহীদা শিন্মী ১২,৮০০ না হায়রিবা ভোকেশনেল স্কুলশিংসিদা তমখি। মথংগী চহীদা মশিংসি ১৩,৫০০ য়োরকখি। অসুম্না মশা মশাগী শিনফমদা ক্বালিফাইদ ওইরবা কাংবুনা মখা তানা জেনেরেল ইতুকেশন তমনিংঙকপগী মরমদি অহেনবা থাক্কী ক্বালিফিকেশন পাইবশিংদা কান্নবা হেন্না ফংহনগনি হায়বগী দিক্রি পাস তৌখিবদগীনি। মখোয়দা পিরিবা অতৈ খুদোংচাবশিংদি লিব ১দি অতৈ মেটরিয়েল বিনিফিট কয়ানি। কল কারখানা ১দি ইণ্টরপ্রাইজশিংনসু সরকারগী থৌশিল অসিবু শোগৎলি। ইংশোক ১৯৮০ হৌগৎলকপদগীদি শিন্মীশিংগী সেকেন্দবী স্কুলশিং অসিদসু হৌজিক্কী মতমগা চাশিন্নবা করিকুলম অমদি টেক্স বুকশিং চৎনহনগ্রে।

সাইন্স অমসুং টেকনোলোজিনা পুরকপা অহোংবা কয়া অসিনা সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা অওনবা কয়া থোরকলে লোইননা কল কারখানাদা থবক শুরিবা শিন্মীশিংগী প্রোফেসনেল নোলেজসু মতমসিগা চাশিন্ননবা হোৎনদবা য়ারকত্রে। মরমসিদগী স্কিল (ত্রেন তৌরবা) ব্রার্করশিংবু জেনেরেল ইতুকেশন পীতুনা মেট্রিক পাস তৌহল্লবা মতুংদা মখা তানা ভোকেসনেল ত্রেনিং পীবগী মথক্তা সেমি-স্কিল অমদি নন-স্কিল ব্রার্করশিংদা মতিক চাবা ত্রেনিং পীবা দরকার ওইরে। ইংশোক ১৯৭১ দা সরকারনা স্কিল ব্রার্করস, ময়াই ওইবা থাক্কী কল কারখানাগী মেনেজরশিং অমদি ফোরমেনশিংগীদমক্তা ইক্সটেশন ত্রেনিং পীননবা দিক্রি অমা পাস তৌখি। দক্রিসি পাস তৌখিবগা লোইননা ইন্দষ্ট্রি মিনিস্টরনা ইক্সটেনশন

ট্রেনিং কোর্স অমা ওর্গেনাইজ তৌখি। মসিনা থিওরিটিকেল নোলেজগী মথক্তা পোলিটিকেল অমদি আইদিওলোজিকেল নোলেজস্থ শিল্পীশিংদা ফংহননবা হোৎনখি। ময়াই ওইবা থাক্কী মেনেজরশিংদস্থ বেসিক মেনেজমেণ্ট নোলেজ পীশননবা শিনখি। ইংশোক ১৯৭৫-৮০ হায়বদি মঙাশুবা চহী মঙাগী থৌরাংগী মন্থুংদা শিল্পী মিলিয়ন অমা, অতুগা টেকনিকেল ইক্সপার্ট লিশিং ৪০ রোম ট্রেন তৌগ্রে। লোইননা অন-স্কিল ৱার্কর লিশিং ৮০ রোম স্কিল ৱার্কর ওইহনগ্রে।

হন্দক্তা হঙ্গেরী সরকারনা দিক্রি অমা পাস তৌতুনা শিল্পীশিংনা মহৈ মশিং তমথবদা খুদোং চানবগীদমক্তা তম্লিংবা শিল্পীশিংদা স্টদি লিভ পিগ্রে। অতুগা জেনেরেল ইডুকেশন পীরিবা ইনষ্টীটিউশন-শিংনস্থ চহী ৱাইশিল্লবা শিল্পীশিংসিবু লাইরিক হৈহন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংলি। মসিগী মথক্তা হৌখিবা চহী ১৫ রোমসিদা কলচরেল সেণ্টর কয়ানস্থ শিল্পীশিংবু মখা তানা মহৈ তমহনবদা দরকার ওইবা কয়াতু তাকপী তম্বীরি। কলচরেল সেণ্টরশিংসিনা লেকচর ক্লাসশিং, ফিলম শো, ড্রমা, জগোই, ঈশৈনচিংবা কয়া উৎতুনা তম-লিবশিংসিগী ইণ্টরেষ্ট হেঙ্গৎহননবা হোৎনরি। অস্থুম্না মাইকৈ কয়ামুক্তগী তোঙান তোঙানবা সরকারগী অমদি লনাই ওর্গেনাই-জেসন কয়ানা পুক্লিং চংনা থৌরাংসি পাইথৎলকপদগী চহী ৱাইশিল্ল-বশিংসিনা মথং মথং তমথখিতুনা কলেজ অমদি ইউনিভর্সিটিগী (মুমিদাংৱাইরমগী নত্রগনা কোরেসপোন্দেন্স কোর্সতা অৱাংবা থাক্কী) দিগ্রি পাইবা ঙমনরে। মসি থবক তৌনা তৌনা চৎথনবনি। অতুগা মহৈগী থাক্তী খর নৈরবা অতুগা মানা তৌরিবা থবক্তুগীদি দরকার ওইবা ট্রেনিং ফংত্রিবা খুদম ওইনা ট্রেনিংদি চৎত্রিবা কিন্দর গার্ডেন নত্রগা নর্সরি স্কুলগী ওঝা ওইরিবা কাংবুগীদমক্তস্থ ট্রেনিং পীবগী থবক চৎথরি। মসিগী থবকসিনা ওঝাশিংগী ট্রেনিং পীকম টীচরস ট্রেনিং

কলেজশিংনা তৌই। ওঝাশিংগী ইউনিয়নগী জেনেরেল সেক্রেটরী জোসেফ ডোকসননা এডল্ট ইডুকেশন প্রোগ্রাম হঙ্গেরীদা হৌদোক-খিবসিবু নিংশিংলহ্না ওঝাশিংগী মিটীন অমদা হায়খি মহাক্দি—হঙ্গেরীদাএডল্ট ইডুকেসনগী প্রোগ্রাম মাইপাক্না পাইখৎলকপসিনা লৈবাক্কী কলচর চাওখৎহনবদা অচৌবা মতেং ওইরগনি।

অস্মুম্না সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুশননা পুরকপা অওনবা কয়াদগী ঙসিগী হঙ্গেরীগী মীয়াম্না লৈবাক্কী হীরম কয়াদা মপুংফানা শরুক য়াহ্না রিভোলুসনগী মহাওনা— শান্তি, নিংতম্বা অমদি চাওখৎপা সমাজ অমা ওইররে। মরুওইনা শু-নোমলিবা মীয়ামদা অমুক্কা হেন্না য়াইফবা পুন্সি পুরক্কবা মহে মশিং হৈহৌদ্রবা অহল লমন অমদি শিন্মী কয়াবু মপুং ফানা শিক্ষাগী মঙাল ফংহনব্রে লোইননা মখা তানা মহে মশিং তম্বগী খুদোংচাবা পীহ্না লৌশিংগী মঙাল হেন্না ফংহন্দুনা অনৌবা যুগকী অনৌবা মীয়াম অমা ওইহনব্রে।

জুলাই – ১৯৮১

# জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্তা

## শিল্লম্বগী মওং

জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিকী প্রজাশিংদা ইম্পারিয়েলিজমগী মাইয়োক্তা থেংননবগীদমক্তা অমসুং পোৎথোক হেন্না পুথোকমিন্নবা হোৎনবদা সোসিয়েলিজমগী ৱাখল চেলহনবসি খাইদগী হেন্না দরকার ওই হায়বসি সোসিয়েলিষ্ট ইউনিটি পার্টি ওফ জর্মনিনা খংখি। মসিগী ৱাফমসি জুলাই ১৯৫৮দা ফমখিবা পার্টিগী মঙাশুবা কংগ্রেসতা মমুৎ তানা খল্লখি লোইননা লৈবাকসিনা কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা চংশিল্লকপগী ট্রানজিশন পেরিওদসিদা করম করম্বা থবক পাইখৎকদগে হায়বতুসু খল্লখি। মঙাশুবা কংগ্রেসসিনা মরুওইনা থমখিবা ৱাফমদি—প্রজাশিংনা কেপিটেলিজমগী অশোয়বা কয়া, সোসিয়েলিজমনা মীয়ামগীদমক করম করম্বা কান্নবা পুরক্কদোরিবা লোইননা জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিক্না ওলিগী পৃথিবীগী ইতিহাসতা লৌরিবা থৌদাং কয়াসি নিংথিজনা খংলবতদা সোসিয়েলিস্ট সমাজ অমা শাগৎপদা প্রজাশিংনা শেলথুমগী, রাজনীতীগী অমদি কলচরগী লমদা মপুং ফানা শরুক য়ারক্কনি। মীয়াম্না সোসিয়েলিজমগী নীতীবু ময়েক শেংনা খংলবতদা লৈবাক্তা সোসিয়েলিজমনা পুরকপা অওনবা কয়া — শেলথুমগী ফীভম ফগৎহনবা, সাইন্স চাওখৎহনবা অমদি কলচর য়োকখৎপা ওমগনি। মথং তাবদা মঙাশুবা পার্টি কংগ্রেস অসিনা আইদিওলোজি অমদি কলচরগী লমদা সোসিয়েলিজমদা চাশিন্নবা কয়া পুরকনবগী ৱারেপসু লৌখি। ইংশোক ১৯৫৯ গী ডিসেম্বর থাদা পিপলস চেম্বরনা পাস তৌখিবা আইনতুগী মতুংইন্না স্কুল ইদুকেশনসু

সোসিয়েলিজমদা য়ুমফম ওইতুনা শেমগৎপা হৌখি। আইনসিদা য়াওরিবদি চহী মঙাগী মতুংদা জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্কী ইডু-কেশন সিষ্টেমসিগী য়াংলেন শরুসি চহী তরাগী জেনেরেল পোলিটেকনিক স্কুল ইডুকেশননা ওইগদবনি। মসিগা মরি লৈননা খুঙ্গংগী লমশিংদা লৈবা ওঝা অমতনা পুবা স্কুলশিং মুৎথৎখি। অসিগুম্বা আইনসিগী মতেংনা চহীচা কয়াদগী লৈরকলবা মতমগা চুশিন্নদ্রবা খুঙ্গংগী স্কুল (ভিলেজ স্কুল) মুৎথৎপা ঙমখি। স্কুল ইডু-কেশনগী লমদতা নত্তনা অৱাংবা থাক্কী মহৈ মশিং তমফম ওইরিবা কলেজ অমসুং ইউনিভর্সিটীগী প্রোগ্রামদসু সোসিয়েলিজমদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক তম্বীবগী মওং চৎথনবা শিনখি। থৌরাংসি পাই-খৎলকপদা রিয়েকশনরী কাংবুনা সাইন্টিফিক ওইদবা ৱাখল্লোন কয়া পুথোরকখি। অতুবু মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী ঈহৌনা ইডুকেশনগী দিসিপ্লিন কয়াদা মরিক চুম্বা হেলহনখি। অসুম্না শিন্মী মরক্তগী লৈবাক্কী থৌশিল কয়াদা মরুওইবা থৌদাং লৌবা ঙমগদবা কয়া পুথোরকখি। মতম অসিমক্তদা বুর্জুৱাগী বেকগ্রাউন্দ লৈবা স্পেসি-য়েলিস্ট কয়াসু মখোয়না চিংনরম্বা কয়া থাদোক্তুনা জর্মন দেমো-ক্রেটিক রিপব্লিক্তা সোসিয়েলিজমগী মরা চেৎশিনহননবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মখোয়সিগী ৱাখলদা অহোংবা লাকখিবগী মরুওইবা মরম অমদি সোসিয়েলিস্ট ইউনিটী পার্টি ওফ জর্মনিগী সেন্ট্রেল কমিটিগী পোলিটবুরোনা মথক্কী স্পেসিয়েলিস্টশিং অসিদা মচা খায়না মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী মতাংদা তাকপদগীনি। লৈবাক-সিদা সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি চাওখৎনবগীদমক্তা ইংশোক ১৯৫৭ কী আগষ্ট থাদা জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্কী কাউন্সিল ওফ মিনিস্টরগী মখাদা রিসার্চ কাউন্সিল অমা লিংখৎখি। হায়রিবা রিসার্চ কাউন্সিলসিদা সাইন্সকী লমদা খংহৈরবা মীওইশিং লোই-ননা লৈবাক ঙাকপগী থৌদাং পুরিবশিংসু য়াওই।

রিসার্চ কাউন্সিলসিনা সোভিয়েট রশিয়ানা সাইন্স অমদি টেকনোলোজিদা থাক ৱাংখিহনা ইংশোক ১৯৫৭ কী ওক্টোবর থাদা আর্টিফিসিয়েল সেটিলাইট ফাওবা থাগৎপা ঙমখ্রিবহ মরিক চুম্না খল্ল নৈনহনা জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিকতসু সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি চাওখৎনবা থৌরাং পাইখৎখি। কলচরগী লমদসু সোসিয়েলিজমনা পুরকপা অহোংবা কয়ানা প্রজা মীয়ামগী পুন্সিদা থোকহল্লকলিব। অওনবা কয়াসি ৱারেং শৈরেংদা লোইননা আর্টকী মওং কয়াদা উৎথোরকখি। অসুম্না নোভেল অমদি ৱারেং শৈরেং কয়াদা কনসেনট্রেশন কেম্প্তা অৱাবা নংখিবা কয়া, ফিচর ফিলম কয়াদা নাজিশিংনা লান্দা ওৎ নৈখিবা কয়া লোইননা সোসিয়েলি-জমনা পুরকপা অওনবা কয়াদা যুমফম ওইবা ফিলম, ঈশৈ অমদি ৱারেং শৈরেং কয়াসু পুথোকরখি।

সোসিয়েলিস্ট সমাজদা চৎনরিবা টিম ৱার্কনসু মীয়ামগা আর্টকগী মরক্তা চেৎশিননবা মরি থম্বা ঙমখি। এমাইচর আর্ট গ্রুপ, ৱার্কর ওথর গ্রুপ, অতৈ কলচরেল একটিভিটিদা থৱাই য়াওব মীওইশিংনা মখোয়গী কলচর চাওখৎনবা কম্না হোৎনখি। ইং-শোক ১৯৫৯ দগী হৌজিক ফাওবা চৎথরকলিবা ৱার্কর্স ফেস্টিভেল অসিমক প্রোফেশনেল আর্টিসশিংগা এমাইচর আর্টিসশিংগী মরক্তা নকশিননবা মরি থম্বা লোইননা শিন্নাশিংনসু কলচরেল এক্টিভিটী কয়াদা মপুং ফানা শরুক য়ারকপগী ময়েক শেংলবা খুদমনি।

রাজনীতী অমসুং শেলথুমগী লমদা তৌবগুম্না জর্মন দেমো-ক্রেটিক রিপব্লিক্তা রসিয়া অমদি অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগা সাইন্স, টেকনোলোজি অমসুং কলচরগী লমদসু নকুব মরি থমলি। সোসিয়েলিস্ট লৈবাকশিংগী মরক্তা কলচরেল এক্সচেঞ্জ কয়া তৌন-হনা লৈবাক লৈবাকতুগী ইতিহাস অমদি চৎনবী কয়া খংননবা লোইননা তোঙান তোঙাম্বা লৈবাকী মীওইশিংগী মরক্তা নকশিন্নবা

পুরকনবা হোৎনরি। অসুম্না মার্ক্সিজম লেনিনিজমদা য়ুমফম ওইবা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা আইদিওলোজি অমা কলচরেল রিভোলু-সনগা ইরোইননা লৈবাকসিদা পুরকলে। মসিগী ফলনা শু নোম-লিবশিংগী মরক্তুগীসু মহৈ মশিং হৈরবা মীওই কয়া খোরকতুনা মখোয়না খংলু হৈরুরিবা কয়াতু সোসিয়েলিষ্ট সমাজ শাগৎনবা হোৎনবদা শিজিন্নরি। লোইননা জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্তা মমাংঙৈগী মপানাৎ মপুনাৎকী চৎনবী কয়াবু হেন্না ফগৎহনবা জাতীগী ওইবা কলচর অমা শেম্বা ঙমগ্রে।

জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিক্তা শেমলিবা শিক্ষাগী পথাপসি অসুক্কী মতিক চংখোনগ্রে মতুদি মখোয়গী শিক্ষা পথাপ অসি পৃথি-বীগী মফম অয়াম্বদা পাম্নরকলে। অসুক ফরবা অসি ফাওবদা সাইন্স অমদি টেকনোলোজিনা পুরকপা অহোংবা কয়া লোইননা মান্নবা খুন্নাই শাগৎপদা দরকার ওইরকপা কয়াতুনা শিক্ষাগী পথাপ অমুক নৌহৌনা শেমদোকখি। হৌখিবা ইংশোক ১৯৬৫ গী ফেব্রুৱারী থাদা পিপলস চেম্বরনা ইন্টিগ্রেটেদ সোসিয়েলিস্ট ইতু-কেশন সিষ্টেম আইন ওইনা পাস তৌতুনা চৎনবা হৌখি। ইন্টিগ্রে-টেদ ইতুকেশন সিস্টেমসি আলেকজেন্দর এবুসকনা চিয়ারমেন ওইবা ইতুকেশন কমিশন অমনা য়াম্না কুপ্ন খল্ল নৈনতুনা দেলিগেট লিশিং ৫ দগী সজেসন লৌতুনা আইন ওইনা পাস তৌখিবনি। সিস্টেমসিগী মথাদা স্কুল চৎপা য়ারবা অঙাংশিং অমদি নহা ওইরিবা মীওইশিংগী-দমক্তা চহী তরাগী কমপ্রেহেনসিভ পোলিটেকনিকেল ইতুকেশন পীবা হৌগ্রে। লোইননা দরকার ওইবা শেমথুম সরকারনা কাই-খোকতুনা থমগ্রে। কোর্স হৌরকপদা লেবর পরারদা অহোবা কয়া লাকখি অতুবু মসি লৈবাক্কী তুংগী ফীভম ফগৎহল্লকনবগীদমক্তা অমদি চাওখৎলবা মান্নবা খুন্নাই চৎপা সমাজ অমা শেমগৎলক্নবগী-দমক্তনি হায়বরোমদা মিৎয়েং থমখি।

এক্তু অসিনা অনৌবা ইদুকেশন মিস্টেমসিদা তম্বীগদৌরিবা মচাক (কনটেণ্ট) অমদি ইদুকেশনেল ইনষ্টীটিউশনশিংগী মথৌ শেংনা তাকলি। এক্তুসিদা মরুওইনা পল্লিবসি প্রি-স্কুলগী থাক্তুগী কমপ্রেহেনসিভ পোলিটেকনিকেল স্কুল, ভোকেশনেল স্কুল, টেক-নিকেল কলেজ লোইননা অৱাংবা থাক্কী ইউনিভর্সিটিগী দিগ্রি ফাও-বসি লৈবাক শিনথুংনা ইউনিফোর্ম ওইহনবনি। মরম খিবিকসিদগী এক্তুসিগী পনথুংদি জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্কী মীয়ামদা অসিগুম্বা শিক্ষা মখল অমা পীবনি মতুনা মপুং ফানা জ্ঞান লৈরবা অমদি সোসিয়েলিজমগী ৱাখল্লোনবু মমুৎ তানা খংলবা মীওই শেমগৎতুনা মখোয়দা হিংবগী আর্থ লৈহনবনি। সোসিয়েলিজমগী ইদুকেশন সিস্টেমসি শিক্ষা পীবগ অঙাংতুবু মপুং মরৈ ফানবা য়োকখৎলকপগগী মরক্তা অচেৎপা মরি থম্মী অমদি তাকপী তম্বীবা লোইননা তম্বী-গদৌরিবা মচাক অতু য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা মিৎয়েংগা লোইননা শেম্বনি। অঙাংশিংবু মহৈ মশিং তম্বীবদা য়োকথাকপদা মীয়ামবু মপুং ফানা শরুক য়াহন্দুনা জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিক্তা অনৌবা মীরোল অমা শেমগৎনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা মখলগী ইন্টিগ্রেটেদ ইদুকেশন সিস্টেমসি রিভোলুশনরি ৱার্কিং ক্লাস মুভমেণ্টকী পন্থুংগা মান্নৈ অমদি সোসিয়েলিজমগী শক্তী অমস্তুং লনাই সম্পতী থমদবদা য়ুমফম ওইবনি। নহারোলশিং অমদি অঙাংশিংবু নেচরেল সাইন্স, সোসিয়েল সাইন্স, পোলিটেকনিকেল, আর্ট অমদি স্পোর্টকী বিষয়শিংদা য়াম্না বিজ্ঞানিক ওইরবা শিক্ষা অমস্তুং ট্রেনিং পী। হৌজিক হৌজিক নহারোল লাক্ষ ২০ লোম্না চহী খুদিংগী চহী তরাগী কমপ্রেহেনসিভ পোলিটেকনিকেল ইদুকেশন পাস তৌতুনা থবক্তা চংলি।

ইংশোক ১৯৭০ হৌগৎলকপদা পোলিটেকনিকেল ইদুকেশনগী করিকুলম, টেক্স বুক অমদি তম্বীবগী নমুনাদা অহোংবা কয়া

পুরক্তুনা পোলিটেকনিকেল ইদুকেশনসি স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট এক্সামিনেশনগা ইরোইননা মখা তানা তমথনবগী ভোকেশনেল ট্রেনিং পীবরোমদা ওম্থোকখ্রে। বিজ্ঞান অমদি পোৎথোক পুথোক-পগা স্কুল, কলেজ অমদি ইউনিভর্সিটীগা নকশিনবা মরি থমহ্নুনা ইংশোক ১৯৬৫-৬৬ তা জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিকী একাদেমী ওফ সাইন্সনা অহানবা ওইনা নেশনেল ইকোনোমীগা মরি লৈনবা সমস্যাশিং মতৌ করম্না কোকহনগদগে হায়বগী মরিদা থিজিন হুমজিনবগী থবক পাইখৎখি।

অসুম্না মথং মথং চৎথরকলিবা সোসিয়েলিজমনা পুরকপা অওনবা কয়াসিনা অরাংবা থাক্কী শিক্ষা পীবগী মওংদা অহোংবা পুরকপদা নত্তনা বিজ্ঞান চাওখৎনবা হোৎনবদসু খুমাং য়াম্না চাও-শিল্লক্লে। অমদি টিম ৱার্ককী প্রিন্সিপল অসি ৰাকতুনা চৎপনিনা কলেজ অমসুং ইউনিভর্সিটিগী ইদুকেশন অসি সিলেবসতা য়াওবিবহ্নু তম্বীবগী মথক্তা মীয়ামদা কান্নগদবা মখলগী বিসার্চ, ট্রেনিংনচিংবা প্রোজেক্ট কয়া অমা একাদেমী ওফ সাইন্স অমদি অতৈ ইন্টরপ্রাইজ কয়াগা পুনশিন্নহ্নুনা পাইখৎমিন্নরি। ইংশোক ১৯৬৬-৭০ গী চহী মঙাগী থৌরাংগী মনুংদা অহানবা ওইনা খ্বাইদগী হেন্না মতম চংবা রিসার্চ ৱার্কশিং সোসিয়েল সাইন্সকী লমদা পাইখৎপা হৌখি। সোসিয়েলিষ্ট ইউনিটি পার্টি ওফ জর্মনিগী সাইন্টিফিক ইনষ্টিটিউট অমসুং একাদেমী ওফ সাইন্সনা সোসিয়েল সাইন্সকী দিসিপ্লিন কয়াদা অশাংবা মতমগী বিসার্চ ৱার্ক পাইখৎলকপদা সুপরভিজন তৌই। রিসার্চ ৱার্কসিংগী মতেংনা সোসিয়েল সাইন্সকী দিসিপ্লিন কয়াসিনা মার্ক্সিজম—লেনিনিজমগী নীতি নিয়ম মীয়ামদা শন্দোক-পদা লোইননা সমাজগী চাওখৎ খোংথাংনা পুরকপা অওনবা কয়াগা মীয়ামগী খোংথাংগা চাং অমতদা চৎমিন্ননবা হোৎনরি। ইংশোক ১৯৬৫ দা ভিঃ আইঃ লেনিনমা ইরম্বা অমদি তৌরম্বা থবক কয়াহ্নু

ভোল্যুম নিফু থোক্লা নম্বা লৈইহৌরা৷ সোসিয়েল সাইন্সকী রিসার্স বিভাক্লা পুথোকখ্রে। ইংশোক ১৯৬৮ দনা কার্ল মার্ক্স অমদি ফ্রেদরিক এঙ্গেলসনা তৌরম্বা কয়াহু ভোল্যুম নিফু থোক্লা নমহুনা পুথোকখি। অমসুন্না লেনিন, মার্ক্স অমদি এঙ্গেলসকী থবক কয়াসি জর্মন লোন্দা হন্দোকতুনা মীয়ামদা কান্নবা ফংহনখি। অসিদসু নত্তনা জর্মন ৱার্কিং ক্লাস মুভমেণ্টকী হিস্টরী অহু ভোল্যুম তরুক থোক্লা নমথোকতুনা ইংশোক ১৯৬৬ তা পুথোকখি।

ইংশোক ১৯৬৮ দা জর্মনগী একাদেমী ওফ সাইন্সকী প্রেসিদেণ্ট ওইনা হরমেন ক্লারাবু থনখিবগা লোইননা একাদেমীগী থৌদাংদসু অহোংবা কয়া লাকখি। মহাক্কী লমজিং মখাদা জর্মনগী সোসিয়েলিষ্ট সোসাইটীদা মরুওইবা ৱাফম অনি হায়বদি জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্কি সমাজগী ওইরিবা ফিভম অমদি লৈবাকসিগী শেলথুমগী ফীভমগী মবমদা থিজিন হুমজিনবগী থবক পাইখৎনবা রিসার্স একাদেমা অমা লিংখৎখি। একাদেমীসিগী রিসার্স ৱার্কসি মরুওইনা লৈবাকসিগী সেন্ট্রেল ইনষ্টীটিউটশিংদা পাইখৎখি লোইননা তোঙান তোঙানবা বেসিক অমসুং এপ্লাইদ রিসার্স তৌফম সেণ্টরশিং খাইদোকখি। ইংশোক ১৯৭০ দা জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিক্কা মহৈ মশিং তম্বাবগী লমদা থিজিন হুমজিনবগী তঙাইফদবা কয়াহুদা য়ুমফম ওইহুনা একাদেমী ওফ পেদাগোজিকেল সাইন্স লিংখৎখি। মসিগী মথক্তা লৈবাকসিগী একাদেমীশিং, কলেজ অমসুং ইউনিভর্সিটিশিংনা সোভিয়েট ইউনিয়ন অমদি অতৈ সোসিয়েলিস্ট লৈবাকশিংদা লৈরিবা মান্নবা ইনষ্টীটিউশনশিংগা কো-ওপরেশন পীনহুনা অপুনবা রিসার্স প্রোজেক্টনচিংবা কয়া পাইখৎলি।

ইংশোক ১৯৬০ হৌগৎলকপদা ফিজিকেল কলচর অমদি স্পোর্টকী লমদসু অচৌবা অহোংবা কয়া পুরকখি। মীয়াম পুন্না শরুক য়ামিন্নবা স্পোর্ট মুভমেণ্ট হৌদোক্কুনা ইংশোক ১৯৬৬ তা

পাংথোকপা হৌখি। গেমস অসিদা পারটীসিপেণ্ট মিলিয়ন ১.৪ না শরুক য়াখি। স্পার্টাকিয়াদ গেমস হৌদোকখিবদগীদি অঙাংশিং অমদি নহারোলশিংনা চাং নাইনা প্রাকটিশ তৌবা হৌনরকখি। অসুম্না স্পোর্ট মুভমেণ্টসিনা জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিক্কা স্পোর্টতা টেলেণ্ট লৈরবা মীওই কয়া পুথোবকতুনা ওলেমপীক গেমস অমদি ৱার্লদ গেমসতা মেদল কয়া ফংনখ্রে। কমপীটিটিভ স্পোর্টসতসু জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিক্কী থৌশিলদা মিংয়েং শানবা লোইননা ফিজিকেল কলচর য়োকখৎপসিগী মহৈ ফংলে। অসুম্না স্টেটনা হোৎনবসিগী মহৈনা এথলেটিক্স, স্বিমিং, রোইং অমদি অতৈ স্পোর্ট ইভেণ্টশিংদা জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্কী শান্নরোইশি না পৃথিবীদা মিংচৎ থম্বা ঙমলে। অহানবদদি ফেদরেল রিপব্লিক ওফ জর্মনিনা লৈবাকসিবু পৃথিবীগী ওইবা স্পোর্ত ইভেণ্টশিংদা শরুক য়াহন্দনবা হোৎনখি। অতুবু সোভিয়েট বসিয়া অমদি অতৈ সোসিয়েলিস্ট লৈবাকশিংগী মতেংদগী লোইননা জর্মন দেমোক্রেটীক রিপব্লিক্কী অফাওবা শান্নরোই কয়ানা কন্না হোৎনবদগী অহানবা ওইনা ইংশোক ১৯৬৮ দা নেশনেল ওলেম্পীক কমিতি শেমতুনা ওলেম্পীক গেমস অমদি অতৈ ইন্তরনেশনেল গেমসতা মপুং ফানা শরুক য়াবা হৌরকখি। চহীতুমক্তদা মেক্সিকোদা পাংথোকখিবা সমর ওলেমপীক গেমসতা লৈবাকসিনা শরুক য়াহুনা অহুমশুবা পোজিশন লেপখি। অসুম্না সাইন্স অমদি টেকনোলোজি, কলচর অমসুং ফিজিকেল কলচরদা জর্মন দেমোক্রেটিক রিপব্লিক্কা পৃথিবীদা মিংচৎ থম্বা ঙমলিবসি সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেট অমা শেমগৎখিবগী মপাল্পনি।

আগস্ট — ১৯৮১

# জেকোস্লোভাকিয়াদা শিক্ষা

জেকোস্লোভাকিয়াদা নীপুম তিংনা মহৈ তম্নবগী থৌরাং পাইখৎতুনা অঙাংশিং অমদি নহারোলশিংদা নত্তনা চহী ৱাইশিল্লবশিংস্থু মখোয মখোয়না শুরি নোমলিবা শিনফমদা অকাইবা থে কহন্দনা অৱাংবা থাক্কী শিক্ষা ফংবা ঙম্লে। মসি ওইথোক্লগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা মথলগী স্কুলশিং অমদি টীউটোরিয়েল হোম লিংখৎতুনা মীয়ামগী মহৈ মশিং তম্বদা খুদোংচানবা শিল্লি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও মতুংগী খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা অওনবা অমদি লৈবাকসিগী প্রজা খুদিংমক্তা লেম্না মহৈ মশিং তম্নবগী তাঞ্জা ফংহনবা অসিনি। লৈবাকসিদা চৎনরিবা চহী মাপলগী কম্পলসরী স্কুল ইডুকেশনসি লোইরবা মতুংদা চহী ১৫ শুরবা অঙাংশিং অসিনা চহী অনিগী ভোকেসনেল ট্রেনিং নত্রগা চহী মরিগী টেক্নিকেল স্কুল নত্রগনা চহী মরিগী জেনেরেল ইডুকেশন তমথনবা য়াওই। অসুম্না চাদা ৮৫ দি কম্পলশরী স্কুল ইডুকেশনগী মতুংদা মথক্কী তোঙান তোঙানবা লমশিংসিগী মতুংদা অমা নত্রগা অমদা মথা তমথনৈ। সেকেন্দরী স্কুল লোইরবা মতুংদা মথা তমথনিংবা ছাত্রশিংনা ইউনিভর্সিতিদা মমিং চন্দুনা তম্মী। ইংশোক ১৯৬০-৬১ দগীদি ইউনিভর্সিতি থাক্কী ছাত্র নত্তনা অতৈ মখাগী থাক্কী ছাত্রশিংদা টেক্স বুক অমদি অতৈ দরকার ওইবা পোৎলমশিং লেম্না ফংহনবা হৌরে। অদুগা অয়াম্বা সেকেন্দরী স্কুলশিং অমসুং ইউনিভর্সিতিদা থবক তৌনা তৌনা মহৈ মশিং তমথনিংবশিংগীদমক ক্লাস হাংদোকখ্রে। মখোয়গী মহৈ মশিং মথা তানা তমথবদা খুদোং চানবগীদমক্তা তলব ফংনা ফংনা ছুতিনচিংবা পীবগী নিয়মস্থু শেমখ্রে। সেকেন্দরী অমদি

ইউনিভর্সিতিদা তমলিবা ছাত্রশিংনা লাইরিক্তা মথরাই য়াওবা, শান্ন খোংনবদা হৈশিংবা লোইননা অতৈ অতৈ লম কয়'দা থোইদোক হেন্দোকপগীদমক স্কোলারসিপ ফংই। ইউনিভর্সিতি ছাত্রগী চাদা ৬০ দি স্কোলারসিপ মথল অমা নত্রগা অমদি ফংনৈ।

জেকোস্লোভাকিয়াগী সোসিয়েলিষ্ট ইডুকেশন সিস্টেমসিনা য়াম্না মরুওইবা অমা ওইনা পাইখৎলিবসি লাইরিক তম্বা হৌদ্রিবা অঙাংশিংবু ফজনা য়ে'কখৎতুনা তুংগী হেন্না ফবা মীরোল অমা শেম্নবা হোৎনবসিনি। থৌরাংসিগী মখাদা চহী অহুমগী মন্নুংদা লৈবা অঙাংশিংবু ক্রেস সেন্টরশিংদা থম্নৎগী খুদোংচাবা ফংহল্লি। ইংশোক ১৯৩৭ তা অঙাং ১,৩০০ রোম্না ক্রেস সেন্টরদা লৈবগী খুদোংচাবা ফংখি। অতুদগী মথং মথং ক্রেস সেন্টরদা থম্বা অঙাংগী মশিংসি হেঙ্গৎলক্লুনা ইংশোক ১৯৪৮ দা ৬,০০০ অদুগা ইংশোক ১৯৭৩ দা ৬৭,৭০০ য়োরকখি। চহী অহুমদগী তরুক ফাওবগী মন্নুংদা লৈবা অঙাংশিংনা নর্সরি স্কুলদা তম্মী। ইংশোক ১৯৩৬–৩৭ তা অঙাং লাক্ষ অমা নর্সরি স্কুলদা তমলম্বহ্ ইংশোক ১৯৭৩ দা লাক্ষ ৪, লিশিং ১৪ য়োরকখি। নর্সরি স্কুলশিং অসিদা অঙাংশিংগীদমক্তা লৌরিবা চেকশিন থৌরাংশিংসি অস্তুক্কী মতিক চংখোনগ্রে মতুদি অঙাংশিংগী দরকার ওইবশিংসি ক্লাস হৌদ্রিডৈদা অমদি লোইরবা মতুংনা চিলড্রেন ক্লবশিংনা য়েংশিল্লি। ইংশোক ১৯৭৩ হৌগৎলকপদদি অঙাং লাক্ষ ২, লিশিং ৮৫ রোম্না ক্লবশিং অসিদা য়াওহুনা খুদোংচাবা ফংখি। অহুগা নর্সরি, ইলিমেন্টরী ১দি সেকেন্দরী স্কুল কান্টিন্দগী ছাত্রশিংনা মখোয়গী চরা চাবা য়াই। ইংশোক ১৯৭৩ দদি অঙাং লাক্ষ ১৩ লিশিং ৭৮ রোম্না স্কুল কান্টিনশিংদগী চরা চাই। হায়রিবা মশিংসি ইংশোক ১৯৫৩ গা য়েংনবদদি শরুক অহুমলোম হেঙ্গৎলে হায়বা য়াই। ছুটীগী মতমদা অঙাংশিংসিনা রিক্রিয়েশন সেন্টরশিংদা চৎতুনা লৈরুবা য়াই। হায়রিবশিংসি

অঙাংশিংদগী শেল লৌদনা ফংহনবনি, শুপ্নগী চাবদা চংলিবা শেল-ফমগী শরুক খরা মমা মপাহুগী মাইগী মতুংইন্না পীবা তাই।

মতাংসিদা পনবা য়াবা অমদি ৫ শুবা চহী মঙাগী থৌরাংগী মনুংদা, ইডুকেশন, হেলট কিয়ার, কলচর অমদি স্পোর্তসকীদমক্তা কাইথোকখিবা শেনফমসি মিলিয়ন ক্রাউন লাক্ষ ১ লিশিং ১৪ নি। হৌখিবা ৪ শুবা চহী মঙাগী থৌরাংগী শেনফমগা য়েংনবদা হন্দক্কী-সিনা তংখাই অমা হেল্লবনি।

স্কুল ইডুকেশনগী মতাংদা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা শাগৎপদা লোইননা সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি হেন্না চাওখৎনবা অদুগা ছাত্র নহারোল অমদি শিক্ষীশিংগী মহৈ মশিংগী থাক হেন্না ৱাংখৎ-নবা হোৎনরি। মরুওইনসু তম্বীবা মতমদা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা কনসেপ্ট তমা ছাত্রশিংদা পীননবা অদুগা পৃথিবী পুম্বসি অমতা ওইবগী ৱাখল চেলহন্নবা অমসুং মরৈবাক মজাতিবু নুংশিনবা হোৎনখি। ইংশোক ১৯৮৩-৮৪ হৌগৎলকপদদি ইলিমেণ্টরী স্কুলগী সিলেবসতা অনৌ অনৌবা কনসেপ্ট হাপচিন্নবা হোৎনবদু লোইর-দুনা চৎনরগনি। অদুগা মখা তাবদনা সেকেন্দরী স্কুলগী মতাংদসু অহোংবা কয়া পুরকলগনি। অমদি সেকেন্দরী ভোকেশনেল ট্রেনিং সেণ্টরশিং লৈবাক্কী মফম শিনথুংনা লিংখৎতুনা লাক্কদৌরিবা তুংগী মীহৌরোন্দা অনৌবা শিক্ষী কাংলুপ পুথোক্লবা মরি লৈনবা সর-কারগী লোইশংশিং অমদি লম লমগী ওইবা রিজনেল কমিটীশিংদা ভোকেশনেল ট্রেনিংগী মতাংদা তশেং তশেংবা কনসেপচুয়েল ফ্রেম-ৱার্ক অমা শেমদোক্তুনা ট্রেনিংগী পীবগী থবক চৎথনবসু সরকারসিনা দাইরেকশন পীগ্রে। অসুম্না টেকনিকেল লাইন্দা ইমফেসিস হেন্না পীবগী মরমসি জেকোশ্লোভাকিয়াগী শেলথুমগী ফীভম ফগৎহনবদা য়াম্নামক দরকার ওইরিবা ক্বালিফাইদ ওইরবা শিক্ষীশিংগী কেদর অমা শেমগৎপনি। ইউনিভর্সিটি ইডুকেশনগী মতাংদসু কনটেণ্ট

অমসুং তমগদৌরিবা বিষয়শিং অদু লৈবাক্কী শেলথুমগী ফীভম ফগৎনবা লোইননা সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি চাওখৎনবগীদমক্তা টেকনিকেল ওইবা বিষয়শিংদা হেন্না পুক্নিং চংশিনগদবনি।

জেকোস্লোভাকিয়াগী মীয়ামদা মহৈ মশিং তম্বীবা অমদি ট্রেনিং পীবগী থবকসি কেদর রার্করশিংনা তৌই অদুগা তম্বীবদা দবকার ওইবা পোৎচৈ, খুজু-খুলাই লোইননা লাইরিক তম্বদা নুংঙাইগদবা ইনভাইরোনমেন্ট পীননবা হোৎনৈ। তম্বীবদা টেক্নিকেল লাইনবোমদা হেন্না ইমফেসিস পীবা মবননা অনৌ অনৌবা খুজু-খুৎলাই পুথোকপা, পোত্থোক হেঙ্গৎহনব, মীয়াম্না লৈননবা ফ্লেটশিং, ওফিস বিলদিংনচিংবা শাবা, লম্বী থোং শেম্বা, শম্না হায়রবদা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাংগা মরি লৈনবা থবকশিংদা ছাত্রশিংবু মপু-ফানা শরুক য়াহল্লি।

কলচরগী লমদম্তু সোসিয়েলিস্ট কলচব অমা শাগৎনবা অমদি কলা বিদ্যাগা মবি লৈনবা শিনফমশিং চাওখৎনবগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা ক্রিয়েটীভ একতিভিটিদা শবক য়াহন্দুনা অমসুং শিন্দম্বগা কলচবগা ইরোইননা চংলহন্দুনা সোসিয়েলিজম্ম মীয়ামদা চেলহলনিংলিবা হৌন-লোনচং কয়াদু চাওখৎলরুবা অমদি হিংবগী আর্থ লৈহননবা হোৎনরি। সোসিয়েলিষ্ট কলচর শাগৎপদা চংলিবা মচাকশিং অদু বিসোর্স কয়াক্কুগী হায়বদি ইকোনোমিক, কো-ওপরেটিভ, সোসিয়েল ওর্গেনাইজেশননচিংবা কয়ামুক্তগী ফংহন্দুনা মীপুম তিংনা কলচরেল এক্তিভিটিশিংদা শরুক য়াহননবা হোৎনরি। মসি ওইথোক্লবগীদমক্তা মাস মেদিয়াশিং মরু ওইনা রেদিও, টেলি-ভিজন, সিনেমা, দ্রমানচিংবদা কলচরেল প্রোগ্রাম কয়া উৎতুনা মীয়ামবু মোটিভেট তৌরি।

খুঙ্গংশিং অমদি ফেক্টরীশিংদা ফাওবা কলচরেল সেণ্টরশিং লিংখৎতুনা শিল্পীশিংনা কলচরদা শরুক য়াবা ওম্নবা শিনখি। অদুগা

কলচর চাওখৎনবগীদমক্তা ক্লব, কলচরেল হাউস, কলচরেল এসো-সিয়েশন, কো-ওপরেটিভ ক্লব, কলচরেল অমসুং সোসিয়েল সেন্টর, ট্রেদ ইউনিয়ন হাউস, সোসিয়েলিস্ট ইউনিয়ন ওফ যুথ কলচরেল সেন্টরনচিংবা কয়া লিংখৎখি। মসিগী মথক্তা এমাইচর থিয়েটর কাংবু, পপেট শো কাংবু, জগোই, ঈশৈ, রেশিটেশন, ফোটোগ্রাফি অমদি আর্টকী কাংবু কয়া লিংখৎতুনা কলচরেল এক্তিভিটীশিংদা মীয়ম মনা মানা হৈনবা কাংলুপতা শরুক য়ানবগী খুদোংচাবা ফংহল্লি। অসিগুম্বা মথলগী কলচরেল কাংলুপসি লিশিং ২৩ গী মথক্তা লৈ অদুগা অপুনবা মেম্বরগী মশিংসি লাক্ষ ২ লিশিং ৪৪ নি। অসিদা নত্তনা অতৈ মথলগী কাংলুপশিং হায়বদি নেচরেলিষ্ট, এস্ট্রোনোমি, ইথনোগ্রাফি, এগ্রিকলচরেল, টেকনিকেলনচিংবগী কাংলুপ লিশিং ২০ অমসু লৈ, অপুনবা মেম্বরগী মশিংনা লাক্ষ ২ লিশিং ৪০ লৈ। কলচরেল ইস্টাব্লিসমেন্ট বয়াসিনা এজুকেশনগী বিষয় কয়াদা কান্নবা ফংহল্লি। মরু ওইনা পনবা য়াবসি বেলেট, লেংগোইজ, মিউজিকনচিংবগী লমদমনি। মীয়ামদা কলচর য়োক-খৎপদা তেংবাংলিবা অদুগা নুংঙাইবসু ফংহল্লিবসি মিউজিয়ম, আর্ট গেলেরিজ, পার্ক, জুলোজিকেল গার্দেন, ওবজার্ভেটোরি, কনসার্ট হোলনচিংবা অসিনি। অসুম্না কলচরেল ইস্টাব্লিসমেন্ট ময়াম অমা লৈবাক্কী মফম শিনথুংনা লিংখৎতুনা অমদি মীয়ামদা কান্নগদবা কলচরেল প্রোগ্রাম কয়া অমা উৎতুনা জেকোশ্লোভাকিয়াগী মীয়ামগী কলচরেল ষ্টেন্দার্দ অসি য়াম্না রাংখৎলে।

কলচরগী লমদমতা নত্তনা মীয়ামগী বুধি লৌশিং চাওখৎনবগী-দমক্তা জেকোশ্লোভাকিয়াগী সহর লিশিং ১০ সুপ্না ৩৬ লাইব্রেরী লিশিং ১১ ১দি মখোইগী ব্রাঞ্চ লিশিং ২,৩,২৭ লিংখৎখ্রে। লাইব্রে-রিশিং অসিদ পুম্না লাইরিক মিলিয়ন ৩৮রোম লৈ। ট্রেদ ইউনিয়নগী লাইব্রেরিশিং অসি ইন্টরপ্রাইজ খুদিংমক্তা লৈ অদুগা তোঙান

তোঙানবা লাইরিক মখল কয়া থমদুনা অপাম অপান্বা লাইরিকশিং পানবগী খুদোংচাবা ফংহল্লি। ছাত্র অমদি ওঝাশিংগীদমক্তসু স্কুল লাইব্রেরিশিং মবাং কাইনা লৈ। ইউনিভর্সিটী লাইব্রেবিশিংগী তোঙানবা শক্তম অমদি সাইন্স অমসুং টেকনিকেলগী লাইবিক কয়া খোমজিন্দুনা থম্বা অসিনি। অচৌ অচৌবা ইণ্টবপ্রাইজশিং, ওফিস, রিসার্স ইনষ্টীটিউট, হেলথ ইষ্টাব্লিশমেণ্ট অমদি অতৈ অতৈ ইনষ্টী-টীউশনশিংদসু মখোয় মখোয়গী শিনফমগা চানবা অখননবা লাইব্রে-রিশিং থম্মী লোইননা অনৌ অনৌবা ফোংলকলিবা কয়া অমসু হাপচিননবা হোংনৈ।

লাইবিক ফোংবগী মতাংদসু আইদিওলোজিকেল অমদি টেকনিকেল ওইবা লাইবিকশিংনা নম্না ফোংই। চহীগী ওইনা তোঙান তোঙানবা লাইরিক মখল লিশিং ৬ তগী লিশিং ৭ ফাওবা পুথোকই অদুগা কোপি মশিংনা মিলিয়ন ৬০ দগী মিলিয়ন ৮০ ফাওবগী মনুংদনি। পেরিওদিকেল হায়বদি মেগাজিন, জর্নেলন-নচিংবা ১,১৮৭ লোম পুথোকলি অদুগা নুংতিগী ওইনা ফোংবা খবরগী মশিংনা ২৯ নি।

লিটবেচরগী লমদসু জেক অমদি শ্লোভাক জাতী অনিসিগী অইবশিংনা ব্লারেং শৈবেং কয়া মকওইনা অনীশুবা লাপ্পাওগী মতমদা নাজিশিংনা ওৎ নৈখিবা, প্রজাশিংগী অরা অনা, জেকোশ্লোভাকি-য়ানা ফেসিজমগী মাইয়োক্তা থেংনখিবা, পৃথিবীদা শান্তী, নিংখা তম্বা অমদি মরুপ মপাং ওইবা পুরক্তবা লোইননা লৈবাকনিংবগী বাখল চেলহন্নবা কয়াদা যুমফম ওইদুনা ইনরকখি। পনবা য়াবা লাইরিক খরদি "রিপোর্ট ফ্রোম দি গেলোজ" জর্মন জেলদা মাগী এণ্টি-ফেসিস্ট এক্তিভিটিগীদমক্তা ইংশোক ১৯৪৪ দা ফার্সি তৌদুনা হাৎপ্রবা জুলিয়স ফিউচিক মশামক্তা ইরম্বা, জেন দরদাগী মরৈবাক নিংবা অমদি মথৌনা ফবা অথৌবশিংগী মরমদা ইবা ব্লারী মচাশিং

"দি সাইলেন্ট বেরিকেদ", জোরি মারেক্কী পেরাত্র পরশিংগী মথৌ-নাদা যুমফম ওইবা "দি মেন গো ইন দি দার্ক", রুদোলফ জেসিক্কী ফেসিজমগী তমথিরবা নিতিদা যুমফম ওইবা "দি দেথ দজ লোট সিং" অতুগা মতুং তারকপদনা হৌজিক্কী মতমগা চাশিননবা বিষয়-শিংদা যুম্ফম ওইব কয়া মাইনর ১দি বিলদরশিংগী ১দি সোসিয়েলি-জম শাগৎপদ দরকার ওইবা লাইরিক ইনরকলে। হৌজিক্কী কণ্টেম-পোরেরি পোইত্রিদস্থ কবিশিংনা ভিয়েটনামগী লানগী মরমদা, রেসিজম অমস্থং সোসিয়েল ইনজষ্টীসকী মাইয়োক্তা চিলিগী প্রজা-শিংদা তৌখিবা মীহাৎ মীপুনগী মাইয়োক্তা, লোইননা পোক্নফম লমদম জেকোশ্লোভাকিয়া হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজগী ফিভম, মীগা মীগা লৈনরিবা মরিনচিংবগী মরমদা ইনরি।

ফিজিকেল কলচর অমদি স্পোর্টকী লমদস্থ জেকোশ্লোভাকি-য়াসি য়াম্না চাওখৎলে। মসি ওইথোকখ্রিবসিগী মরুওইবা মরমদি ফিজিকেল কলচর অমদি স্পোর্ট চাওখৎনবা থৌরাংসি জেকোশ্লো-ভাকিয়া ইউনিয়ন ওফ ফিজিকেল কলচরনা পাইখৎখিবননি। মসিংগী মথক্তা ফিজিকেল ইতুকেশনসি স্কুলশিং অমদি লাম্মীশিংনা পাইখৎলি। জেকোশ্লোভাকিয়াগী চহী ৬ তপী ৫৯ ফাওবগী মনুংদা লৈবা মীওইশিংগী মনুংদা চাদা ১৪ দি ফিজিকেল কলচর অমস্থং স্পোর্ট ওর্গেনাইজেশনশিংগী মেম্বর ওই। অপুনবা ওর্গেনাইজেশনগী মশিংনা ৭,৮০৪ নি। হৌজিক হৌজিক জেকোশ্লোভাকিয়াদা ফিজিকেল ইনষ্ট্রক্টর অমদি ত্রেনর লিশিং ৪৮ লৈরে। অস্থম্না হোৎ-নবদগী জেকোশ্লোভাকিয়াগী শাম্নরোইশিংনা শাম্ন খোৎনবগী লমদা পৃথিবীদা মিংচৎ থম্বা ঙমলে। হৌখিবা চহী ৩০ রোমসিদা জেকো-শ্লোভাকিয়াগী ফিজিকেল কলচরগী লমদা অহোংবা কয়ামুক পুরক্লে। মসি স্পোর্ট চাওখৎলক্নবগীদমক্তা শাগৎলকলিবা স্টেদিয়ম, স্পোর্ত কমপ্লেক্সনচিংবা কয়াসিদগী খংবা ঙমই। চহী ৩০ গী মমাংদদি

লৈবাকসিদা নিংথমথাগী স্টেদিয়ম অমদগী হেন্না লৈরমদে অহুবু ঙসিদি নিংথমথাগী ষ্টেদিয়ম চামদগী হেন্না শাগৎলে।

জেকোশ্লোভাকিয়াগী ফিজিকেল কলচরসি অম্বুক্কী মতিক পাকশন্না শন্দোকপ্লে মতুদি লৈবাকসিদা চহীগী ওইনা পাংথোক্লিবা স্পারটাকিয়াদকী ইভেন্ট কয়াদা অঙাংশিং, নহারোল অমদি চহী রাইশিল্লবা মীওই লিশিং লিশিংনা শরুক য়াই। হৌখিবা ইংশোক ১৯৭৫ দা সোভিয়েট লান্মীশিংনা জেকোশ্লোভাকিয়াবু মনিং মথা তমহনখিবগী ৩০ শুবা চহী পালন তৌবগা ইরোইননা স্পারটা-কিযাদ '৭৫ লৈব্যক শিনথুংনা পাংথোকখি।

অম্মুন্না মালেমদা সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুশন্না পুরকপা য়াওল কয়াদগী মীপুম তিংনা মহৈ মশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংলবা অমদি হেন্না অরাংবা থাক্কী শিন্দমলোই কয়া থোরকপনা মরম ওইতুনা অনৌবা মথলগী লৌউ শিংউ, টেকনোলোজি অমদি কলচরগী লমদা খুমাং চাওশিল্লবা লৈবাক কয়া সোসিয়েলিস্ট সিষ্টেমনা ওইরকলি। হৌখিবা ইংশোক ১৯১৭ তা ওক্টোবর রিভোলুশনগী ফিরালনা সোভিয়েট ইউনিয়নদা নাইতোম পাইরমবতু ঙসিদি লৈবাক কয়াদা সোসিয়েলিস্ট বিভোলুশন মাইপাক্লক্লি অমদি চাকথুং ফিথুং মান্নবা হিংমিন্নবা মান্নবা খুন্নাইগী লিচৎসি থিংবা য়ারকত্রে ●

জুলাই—১৯৮১

# REFERENCE


- National Adult Education Programme. The First year – Published by Ministry of Education and Culture, New Delhi.
- Manipurda Sindamba – Published by Manipur Literacy Council.
- Forward to Struggle for Better Tomorrow. Published by – All India Students Federation.
- 16th Congress of the Communist Party of Czechoslovakia – Prague 1981.
- Aonba—A monthly Journal of the The Manipur State Council, All India Youth Federation, Manipur.
- The Truth about Afganistan Published by Novosky Press Agency, Moscow.
- Socialism – Theory and Practice Soviet monthly Digest.
- 30 Years – German Democratic Republic By Alexander Kaverznev
- Glimpses of Revolutionary Cuba By Yogindra Sharma
- Bulletin on Vietnam Published by International Union of Students.
- New Times, A Soviet weekly of World Affairs.

- Information from Cuba – Published by Information Department of the Embassy of Cuba — New Delhi.
- Vietnam Youth — Published by Vietnam Youth Federation and Vietnam National Union of Students.
- Curriculum and Syllabus – Published by State Institute of Education, Manipur.
- By Passing Capitalism – Published by Mongolian Peoples' Republic.
- International Institute for Adult Literacy methods – By John W. Ryan, Ex-Director, UNESCO.
- GDR Reports – Published by Embassy of the German Democratic Republic in India.
- Indo-Korean Friendship, Published by Indo – Korean Friendship Assn.
- India – GDR, Published by Indo – GDR Friendship Association.
- Peace and Solidarity, Published by All India Peace and Solidarity Organisation
- Lamjing Meira – A Quarterly Journal of Manipur Literacy Council.
- Czechoslovakia Country of Friends, Published by Embassy of Czechoslovakia Socialist Republic in India.
- Youth Life — Forthnighly Journal of the All India Youth Federation.

